# নট সংকীর্ত্তনগী তাল
## (অহানবা শরুক)

অইবা ঃ
সনখ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম




অফেংবা ঃ
। লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ
গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী
কাকৈথেল ভানপী থোং ইম্ফাল

# নট সংকীর্ত্তনগী তাল

## (অহানবা শরুক)

অইবা ঃ

সনখ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম

অফোংবা ঃ

শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ

গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী

ক্বাকৈথেল ডানপী থোং ইম্ফাল

**'নট সংকীর্ত্ত[illegible] (অহানবা শরুক)'**

*মনখ্যা ইবাতো[illegible]ম-না ইরগী*
*শ্রী লৈমাপোকপম [illegible]কপতি [illegible]ং-না*
*গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী,*
*ঙারপী থোং ইম্ফালগীদমক ফোংজবা।*

অহানবা ফোঙবা ঃ ওক্টোবর ২৮, ২০০৪

কোপি মশিং ঃ ১১০০ (লিশিং অমা চাম্মা)

মমল ঃ লুপা ৯৫

নম্ফম ঃ অময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল, ফোন : ২২২১৮৬৪

শ্রী শ্রী রাধা গোবিন্দ নমঃ

পুর্ব্ব গুরুজনশিংগী মফমদা
তোল্লবা ননাইনা সম্পাদন তৌজবা
নট সংকীর্ত্তনগী তাল (অহানবা শরুক)
শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়নননা
কচ্চরি



Minister
Arts & Culture
Manipur

Imphal : 19th October, 2004



# MASSAGE

I am very happy to know that the Guru Gulapi Nata Sankirtana Academy, Kwakeithel Nganapi Thong, Thouda Bhabok Leikai, Imphal, Manipur, is publishing a book on Nata Sankirtana under the name and style of "Nata Sankirtan-gi Tal Ahanba Saruk" at 2 p.m. on the 28th October, 2004, in the premises of the Academy.

It is noteworthy that the efforts being made by the Academy to preserve and revive the age-old religious and traditional "Sankirtan", are priceless contribution towards the aspirations of the Manipuri Hindus as a whole. I hope, the Academy would certainly bring out the remaining portions (Saruks) of the Tal on Nata Sankirtana with a view to preserve the memory of Late Guru Gulapi with a solemn acts.

I wish the publication a grand success.

**(P. Parijat Singh)**

# বাহৈ খরদং

'নট সংকীর্ত্তনগী তাল অহানবা শরুক' সনখ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম্না ইবিবা অদুগা শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ, ডিরেক্তর, গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী ওঝানা ফোংবিনবা হোৎনবিরিবা লাইরিকসি ঐহাক খুৎইদা পাজরে। লাইরিকসি নট সংকীর্ত্তনগী মরমদা নৈনবা লাইরিক্নী। লাইরিকসিনা য়াম্না কুপথনা নৈনবিরিবসি মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী 'তালগী' য়ুমফম অমসুং ভারত নাত্য শাস্ত্রগা নক্নবা মরি কয়া পুথোকপিরি। অইবসিনা ভগবান শ্রী কৃষ্ণনা অমদি শ্রীমতী রাধিকাগী নামতবু শোল্লিবা-শক্লিবা নট সংকীর্ত্তনসি য়াম্না লিরবা ভারতবর্ষগী সঙ্গীত মখল অমনি হায়দুনা হাইবিরি।

অইবসিনা নট সংকীর্ত্তনদা শিজিন্নরিবা 'তালগী' মশক সংকীর্ত্তনগী পুংলোনশিংদগী পুথোকপা ঙম্মি হাইদুনা লাইরিকসিদা পুথোকপিরি। লাইরিকসিদা 'তালগী' মশক, 'মাত্রগী' মরি মখোং, 'তাণ্ডপ', মেনকুপ কয়া নৈনবিরি। লমদমসিদা সংকীর্ত্তনদা মতম শাংনাদগী শিজিন্নরক্লিবশিং খরদং লৌখৎচরবদা — রাগ, রাগ তাবা, রাগমেল, ধ্রুমেননচিংবসি 'তালগী' মশক ঙাক্লি হাইবিরি।

বৈষ্ণবশিংনা 'তালবু' ঈশ্বরনি হাইদুনা খুরুমজৈ। লাইরিকসিদা থাবুম তরানিথোইগী শক্তম, থাশি, পুর্ণিমাগী শক্তমগা, প্রকৃতিগা, ঈশ্বরগা নক্ননা নৈনবিরি। লোইননা ঈশ্বরগা সংকীর্ত্তনগা নক্নবা অমদি মীওইবা ঐখোইনা ঈশ্বরবু শক শোঞ্জবা পুন্নমক 'তাল' অসিদা য়াউরি। 'তাল'দগী পোকথরকপা মচাকশিং হাইবদি এক-তাল, দুই-তাল, তিন-তাল, চার-তাল খেন্নবা মশক লাইরিকসিদা তাক্লি। 'তাল'দগী 'মাত্র' অমসুং মখল অমদি তাম্মিৎকা শম্নমা করতাল নিকপা,

তান্নিৎকা মরি লৈননা চিন্দা ঙাংবা অমদি খুৎনা খৎপা, নিংথিনা নৈনবি। লাইরিকসিদা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী পরম পরাগী মিংশিং ঃ- চালি ঘাত, গুরু ঘাত, তিন-তাল ঘাত। অসিগুম্বা ঘাতশিংবু তোঙান-তোঙানবা মখল-মশক কয়াসু লাইরিকসিদা তাক্লি।

ওঝা ইবোতোম্বীনা লাইরিকসি ফোংদোকপিবা অসিনা ঙসিগী নট সংকীর্ত্তনবু নৈনরিবা মীওই কয়াদা অমসুং অনৌবা ছাত্র কয়াদা কান্নবা পিহনগনি। লাইরিকসিনা হিরম অসিগী মিওই কয়াদা কান্নহনবা পিনবা-হোৎনবদা লাইরিকসিদা অশোই-অঙাম কয়া লৈরম্লবসু নট সংকীর্ত্তনগী অরিবা ওঝাশিংনা শেমদোক-শেমজিন ওঝাগা তৌমিন্নদুনা অফবা টেক্স-বুক অমা ওইহৌরবদি লমদমসিগী কলা অমসুং সংস্কৃতিগী হিরমদা অচৌবা কান্নবা ওইগনি হাইবা আশা থামজরি। অইবা অমসুং অফোংবনা হিরম অসিগী লাইরিক কয়া মথং মথং পুথোকপিরকপা শ্রী হরিনা পিরসনু।

তাং ১৬/১০/২০০৪

**শ্রীমতী ডা: সরোজিনী দেবী**
ডাইরেক্টর আর্টস এন্দ কলচর, মাণিপুর

# ৱাহৈ খরদং

শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ, জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীদা নট ঈশৈগী গুরু ওইবনা **নট সংকীর্ত্তনগী তাল অহানবা শরুক** কৌবা লাইরিক অমা ফোংলিবা অসি ওঝা গুরুশিংনা ইবিরম্বা অমদি ফোংবিরম্বা অরিবা লাইরিকশিংদগী লৌখত্তুনা অমদি মশাগী ওইনা হোৎনজবা মহৈ, খরনা লৈচল চানা লেংজদুনা হৌরক্লিবা নহারোল কলাকারশিংগী কান্নবা পিনবা ফোঙজবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসি কলাবু পামজদুনা তমখৎচরক্লিবা ছাত্র ছাত্রীশিংনো পাবা অমদি নৈনবদা কান্নবা ওইগনি। ঈশৈ অমসুং পুংলোল মপুং ওইনা য়াওদ্রগসু মাত্রা অমদি তালগী মরি মখোং মরিকচুম্বা খরদি পীরি। অসিগুম্বা লাইরিকশিং ফোঙলকপা অসি থাগৎনিঙাই ওই।

**শ্রী থানিল সিংহ**

প্রধান গুরু

জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী

ইম্ফাল।

তাং ৬/১০/২০০৪ ইং

# ৱাহৈ খরদং

জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমীগী নট সংকীর্ত্তনগী ওঝা অমসু ওইবীরিবা শ্রীলৈমপোকপম লাকপতি সিংহ ঐগী ইচা অসিনা পুথোকচরিবা "নট সংকীর্ত্তনগী তাল অহানবা শরুক" হাইবা লাইরিক অসি ঐহাক্না পাজরুবা মতম শাংনা মণিপুরগী ওঝা লাইগুরুশিংনা শিজিনরম্বা তালগী মিহুল ঘাট মশিং থাদুনা পীরি অসিনা তৌগদৌরিবা অমসুং য়েগদৌরিবা পুংলোল অদুগী মনুংদা চংলিবা মিহুলশিং অদুগী অচৌবা-মচা অদু ঘাট অসিনা তাকপা অসিনচিংবা কয়া লাইরিক অসিদা য়াওরে। মসিনা তুংদা লাক্কদৌরিবা অঙাংশিংদা লাইরিক অসি য়াম্না কান্নবা তাংকক্ অমা পীরগনি।

অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদা ঐগী ইচা অসিনা তৌজরিবা থবক অসিদা মতম চুপ্পাদা শ্রীগোবিন্দনা থৌজানবীবা ওইরসনু।

ইম্ফাল
তাং ৭/১০/২০০৪ ইং

**শ্রী ভাংবম য়াইমা সিংহ**
ভিজিতিং গুরু
জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী
ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

ঐগী ইনাও শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ, নিপা অসিনা চহি কয়া গুরুশিংগীদমক কৃষ্ণ পৃতি ওইনা সংকীর্ত্তন কচ্চবগা লোয়ননা স্বৰ্গীয় ওঝাশিংনা থম্বিরম্বা ঈশৈ অমসুং তাল কয়াবু মাঙখিবা তারে খঞ্জরদুনা কোয়থি-কোয়থি থিজরদুনা পুথোক্লবা হোৎনজরিবা অসিবু তোল্লবা করিসু খঙজদ্রবা ঐনা হন্না হন্না থাগৎপা ফোঙজরি। মহাক অসিনা লুপা সনা কায় চঙজরবসু মণিপুর ইমা লৈবাক অসিগী মগুন ঙাকপা ওইনা অমসুং লৈখিদ্রবা (স্বৰ্গীয়) ওঝাশিংগী খোংগুন লিজদুনা গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী কৌবা নট সংকীর্ত্তনগী ওইবা সংস্থান অসিগী মখাদা নট সংকীর্ত্তনগী লাইরিক কয়া ফোঙননবা থবক পায়খৎপীরি। অসিদসু নত্তনা ঈশৈ শরুহন্দুনা অমসুং তাল কয়া ফাংনহল্লি। মসি খল্লুবদা অঙকপা ওইনা অমসুং কিজখ্রবা মওং অসিবু ইনাও অসিনা ৱাশক (সংকল্প) অমগা লোয়ননা পাংথোকপীরক্লিবা পুম্নমক য়েংলুরগা হন্না হন্না থাগৎলি। মাগীদমক ঈশ্বরগী খুয়াখাদা মঙ্গল নিজরি। মহাক্না তৌজরিবা অসিমক্তা মথক্তা কনানা তৌজবা কচ্চবা ঙমদ্রিবা মখাদসু কনানা মহাক্কী মতৌগুম্না তৌরক্কনী হোৎনরক্কনী হায়বা থাজদবা অদুগুম্বা মওং অমনি।

মসিমক্তি মণিপুর ইমালৈবাক্কী মগুন ঙাকপা, ওঝাশিংগী মগুন ঙাকপা অমসুং তুংগী পুং-ঈশৈ পাম্বা মরুপ-মপাং, ইচিন-ইনাও, অমসুং ইচাশিংগী বুদ্ধি লৌশিং ওইননবা ওইনা থিজিঞ্জদুনা খোমজিঞ্জদুনা থনমগদৌরিবা অসিবু পাংদ্রবা করিসু খংজদ্রবা ঐহাক্না হন্ন হন্না থাগৎচরি। ঐনা খঞ্জবগুম মীপুম খুদিংমক্লসু চানবীগনি নুংশিবিগনি খঞে। ৱাহৈ কয়া হায়দুনসু পেনবা লৈতে অদুবু মতাং অসিদা শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহবু মতম কুইনা মঙ্গল ওইনা নাম শোনবা ওইরসনু হায়না ঐনা বড় পীরি।

তাং ৬/১০/২০০৪ ইং

**গুরু শ্রী ইবোহল মচা সিংহ**

জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী

ইম্ফাল।

# লাইরিকসিগা মরি লৈননা
# ৱাহৈ খরদং

গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী ঙানপ্পী থোঙ, ইম্ফালনা ১২ রক শুবা গুরু কীর্ত্তন থৌরমগা মরি লৈননা পুথোক্লিবা "নট সংকীর্ত্তনগী তাল অহানবা শরুক" কৌবা শ্রী হাওরোকচম সনখ্যা ইবোতোম্বী সিংহনা ইবা লাইরিক অসি ফোঙড্রিঙে মমাংদা পারগা ইশাগী ওইবা ৱাহৈ খরদং ফোংদোকচনবগী খুদোংচাবা অফোংবনা পিবিরকখি। লাইরিকসি মরু হকপা নট সংকীর্ত্তন তালশিংগী তঙাইফদনা চংলিবা মচলশিংবু মচা খায়না নৈনদুনা তালশিং অসিগী য়ুম্ফম অমদি খেন্নবা মশকশিং নট সংকীর্ত্তনগী কলাকারশিংনা খঙজনবগী অমত্তা ঙাইরবা লাইরিক্কি হায়নিংঙি।

লাইরিকসিগী মনুংদা য়াওরিবা অহানবা শরুক্কী অহানবা মতাং "নট সংকীর্ত্তন তালগী য়ুম্ফম অমসুং ভরত নাট্য শাস্ত্র" হায়বসিদা নট সংকীর্ত্তনদা শীজিন্নরিবা অধিবাস, মণ্ডলীপূজা, দ্বারপূজা, ছত্রপূজা, দদ্ধীমঙ্গল, ধুমেল, দিষ্ঠতি পূজা, গন্ধচন্দন অসিনচিংবা থৌরমশিং অসি ভরত মুনিগী "নাট্য শাস্ত্র" দগী লৌবা ওইগনি হায়বগী থাজবা উৎলি। মতাংসিদা থমজনিংবদি মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী বিচার আধারদি বৈদিক অচারনদা য়ুম্ফম ওইবনি। মরমসিদগী যজ্ঞ অমগী নৎত্রগা করিগুম্বা দেবী-দেবতা অমগী পূজা অর্চনানচিংবদা অসিগুম্বা বৈদিক আধারদা য়ুম্ফম ওই। মদুমক কলি যুগকী মহা যজ্ঞগী মশক ওইবা নট সংকীর্ত্তনদা অদুগুম্বা বৈদিক আধার অদু গুরুজনশিংনা লৌখৎলম্বনি। অমরোমদা ভরত মুনিনা মাগী নাট্য শাস্ত্র অসিসু হায়রিবা বৈদিক আধার অদুদা শাগৎপিরম্বা ওইবনা অনিমক্কী হৌফম অমত্তা ওইবদগী মান্নজরুবনি হায়না নিংঙ্জে। অদুমকপু মণিপুর নট সংকীর্ত্তনদা মীরোল কয়ানা মাংগী গুরুশিংদগী কুপশিন্না খুঞ্জিনহৌবা ৱাৎপদগী তুংগী মীরোন্না খঙজবা ৱাদুনা লৈরক্রুবা নট

সংকীর্ত্তন তানগী অথুপ্পা-অকুপ্পা মশকশিংবু খণ্ডহন্নবগীদমক পুথোকপিরক্লিবা লংলা লংজিল অসিমক্তি থাগৎতবা ঙমদে। অইবনা মতাং অমদসু হায়বিরি "মণিপুরি নট সংকীর্ত্তনদি বৈদিক আধারদা য়ুম্ফম ওইবনি" (লাঃ ৬)। অসিদ নত্তনা বৈদিক যুগতগী লৈরক্লবা ভারতকী সঙ্গীতকী তানগী অথুপ্পা অমসুং অশেংবা মশকপু মণিপুর কৌবা চীংনা কোইশিনবা পিকখ্রবা লমদম অসিদা মুৎহন্দনা ঙসি ফাওবা থন্নকপা, অমরোমদা ভারতকী সঙ্গীত পরমপরাদা মোগল সাম্রাইজ্যগী মতমদা বৈদিক তানশিংগী মশক হোংদোক-হোংজিন, শেমদোক-শেমজিন তৌখিবগী ৱারোলবু অইবনা থম্মোয় শেংনা পনবিরি। মসিমক মমল য়াম্নবা অইবগী হোৎনজমননি হায়দবা ঙমদে।

অহানবা শরুক্কী অনিশুবা মতাংদা "হাইদোকপা অমসুং তাল মিহুল" হায়বসিদা নট সংকীর্ত্তনদা শীজিন্নরিবা, তাল মখলশিংগী চৎনরোল, শীজিন্নফম অমসুং খেন্নবা মশকশিং অদু য়াম্না শেংনা নৈনরি। খুদম ওইনা তাম্বা অমসুং হাইদোকপা, ভাঙ্গা তাম্বা, তালগী মিহুল (কলা), মাত্রা অমসুং তাম্মিৎ (কল) অসিনচিংবগী অকুপ্পা মশকশিং নিংথিনা তাক্লি।

লাইরিকসিগী অনিশুবা নট সংকীর্ত্তন তানগী মশাগা থাদোক্লবা য়াদনা লোইনরিবা ঘাত (লয়) হায়বসিগী মতাংদা ঘাত, সেতু ঘাত, বেদি ঘাত, লম্বী ঘাত অমসুং ধ্রুব মঙাগী মশক মওং তাম্বানচিংবা কুপ্পা নৈনরি। মতাংসিদা পঞ্জনিংবদি মণিপুরদা চৎনরিবা "তানগী হৌরকফমগা ভারতকী সঙ্গীত শাস্ত্রশিংনা লৌখৎলিবা "তাল" গী হৌরকফমগা বনানগী মতাংদা খেন্নবা ৱাহন্থোক লৈ হায়না খঞ্জে। মণিপুরগী ওইবদি "তান" হায়বা "ন"না লোম্বসিদা য়ুম্ফম ওই হায়না গুরুশিংনা তাকপিরম্মী। মসিসু নৈননবগী মচাক অমনি।

অহুমশুবা নট সংকীর্ত্তনদা শীজিন্নরিবা তাঞ্চপ, মেনকুপ, মিশ্র অমসুং সংকীর্ণগী মশক মওং তাকপদা নত্তনা মখোয়গী মশা-মরেংশিং তাঞ্চপ মপী-মচা তরুক, তাঞ্চপ মপী-মচা অমসুং অচৌবা, তাঞ্চপ অফৈবা, তাঞ্চপ অরাওবা, তাঞ্চপ অফাকপা, মেনকুপ, মেনকুপ মপী-মচা তরুক, মেনকুপ সেতু, মিশ্র, অহানবা মিশ্র, অনিশুবা মিশ্র, অহুমশুবা মিশ্র অমসুং তালগী মিহুল কাংলুপ মঙাগী মতাংদা কুপ্পা নৈনরি। মতাংসিদা অইবনা "মিশ্র" হায়বা মমিং

পুশিনবিরক্লিবা অসি অথেংবা মতমগী সঙ্গীতকী লাইরিকশিংদগী লৌখৎপিরকপা নত্রগা নাট্য-শাস্ত্রদা য়াওবা ওইরগসু মণিপুর নট-সংকীর্ত্তনগী তানগী তোঙান তোঙানবা খেন্নবা মিহুল নত্রগা তান্মিৎ খাইরকপদা "সংকীর্না" হায়বা ৱাহৈ মিংথোল অসিনা শিজিন্নরকপা থেংনজরকই। মিশ্র হায়বা ৱাহৈ মিংথোল অসিগা সংকীর্নগা নুংগী ৱাখল্লোলদা মান্নবা অর্থ পুজৈ। ৱাফমসি অইবগী অরোইবা শরুক্তসু ফজনা লৌখৎপিরি।

অসুম্না নট-সংকীর্ত্তন তানগী থুপ্লবা ৱা-মচং কয়া নৈনবীদুনা অনৌবা মীরোলদা মশক তাক্নবা পুথোকপিরক্লিবা লাইরিক অসি নট-সংকীর্ত্তন পুং-ঈশৈগী অমত্তা ঙাইরবা থৱানমিচাক্কি হায়বা য়াই। লাইরিকসিগী অনিশুবা শরুক লৌখৎপিদুনা মণিপুর নট সংকীর্ত্তনদা লৈরিবা তান মখল ৩৫ হেনবা অসিগী মরিক চুম্বা মশক রসগা শাগোন্ননা মখলশিং অসিগী ঘাত, লয়, মিহুল, তান্মিৎ অমসুং ধ্রুবনচিংবগী মচা খায়বা শরুকশিং পুথোকপিরকখিগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা থমজরি। মণিপুর নট-সংকীর্ত্তনগী মপুং ওইবা য়ুম্ফমদি রসনি, মসিবু তাল, অভিনয় অমসুং রাগনচিংবনা মথায় ওইদুনা অহিংবা কলা অমা মাংগী গুরুশিংনা শেমগৎপিরম্বনি হায়বসি পুন্নমন্না খঙনরবা ৱাফম্নি। লাইবক থিবদি মসিগী মরিক চুম্বা অইবা লাইরিক ৱাৎপা, নূংগী অর্থ মমুৎ তানা গুরুশিংদগী খুনজিন্না ৱাৎহৌবনা শাংলবা মীরোলসিদা মমল য়াম্লবা তান অমসুং রসগী য়ুম্ফম মাঙশিল্লকখিবনি হায়জনিংই। হিরমসিদা শ্রী সনখ্যা ইবোতোম্বীনা অচৌবা থৌদাং লৌবিদুনা হোৎনবিরিবসি লাই-ওইখ্রবা গুরুজনশিংনা থৌজানবিসনু।

ইশাগী মাইগৈদগী ঙমখৈ লৈতনা অইববু থাগৎপা ফোংদোকচরি।

ইম্ফাল
তাং ১/১০/২০০৪ ইং

**শ্রী অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা**
খোংমন, মংজিল

# অইবগী ৱারোল

নট সংকীর্ত্তন তালগী মরিকচুম্বা লাইরিক অমত্তং লৈহন্নীংবদি কুইরে। হিরমসিগীদমক্তা হোৎনরকপসু চহি ফন্না য়ামশিনখ্রে। অদুবু থিকনেম্বনা থা লাম্বগুম মপুং ফাবদি ইঙম-ঙমদদুনা লৈরি। চংশিনলুরগদা মখৎলকই, হিরমসি তরায়বা থবক নৎলমদে। পুং, ঈশৈ, জগোয় অহুমক ফজনা হৈবা নত্রবসু, অহুমসিবু খরা খরা খঙদবদি ইয়ামক ময়ারমদ্রি।

তশেংনমক নট সংকীর্ত্তন পুংলোনগী লাইরিক ফন্না মরাং কায়না লৈরে হায়বা য়ারে। ফোংদোক্লরক্লীবা অরিবা অনৌবা লাইরিক কয়া অমসু লৈহৌরি। অদুবু তালগী হিরমদা নৈনবা লাইরিক্তি ওজাশিংনা ইচাও চাওনা কাম্থোক্লুনা থম্বিরম্বগুম তৌরি। ফোংনরক্লিবা পুংলোন লাইরিকশিংগী ৱামাং য়ানবা ওইনা খজিক খরাক পনবা নত্তুনা নট সংকীর্ত্তনগী তালবু মশক তাক্লা নৈনবা লাইরিক অমদি ইল্লাৎ ৱাত্তুনা অদুম লৈহৌরি।

হৌখিবা চহি লোইশিনলকপা দিসেম্বর থা মনুংদনি লৈবাক্লা নট সংকীর্ত্তনগী মতিক চাবা সেবারি অমনি হায়না শিংথানরিবা, শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ, গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী প্রধার্ন অধক্ষ মহাশয় অসিনা য়ুমদা লেংলক্লুনা একাদেমীগী ছাত্রশিংগীদমক্তা নট সংকীর্ত্তন তালগী মরমদা মতম খরদং নৈননবগীদমক্তা কন্না হায়রবদগী নুমিৎ খুদিং লেপ্তুনা চাং নায়না তালগী মরমদা নৈনবগী থৌরম অমা চৎথরকখি। গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী ছাত্রশিংঙাক নত্তুনা লৈবাক্কী মশক নায়বা অতৈ ওজাশিং কয়াসু নৈনবসিদা শরুক য়াবিখি। তশেংনমক য়াম্না নুংঙাইবা কান্নবা থৌরম অমনি হায়জনিংই। অদুবু থা তরুকলোম লেপ্তুনা চৎথরক্লবা তুংদা লৈবাক্কী ইরাংনা মরম ওইদুনা মখা চৎথবা য়াদবনা মতম খরগী ওইনা লেপ্লা তাখি।

নৈনবা হেক হৌবা নুমিত্তগী একাদেমীশিগী প্রধান অধক্ষ ওইবিরিবা ওজাসিনা, নুমিৎ খুদিং নৈনরিবা হিরম্মু অইবা ওইনা খুৎশীন্নবিয়ু ছাত্রশিংগী সিলেবস অমা ওইহৌনবা ফোংদোকচগে হায়নসু কন্না তকশিনবিখি। অদুবু নোংমা নোংমগী চৎথরিবা লেকচরশিংবু অইবা ওইনা খুৎশিন্নবা হায়বসিমক্তী ওইথোকখিদ্রে। অদুম ওইনমক প্রস্তাব অদুদি অফবা থবক্কি হায়না পুক্কিংনদি য়ানিংখি। অসুম্না নোংমা মপুং ফাবা ছাত্রশিংগী সেলেবস অমা ওইহৌবা য়াবা লাইরিক অমা ওইহল্লক্কবগী ৱাখলদা হৌখিবশিং পুম্বা নিংশিংলগা চেনা খরা শাগৎপা হৌবদা মঙাইরি; ওজা অসিনা অমুক লাক্কদৌরিবা গুরুকীর্ত্তন অসি নংননবা চেনা খরদং ওইরবসু ফোংবা হৌরগে হায়না হেক্তমক কন্না মতকশিল্লকই। শ্রীগোবিন্দগী কৃপানি খন্দুনা অহানবা মতাং অমা অনিসিদং ছাপা তৌননবা ওজাগী খুত্তা শিন্নজখি। মসিদি অহৌবগী শরুক খরদংনি। অহানবা খোঙফম খক্তনি।

তশেংনমক লাইরিক মচা অসি নট সংকীর্ত্তনগী তালবু পরিং চুম্না খংনিংলিবা ছাত্রশিংগীদমক্তনি; তালবু খঙন্নবা হোৎনবগী লম্বী উৎপা তেংবাং অমত্তুংনি। হৌখ্রবা লাই গুরুজনশিংনা শিজিন্নবিরম্বা তালগা মরি থাংনবা ৱাহৈ ৱাতাশিংদা শাস্ত্রনা তাক্লিবা নিয়মশিংগা চাশিন্নদুনা য়েংবদগী ফংলকপা জ্ঞান খরদং অদু শিজিন্নরগা নট সংকীর্ত্তনগী তালবু মশক খঙন্নবা হোৎনবগী অহানবা খোংফমখক্তনি। লুরিবদি গুরু কীর্ত্তন নংনেনবা হায়বসিনা মাঙওইনখিদুনা খরা হাথু হাথুবমক হায়বদু ওইখ্রে। থা তরুকলোম নৈনখিবা অদুদগী খরদং চোমলপ্না লৌখৎলগা থমজবসিদা, নৈনখ্রবা হিরম লোয়নমক লৌখৎপা ফাওবা নংহৌদ্রি। মথংগী খুৎনম অমগী তাঞ্জা ফংলবদি অৱাৎ অপা পুন্নমক হাপতোক হাপচিন তৌদুনা খরা হেন্না মপুং ফাবা মওংদা শেমদোক্লীংবগী অপাম্বা লৈরি।

ইম্ফাল — সনখ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম

তাং ২৭/৯/২০০৪

# অফোংবগী পাউদম

অহানবদা শ্রীগুরুদেববু খুরুমজৈ। মথঙদা শ্রীরাসেশ্বরীনা থৌগনবা শ্রীগোবিন্দবু খুরুমজৈ। অরোইবদা গৌরভক্ত বৈষ্ণবশিংগী মফমদা ভক্তি কচ্চরি। লাইরিকসিবু ফোংদোক্লবা হোৎনজরুব্বা ঐগী ৱাহৈ খরদং পুন্নমক্কী মফমদা নোঞ্জ-ৱাহৈ ওইনা ফোংদোকচরি। মদুদি গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীনা চহি চহিগী পাংথোকচরিবা গুরু কীর্ত্তনগী থৌরমদা নট সংকীর্ত্তনগা মরি লৈননা তোঙান তোঙানবা হিরমদা খন্ন-নৈনবা থৌরম পাংথোকচরকই। লোইননা মরি লৈনবা লাইরিক খরসু ফোংদোকচনবা হোৎনজরী। কুমশি চহিগী ওইনা "নট সংকীর্ত্তনগী তাল অহানবা শরুক" কৌবা লাইরিক অসি নট-সংকীর্ত্তনবু নুংশিবিবত নত্তনা মসিবু য়োকখৎনবগী অচৌবা থৌদাং য়াবিরিবা শক্লাইরবা ঠিয়েটর ডাইরেক্টর অমসুং স্কোলার শ্রী সনখ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম্না য়াম্না ৱানা থিজিনবীদুনা ইথোকপিরকপা লাইরিক অসি একাদেমীনা ফোংজনবগীদমক হায়জরুবদা হরাও-হরাওনা পিনবিরকখি। মসিগীদমক গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী ডিরেক্টর অমা ওইনা শিঞ্জ-লাংজরিবগী মাইকৈদগী অইববু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবগা লোইননা শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জরে লৌজৈ।

লাইরিকসিগী মনুংদা য়াওরিবা মচাকশিংগী মগুণদি পাবিরিবা-নৈনবিরিবশিংনা লেপপীরসনু। অপঙবা ঐনা খঞ্জবদি হৌজিক ফাওবদা পুথোক্লরিবা মণিপুর নট সংকীর্ত্তনগী তালগী হৌরকফম নুংগী ওইবা মরিক চুম্বা ৱারোল নৈনবা লাইরিক্তি সনখ্যাগী লাইরিকসিনা ওইগদ্রা হায়না লৌজৈ। মরমসিদগী অকিবা লৈতনা লাইরিক অসি ফোংদোক্লবগী থৌদাং য়াজখিবনি। মরকসিদা লাইরিকসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদং ইবিয়ু হায়না নট সংকীর্ত্তনগী

নৈনবগী লমদা মীয়াম্না শকখঙনরবা শ্রী অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মাদা হায়জরুবদা মশাগী খুদোং চাদবা কয়া লৈদুনসু মমল য়াম্লবা ৱাহৈ খর ইবিরকপা অসিগীদমকসু অজ্ঞাবু হন্না-হন্না থাগৎচরি। লাইরিকসিগী প্রুফ ককপিদুনা অশোই অরান য়েংবিখিবা ঐগী ইনাও শ্রী শামুরাইলাৎপম সিঙহজিৎ শর্ম্মবুসু তৌবিমল খঙবা উৎচ্চরি। লোইননা লাইরিকসিবু অতেনবা মতমগী মনুংদা পুথোক্লবা থৌদাং লৌখিবা, নৌনা নট সংকীর্ত্তন অসিবু তমখৎচরক্লিবা হৌজিক হৌজিকমক ঐগী লোয়নজরিবা ইচা শক্লবা শ্রী অখাম মোচা সিংহনা ঐগী নিংজবা ৱাখল্লোনগী পান্দম কয়া মপুং ফানবা হোৎনবীদুনা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবগীদমক থম্মোইদা থোইদোক্লা অপেনবা পোকচখি। লোয়ননা ইচা ইবুংঙোগী তুংগী ওইবা পুন্সিদা মানা তৌজবা হিরম খুদিংদা ঈশ্বরনা মঙ্গল আশীর্বাদ পিবিনবগীদমক্তা থম্মোইশেংনা প্রার্থনা তৌজরি।

অরোইবদা হায়জনিংবদি লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফালগী ইচিল-ইনাওশিংনা লাইরিকসিবু মশক-মচু থোক্লা তেল্লবা মতমদা (নুমিৎ কুনমঙানিদা) পুথোক্লবা হোৎনবীরকপা অসিগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল
তাং ২৮/১০/২০০৪ ইং

**শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ**
ডিরেক্টর,
গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী,
ৱাকৈথেল ঙানপ্পী থোঙ, ইম্ফাল।।

# য়াওফম তাকপা

অহানবা মতাং

# নট সংকীর্ত্তন তালগী য়ুম্ফম অমসুং ভারত নাট্য শাস্ত্র

## শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি সাধনা

নট সংকীর্ত্তনগী মূলদি শ্রীকৃষ্ণসেবানি। ভগবৎ উপসনাগীদমক্তা ভক্তি সাধন্গী মশক ওইবা নট সংকীর্ত্তন অসিবু লৈবাক নিংথৌগী মীৎয়েং মখাদা সিদ্ধ ভক্তশিং অমদি পন্দিৎশিং কয়াগী অপুনবা শক্তিনা শেম্বীরম্বনি। মসিদা পুং, ঈশৈ, জগোই, উপাসনা অমসুং পূজা মঙা মক্তা মতম অমতদা পুন্না পাংথোক্কুনা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিগী অকনবা সাধনা অমা তৌরি। মরমসিদগী নট সংকীর্ত্তন অসিবু মহাযজ্ঞ অমনি হায়না হায়রকপনি। শ্রীমৎ রাধাগোবিন্দজী অনিগী প্রেম ভক্তি রস কাব্য অমা ভজন ওইনা শক্লগা, গুণ কীর্ত্তন নৎত্রগা লিলা কীর্ত্তন্নচিংবা তৌরগা, ঈশৈগা চান্নবা নুংঙাইবা তাল য়ৈরগা, যন্ত্রনচিংবা খোংলগা হেক্তমক সংকীর্ত্তন ওইরে, মহাযজ্ঞ ওইরে হায়না হায়বা য়ারোইদৌরি। মতাং অসিদনি পাংথোকলিবা কীর্ত্তন অদু সংকীর্ত্তন ওইরিবরা, ওইদ্রবরা, হায়বদি মহাযজ্ঞ ওইরিবরা, ওইদ্রবরা হায়বনচিংবা ৱাহং থোরক্লীবা। শ্রী কৃষ্ণগী সেবাগীদমক্তদি অকক্লবা তালশিংনা উপাসনা অমদি পূজানচিংবা তৌবা তারকই। অদুগুম্বা অকক্লবা তালশিংগা কোন্নবা ঈশৈনচিংবশিংবু অকক্লবা পদ, ছন্দ, অমদি গতিনচিংবদা অকক্লবা বার, তিথী, নক্ষত্র, পুংফম অমসুং ঋতুগা মরি থান্নেনা হৌবা লোয়বনা চিংবগী মথং মনাও নায়বা ক্রমিক আধার অমদা ভগবৎ উপাসনা অমদি পুজানচিংবা পাংথোক্কুনা ভক্তি সাধনগী মশক ওইবা নট সংকীর্ত্তন অসিনা শ্রীকৃষ্ণ সেবা ফংজবদনি। মসিদি অকনবা সাধনা মখল অমনি; অচৌবা যজ্ঞ অমনি; নিংজ নিংজরিবা ইষ্টদেবতা অদুবু আরাধনা তৌজবা, পূজা তৌজবা, ফজনা মপুং ফাবা মহাযজ্ঞ অমনি। অসিগুম্বা নট সংকীর্ত্তন

অসিদগী হেন্না শাস্ত্রিয় ওইবা নৎত্রগা লাম্বা য়াবা থাক মান্নবা অতোপ্পা পুং, ঈশৈ, জগোয়গী মশক অমা ভারতবর্ষগী করম্বা মফমদা হৌজিক হৌজিকমক লৈরমখিগদগে ?

ভগবৎ উপাসনা অমদি পুজানচিংববু পুং, ঈশৈ, জগোয়নচিংবগী মতেংনা পাংথোকননবা বৈদিক নিয়ম অমদি বিধি কয়াবু ইরম্বা শাস্ত্র শিংগী মরক্তা "ভারত নাট্য শাস্ত্র" হায়বা লাইরিক অসিমা হৌজিক হৌজিক হিংহৌরি। লাইরিক অসিবু পঞ্চম বেদমক্কী হায়না লৌনদুনসু লাকলিবনি, হিরমসিদা লাইরিক অসিদগী হেন্না মপুং ফাবা অতোপ্পা লাইরিক অমা অমুক হৌজিক্কী লৈত্রে হায়বা ফাওবা য়ারে। লাইরিক অসিগী মতুং তারকপা, শাস্ত্র কয়া অমদি লৈরি অদুবু মখোয়শিংদু নাট্য শাস্ত্রবু ব্যাখা তৌবা, ভাষ্য পীবা নৎত্রগা মাগী মতাং মতাংবু লৌখত্তুনা নৈনবা ঙাক্কি। করিগুম্বা মতাংদা মোত য়াম্না খেন্ননা ইবা লাইরিকসু য়াওই অদুম ওইনমক মখোয়দুসু নাট্য-শাস্ত্রদা তোংলগা, নাট্য শাস্ত্রগী ৱাবু মাগী ওইবা ৱাহস্তোক পিবা ঙাক ওইনা তৌই। খুদম ওইনা সঙ্গীতরত্নাকর, সঙ্গীতদামুদর, সঙ্গীত পরিজাত, সঙ্গীতরত্নমালা, গীতচন্দ্রোদয়, দশরূপক, অভিনয় দর্পন অসিনচিংবা কয়া কয়ানি। মখোয়শিং অসিবুসু পুং, ঈশৈ, জগোয়গী শাস্ত্র ঙাক্কী হায়না লৌনরি। অদুবু নাট্য শাস্ত্রগী মতুং তারকপা লাইরিকশিং অসিগী অথোয় অহেন মোৎ খেন্নবনচিংবা কয়া য়াওরকপদা পুন্নমক্কী লেংদবা যুক্তী ওইনা লৌনরিবসিদি নাট্য শাস্ত্রগী ৱাবুনি। শম্না হায়রবদা পুং, ঈশৈ জগোয়না শাস্ত্রীয় ওইবা হায়বসিমক্তবু মখোয়দুনা নাট্য শাস্ত্রগী মোৎ ইনববুনি হায়বসি মশানা তারকই। মতাং অসিদা কুপথনা নৈনগদবা ৱাফম অনিখক চোংথোরকই মখোয়দুদি মুগলশিংনা ভারতপু লৌশিনখ্রবা মতুংদা পুং, ঈশৈ, জগোয়না ভগবৎ উপাসনা অমদি পূজানচিংবা তৌবগী হিরমগা মরি থাংনদবা মওংদা লৈবাক নিংথৌ ফম্লাইবা অমসুং মীয়ামগী পুক্নিং পেলহন্নবগীতা ওইবা দেশী সঙ্গীত কৌবা সম্প্রদায় অমা চোংথোরকখীবা, অদুবু মীয়াম্না য়াম্না পান্নরকখীবা অসিনা অহানবা ৱাফমনি। অনিসুবা ৱাফম্না অদুগুম মুগল নিংথৌশিংগী মতমদা ভারত নাট্য শাস্ত্রনা মীরোল খরা থিবা হুম্বা ফংদনা মাংলুবা অদুনা মরম ওইদুনা বৈদিক সঙ্গীত পরম্পরানা হান্নগী মওং হোংলকপগী ফিভমদা লাকখিবা অসিনি।

বেদনা লৈখা তারুবা মতম অদুদা পুং, ঈশৈ, জগোয়না অনৌবা মপোক অমা তমলকখী। মতমদুমক্তদা ভারত নাট্য-শাস্ত্রসু মতমগী লৈরোলনুংদা লোৎখি। ভারত নাট্য-শস্ত্রনা মতম শাংনা মীরোল কয়া মফম খণ্ডদনা লোত্তুনা লৈরুবা অসিনা মরম ওইদুনা মীরোল কয়া চহি কয়া সঙ্গীতরত্নাকরনচিংবা অথেংবা মতমগী শাস্ত্রশিংদা তাংজদুনা মখোয়গী মত লৌদুনা চৎথরুরে। অসিগুম্বা সঙ্গীতরত্নাকর অমসুং মাগী মতুংগী শাস্ত্রশিং পারগা মখোয়বু ইরম্বা শাস্ত্রকারশিং অদুসু ভারত নাট্য শাস্ত্রবু হকথেংননা থেংনখিদবরা হায়না ফাওবা পুক্নিংদা চিংনবা পোকহল্লকই। মখোয়না ভারত নাট্য-শাস্ত্রগী মরমদা তারুবা, অমদি অতৈ লাইরিকশিংদা লৌখৎলম্বা নাট্য শাস্ত্রগী শ্লোকচিংবশিং থেংনরুবদগী মখোয়গী লাইরিকশিং শাগৎখীবা মানবগী ফিভম কয়া মখোয়গী লাইরিকসিংদা উবা ফংই। নৎত্রবদি মতমদুগী হৈখ্রবা শাস্ত্রকার মহাপুরুসশিং অদুনা অসুক চাওনা নাট্য শাস্ত্রগী মোংকা খেন্নবা মওংদা অরুবা ৱাফমশিং থাংজিনলক্লম্লোয়, লোয়ননা নাট্য শাস্ত্রগী ৱাহৈশিংবু খেন্নবা অর্থদা শিজিন্নরম্মোই। অমবু ওইরে অমবু ওইরে ভারত নাট্য শাস্ত্রনা মীরোল খর থিবা খণ্ডদনা মাংদুনা লৈখ্রীগৈ মতমদা সঙ্গীতরত্নকরনচিংবা অতৈ অথেংবা মতমগী শাস্ত্রশিংগী মোত লৌদুনা মীরোল কয়া চৎথরক্তুনা ঙসি ফাওবগী ভারতবর্ষগী পুং, ঈশৈ, জগোয়গী য়াওল অসি ওইদুনা লাক্লি। ইকুই কুইদনা অঙ্গরেজশিংগী মতমদা ভারতনা নিংখা তম্বা ফংলমদায় চহি খরদগী মতম শাংনা মাংলুরবা ভারতবর্ষগী অরিবা লাইরিক লাইসু কয়া নৌহৌননা থিগৎপগী ইহৌ অমা লাক্লবদা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী পণ্ডিৎ কয়াগী হোৎনজমলনা নৌহৌননা ভারত নাট্য শাস্ত্র অসি অমুক পুথোক্লরকখীবনি। মতমসিদদি নাট্য শাস্ত্রনা তাক্লিবা পুং, ঈশৈ, জগোয়গী হিরম কয়াদি ভারতবর্ষগী মীয়াম্নক্তা হিংলমদ্রে, চৎনরমদ্রে, ৱারি খণ্ডবা মী ফাওবা লৈনরমদ্রে` পুম্মুৎ মুৎলম্লে হায়বা ফাওবা য়ারে। মরম কয়াসিদগী নাট্য শাস্ত্রবু নৌনা অর্থ হনবা মতমদা অনৌবা সাস্ত্রশিংগী মতেংনা হনবা য়াবা মখে হল্লগা য়াদবাশিং অদুদি বৈদিক যুগকী চৎনবিনি ঙসিদি ভারতবর্ষদা চৎনখিদ্রে হায়না শম্না হেক্তা থম্বদা মতারকখী। অমদি অনৌবা শাস্ত্রশিংগা মোৎ খেন্নবা, অর্থ খেন্নবা, থবক, থৌরম ৱাহৈনচিংবা

কয়াসু অদুম নম্খান হন্দুনা খণ্ডননবা হোৎনবা নত্তনা অতৈ উপায় লৈতবগুম তৌরি। লোয়ননা নাট্য শাস্ত্র অসি খণ্ডবদা খরা লুবা অরিবা শাস্ত্র অমনি হায়নসু মতাং মতাংগী মওইহল্লক্লী।

নট সংকীর্ত্তনবু শাগৎলিবা মরুওইবা মচাকশিংদি তাল অমসুং পুজানচিংবশিংনি। ভারত নাট্য-শাস্ত্রগী মতুং তারকপ পুং, ঈশৈ, জগোয়গী শাস্ত্রশিংনা তাক্লীবা তালনচিংবগী মশক্কা নট সংকীর্ত্তন্দা চৎনরিবা অসিগদি হায়নিঙাই লৈতনা খেন্নরি। মরু ওইনা অদুগুম্বা অনৌবা শাস্ত্রশিংনা পূজানচিংবগী থৌরম কয়াদি সুকনৈবু নৈনখিদ্রে হায়বা য়ায়; সুপ্নগী মার্গী সঙ্গীত হায়না পল্লগা অদুম তোকখ্রবনি। খুদম ওইনা অধিবাস ধ্রুমেল, মন্দলী পূজা, দ্বার পূজা, ছত্র পূজা দদ্ধী মঙ্গল, দিহুতি পূজা গন্ধচন্দন, বোরিবনচিংবা নট সংকীর্ত্তনগী মপুং ওইবা থৌরম কয়াগী মরম তুং তারকপা পুং, ঈশৈ, জগোয়গী শাস্ত্র অমত্তনা নৈনরমদ্রবনা মখোয়শিং অসিবু নট সংকীর্ত্তনগী আদি গুরুজনশিং অদুনা ভারত নাট্য শাস্ত্র নত্তবা করম্বা শাস্ত্র অমদগী লৌদুনা শিজিন্নরিরমগদগে? মতাংসিদনি মহারাজ গম্ভীরসিংহ সনা হাকথক্তা ব্রাহ্মণ পণ্ডীত অমনা শাস্ত্রশিংদগী খোমজিনদুনা ইবিরম্বনি হায়না পুথোকপিরম্বা "কৃষ্ণ রস সঙ্গীত সংগ্রহ" কৌবা লাইরিক্কা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনবু পাদম লাকপা ঙমখিদ্রিবা। মরমসিদগীনি মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন অসি নাট্য শাস্ত্রগী তুংগী শাস্ত্রশিংদগী পাদম লৌদুনা শেমখিবা ওইরোই, সুপ্নতগী নাট্য শাস্ত্রদগী মপুম তিংনা লৌরগা শেম্বীখিবা থৌরম অমনি হায়না থৌনা ফনা হায়বা ঙম্লক্লীবা। তালগী মশক তাক্লকপদা নাট্য শাস্ত্রগী তুংগী শাস্ত্রশিংনা তাক্লীবা তালগী দশ প্রাননচিংবগী ৱাফম মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন্দা হাক্লা কান্নফম খণ্ড্রি। মখোয়না তাক্লিবা তালগী মাত্রাগী ৱাফম নট সংকীর্ত্তন্দা মহৌশাদগী চৎনরক্তবা সুপ্নতগী ইকুই কুইদনা পুংলোন ইথোকপগী ইহৌ অমা লাক্লরকপা মতম অদুৱাইদগী শিজিন্নবা হৌরকপা ৱাহে অমা ওইরি।

## শ্রীকৃষ্ণ রস সঙ্গীত সংগ্রহ

"শ্রী কৃষ্ণ রস সঙ্গীত সংগ্রহ" কৌবা সঙ্গীত শাস্ত্র কয়াগী ৱাবু খোমজিন্দুনা ইবা লাইরিক অসি মহারাজ গম্ভীরসিংহ সনা হাকথক্তা (খৃষ্টাব্দ ১৮২৫-৩৪)

নিংথৌসিমক্কী সনায়াথং ফংজদুনা ইখিবনি হায়বসি লাইরিক অসিবু ইবিরম্বা মীং তাক্লমদ্রবা ব্রাহ্মণ পণ্ডীত অসিনা লাইরিক অসিমক্তদা পনবীরম্মী। সঙ্গীত শাস্ত্র ফনা সুরে হায়বা তায় খোমজিনবীরম্নীবসি, অদুবু মরুওইনা ভারত নাট্য শাস্ত্রদি চিৎথরম্নী। খোমজিনবীরম্বা অয়াম্বা সঙ্গীতরত্নাকরগী মতুংগী লাইরিক ঙাক্তা ওইনা তৌই; তশেংনমকসু গম্ভীরশিং মহরাজ সনা হাকথক অসিদনি নাট্য শাস্ত্রনা থিবা খণ্ডনা কন্না লোৎতুনা লৈখিবা মতম ওইখিবা; মরম অদুনা মাবু খোমজনবা ফংখিদবনি। সনা হাকথক অদুদা করিগুম্বা "ভারত নাট্য শাস্ত্র"গী খুই অমত্তং ফংবা ঙম্লম্লবদি নট সংকীর্ত্তন অসি মাগী পাদম মখাদা শেম্লকখিবা থৌরম অমনি হায়বসি মতমদুদগী হৌনা নিংথিনা খণ্ডনরক্লম্লগদবনি। অদুবু অনৌবা সঙ্গীতকী শাস্ত্র কয়া অমা খোমজিল্লগা ইখিবা "শ্রী কৃষ্ণ রস সঙ্গীত সংগ্রহ" না নট সংকীর্ত্তনগী মফমদা চপ চানা কান্নফম খণ্ডহনবা ঙমখিদবমক্কী। কমদৌনসু কান্নফম খণ্ডগদৌবিবনো? "শ্রী কৃষ্ণ রস সঙ্গীত সংগ্রহ" হায়না মিং থোনলুবতনি, খোমজিল্লিবা শাস্ত্রশিং অদুনা শ্রী কৃষ্ণ সেবাগী মরমদা মরি থাংনদবা ঙাক ওইরম্বনিনা মশানা নট সংকীর্ত্তন্দা য়ৌনা কান্নবা পীবা ঙমফম থোক্তবনি।

## বৈদিক আধার

নট সংকীর্ত্তন তশেংনা য়াম্না লিরবা ভারতবর্ষগী সঙ্গীত মখল অমনি। মসি মতৌ করম্না করম্বা মতমদগী মণিপুরদা চৎনরকখিবনো হায়বসি খরা হেন্না কুপথনা থিজিনবা দরকার ওইরি। নট সংকীর্ত্তন হায়বা মমিং অসি মকপুদি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র সনা হাকথক্তগী হৌনা চৎনরকপনি হায়বা তারবসু সংকীর্ত্তন হায়বা থৌবমসিমক্তী অমদি মানা যজ্ঞ অমা ওইনা শ্রাদ্ধনচিংবদা শিজিন্নরকপদি ভাগ্যচন্দ্র মহারজ সনা হাকথক্কী য়াম্না মমাংদগী চৎনরক্লে হায়বসিমদি শোয়দ্রে। মহারাজ গরিবনিৱাজ লৈখিদবগী অক্তি সঞ্চয়বু সংকীর্ত্তন্না তোন্‌ফাং হিদেন্দগী লৌখৎলুবগী ৱাফম্বু চৈথারোল কুম্বাবনা পল্লম্মী। ৱাফমসিনা তাকপদি সংকীর্ত্তন হায়বা উপাসনাগী থৌরম অসিনা মহাযজ্ঞ অমা ওইনা মণিপুরদা চৎনরকপসি গরিবনিৱাজ মহরাজগী মমাংদগিনি হায়বা মশানা তাকচৈ।

রাজর্ষী ভাগ্যচন্দ্র মহরাজ সনা হাকথক্তগীদি নট সংকীর্ত্তন অসি গৌরিয় বৈষ্ণবশিংগী অমত্ত ঙাইরবা শ্রী কৃষ্ণ সেবাগী অচৌবা থৌরম অমা ওইনা লৈররে। অদুবু গৌরিয় বৈষ্ণবশিংগী নাম শোনবতনা অথোইবনি হায়বা ৱাফম অসিগী ৱাংমদা লৈবা নিংথৌরেল কয়াগী মমাংদগী মণিপুরদা চৎনরক্লবা বৈদিক অধার কয়া নট সংকীর্ত্তনগী থৌরম পরেংগী মনুংদা অদুম য়াওদুনা লৈরম্বা অসিমক্লা ঙসি মণিপুরগী মীয়াম্না সংকীর্ত্তন সেবা অসিবু তরাইনা থাদোক্লবা য়াদবা থৌরম অমা ওইহল্লিবনি। তালগী মতেংনা ইষ্ট দেবতা অমবু অবাহন তৌজবা; তালগী মতেংনা অদুগুম্বা অবাহন তৌজদুনা উথাপন তৌরবা দেবতা অদুদা অর্চন পুজন কয়া তৌজরগা অমসুং মঙোন্দা অত্মা সমর্পন তৌজরগা নৎত্রগা মঙোন্দগী ফংনিংবা বর নিজরগা তালগী মতেংনা অদুগুম্বা উৎঘাতন্ তৌরিবা ইষ্টদেবতা অদুবু বিসর্জন তৌজবা হায়বা বৈদিক অধার অসিনা নট সংকীর্ত্তনগী মপুং ওইবা তৎনবা য়াদ্রবা থৌরম পরেংশিং অদুম মওইরী। বৈদিক অধার অসিগা থানদনা শ্রীমদ রাধাগোবীন্দ অনিগী প্রেম ভক্তি রসবু তাল মখল মখা কয়াদা কীর্ত্তন তৌজদুনা ভক্ত বৈষ্ণব পুন্নমক্কী অষ্ট প্রহরগী শ্রী কৃষ্ণ সেবা ওইনদুনা চৎনরক্লী। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি অমসুং বৈদিক অধার অনিমক্লা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন্দা মশা অমত্তা ওইনা পুন্না তিনশিন্নহন্দুনা চত্থরক্লী।

## তালগী য়ুম্ফম থিগৎনরকপা

নট সংকীর্ত্তন্দা শিজিন্নরিবা তালগী মশকশিং অসি অচম্বা অমত্তা নত্তে, মখোয়শিং অসি ওহ্লোক্লা লিরবা, ঙসিদি ভারতবর্ষগী মফম অতৈদা থিরুবদা ফংবা ৱারগদবা বৈদিক য়ুগকী তালগী মশক ঙাক্তা ওইরম্মী হায়বসি মমাঙঙৈদগী চৎনরক্লিবা, য়ৈনরক্লীবা সংকীর্ত্তনগী পুংলোনশিং অসিদা হন্না মুন্না নৈনদুনা য়েংলুবদা ময়েক শেংনা উরকই। অসিগুম্বা বৈদিক য়ুগকী তালগী মশকশিং অসি ঙসি ঙসিমক ভারত শিনবা থুংনা চৎনরিবা দেশী তাল শাস্ত্রগী মীৎয়েং মখাদগী য়েংলুরবদি উবা ৱারগনি, শুপউ উখিদববু য়ায়। অসিগুম্বা মার্গীয় তালগী মশকশিং অসিদি ভারতবর্ষগী লৈমায়দগী মাংখিবা কুইরবনি সুপ্নগী মমিং মথা খরতমক হিংহৌরবনি হায়না অয়াম্বা পণ্ডিৎশিংনা মোৎ

পিনরিবনি। অসুক মমল য়াম্লবা ভারতকী অতৈ মফমদা ঙসিদি থিবা ফংলরোইদবা, বৈদিক যুগকী তালগী মশকশিং অসিবু মণিপুর কৌবা পিকখ্রবা চীংনুং অসিদা মতম অসুক শাংনা য়োক্তুনা থম্বীরম্লীবসিমক ভারত পুম্বগী ওইনা লাইবক ফবনি অমদি চাওথোকচনিংঙাইনি। মসিগীদমক্তা অহানবদা সংকীর্ত্তনগী তালবু শেম্বীরম্বা, মসিগী পুংলোন মখল মখা পুথোকপিরম্বা লাইওইখ্রবা আদি গুরুজনশিংদুগী মফমদা হন্না হন্না ইকায় খুম্নবা উৎফম থোকই। মথংদা শাংখ্রবা চহি কয়াসিদা, লিখ্রবা তালগী মশকশিংবু মতম মতমগী য়াওন্দা তোয়না হোঙ্গনবা সঙ্গীতকী মহৌশাগা মায়োক্লদুনা য়ারিবমখৈ তেক্তা কায়দনা মওং হোংখিদনবা য়োক্তুনা পুখৎপীরকইবা যুগ যুগকী শক্লায়রবা লাই গুরুজনশিং পুম্নমক অদুবুসু মতিক চানা ইকায় খুম্নদুনা তৌবীমল খঙবা উৎফম থোকই। অরোইবদা মমাংঙৈদগী চিঙ্খাংদা তম্নদুনা চৎথরক্লীবা সংকীর্ত্তন তালগী পুংলোনশিংবু লাইরিক ওইনা ইথোকপিদুনা অমদি ছাপা নমথোকপিদুনা, মীয়ামগী খুত্তা শিন্নবিদুনা নৈননবগী তাঞ্জা পীবীরিবা ওজা গুরুজনশিং পুম্নমকপুসু মতিক চানা ইকায় খুম্নফম থোকই। ঙসিফাওবাদা ছাপা নমদুনা ফোংদোরক্লীবা পুংলোনগী লাইরিকশিং অসিদা অমগা অমগা মোৎ খর খর খেন্নবনচিংবা কয়া লৈরবসু থায়নগী চৎনরক্লীবা পুংলোনশিং অদুদি ইমাং মাংহন্দনা খুৎই অমসুং খুৎফোংদোক্তা খেন্নবগী ৱাফম খক্তমক ওইনা লৈরি। তালগী ব্যবস্থা ইবা লাইরিক লৈতবনা মরম ওইদুনা পুংলোন ময়েক চিংথোক চিংশিন অমদি অহাংবা মফমশিংদা হেন্না শাংদোকপা নৎত্রগা হেন্না তেঙ্গীনবনচিংবা লাকপগী ফিভম খরা লৈরিবসিদি মুন্না নৈনরগা, খন্নরগা তালগী মশক্লা চিংবা লেপ্পরক্লগা ব্যবস্থা অমা লৈরক্লগা লায়না চুমসিন্নরক্কনি হায়বগী থাজবা লৈরি।

অহল লম্মন লাই গুরুজনশিংনা ছাপা নমদুনা ফোংদোকপীরক্লীবা পুংলোন লাইরিকশিং অসিগী মপান্না ঙসিগী অমসুং তুংগী মীরোলনা নট সংকীর্ত্তন তালগী পরমপরাদা হঙ্গৎনা য়েংবা ফংজদুনা নৈনজবা ফংজগদৌরিবনি। মসিগীদমক্তা অৱাবা কোঙ্গায় মায়োক্লবিদুনা লাইরিক ফোংদোকপীরকপা ওজা গুরুজনশিং পুম্নমকপু লৈবাক পুম্নমক্লা হন্না হন্না থাগৎফম থোকই।

## নট সংকীর্ত্তনগী তাল (অহানবা শরুক)

ঙসি নট সংকীর্ত্তনগী লমদা চংশিনবীরিবা অমদি তুংদা চংশিল্লক্কদৌরিবা সেবকশিংনা য়াম্না চাওনা মায়োক্নরিবা অমদি লুবসু লুরিবা সমস্যাদি মণিপুরগী সংকীর্ত্তন তালগী ওইবা মরিক চুম্বা ব্যবস্থাবু শুগায়না ইবা লাইরিক অমা ফাওবা লৈতবা অসিনি মাংগী লাই ওইখ্রবা অহল লমনশিং অমদি আদি গুরুজনশিং অদুনা অসিগুম্বা লাইরিকশিং অমা মখোয়গী তুংগী মীরোলগীদমক্তনি হায়দুনা থম্বীরম্বা থেংনজদে মসিনা মরম ওইদুনা মগুণ লৈরবা সংকীর্ত্তন তালশিং অসিনা অমদি মখোয়গী মরাং কায়না পৈদুনা লৈরবা পুংলোনশিং অসিনা ওনখৎলক্তুনা ফোংঙমদবা পাখোং ময়াম অমা নৎত্রগা খুম্বদা ৱারবা ৱাহং ময়াম অমা পোকথোরকপগী ফিভম অমদা ঙসি য়ৌরকখিবনি।

অৱাবা সমস্য অসি কোক্লনবা হোৎনবদা মাংগী ওজা গুরুজনশিং খরনা দেশী সঙ্গীতগী তাল ব্যবস্থাগী মতুং ইনন্নবা হোৎনরুবসু ময়াম্না খঙবীরবা ৱাফম্নী। মদুনা মরম ওইদুনা সংকীর্ত্তনগী তালগী জগত্তা মাত্রানচিংবগী চৎনবিবু পুশিল্লকখিবনি। তশেংনমক্তী মণিপুরগী সংকীর্ত্তন পরমপরাদা মাত্রাগী ৱাফম চৎনরক্তে হায়বসি লৈবাকসিগী ওজা গুরুজনশিং পুন্নমক্লা হেন্না খঙনবিরিবা ৱাফম্নি অদুবু ব্যবস্থা অমা লৈহন্নীংবদগী ময়াম য়ানদুনা মাত্রাগী ৱাবু লৌশিন্দুনা মচৎনরকইদি হায়ববু ৱাফম অসিনা থোয়না হেন্না সংকীর্ত্তনগী তালগী মশক মাংহন্ননবগী অমদি সংকীর্ত্তনগী পরমপরাবু লম্মাংনহন্নবগী মরম চাওনা ওইরকই। মসিগী খুদম খরদং লৌখৎচবা তারবদা অহানবদা মেনকুপ মপী হায়না থায়নদগী খঙনরকপা তাল অসি মাত্রানা মরম ওইদুনা ঙসিদি তাঞ্চপনী হায়না নমদুনা হায়হন্নবগী তাঞ্জা লাক্লিবসিনি। থায়নগী অহল লম্মনশিং অদুনা খঙদদুনা নৎত্রগা হৈতদুনা তাঞ্চপকী তাল অমবু মেকুপ মপীনি হায়না মমিং পিশিল্লম্বগী ৱাফমদা তাহল্লক্কদৌরি। তশেংবদি থায়নগী অহল লম্মনশিং অদুনদি য়াম্নমক ময়েক শেংজনা থম্বীরম্বনি, তশেং তশেংনা মেনকুপ্নী, মপীনি, অদুগুম্বা মেনকুপ মপীগী কলানা দ্বিগুণ, চৌগুন লৌদুনা থোন্দোরকপা তাল অমনি। অদুবু ঙসিদি মাত্রাগী জ্ঞান অসিনা নমদুনা তাঞ্চপ ওলহনগদৌরি। অনিসুবদা মাত্রানা মরম ওইদুনা রাজমেলগী মতাংদা মোৎ অনি থোক্লা চিংখায়নরিবা লৈবাক মীয়াম্না ফজনা খঙনরিবা ৱাফম্নি। অরোয়বদা রাগ হায়বসি হৌবদগী

লোয়বা ফাওবনা তাল মপুম অমা ওইজবনি; মরক্তা হনজিল্লুবগা য়াবা নত্তে; অসিগুম্বা তাল অসিবু অহানবা পুংলোন খরদগী ওল্লগা মাত্রা মরিনি নৎত্রগা নিপালনি মপলনি হায়দুনা করম্না হায়গদৌরিবনো? অসিনচিংবা কয়া কয়ানি। তশেংবদি মাত্রাদি দেশী শঙ্গীতকী ব্বাফম্নী; দেশী সঙ্গীতশিংগী মরক্তা ফাওবা তং তাদবা চয়েৎনবা ব্বাফম অমা ওইরিবনি। খরনা বর্নকালনি হায়; খরনা পঞ্চ অক্ষর কালনি হায়; অমুক্তা অক্ষর মরিগী মতম্নি হায় অসিগুম্বা অরেপ্পা লৈতবা মাত্রাগী ব্বাফমবু সংকীর্ত্তন তাঞ্জাও ময়াম মরকসিদা পুশিল্লকপা অসিনা সংকীর্ত্তন তালগী মশকপু ময়েক লানা তাকপা ঙম্বা ব্যবস্থা অমা পুথোকপদা মতেং ওইনবদি লায়রদনা হেন্না চমম্নহন্নবগী ব্বাফম ওইনা লৈরি।

মায়গৈ অমরোমদগী অমুক ওজা গুরু খরনা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন অসিদি গৌড়িয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী থবক্লীনা বৈষ্ণব সঙ্গীত শাস্ত্রশিংদা হন্না য়েংফম থোকই হায়বা ব্বাখলনা লমজিংদুনা নারদ পঞ্চম্‌সার সংহিতা, সঙ্গীত দামুদোর, গীত চন্দ্রোদয় অমসুং ভক্তি রত্নাকরনচিংবা সঙ্গীতকী ব্যবস্থাশিং ইবা লাইরিকশিংগী মতেং লৌদুনা নট সংকীর্ত্তন তালগী ব্যবস্থাবু শাগৎনবা হোৎনরকপসু মীয়াম্না থেংনবীরি। অদুবু অয়াম্বা বৈষ্ণব সঙ্গীত শাস্ত্রশিং অসিদি বৈষ্ণব ভক্তশিংনা ইজরবসু সঙ্গীত রত্নাকরগী মতুং ইনবা দেশী সঙ্গীত ব্যবস্থাবু শন্দোক্লা ইবা লাইরিক ঙাক্তা ওইরম্বনা মণিপুরগী থাইনঙৈদগী চৎনরক্রবা সংকীর্ত্তন তালগী মশক্কা চানবা ঙমদদুনা মরিং মরাংদুনা মরৈরি। সঙ্গীত রত্নাকরনা তাক্লীবা তালগী দশপ্রানগী হিরম অসিমক দেশী সঙ্গীতকী মশক তাক্লনবা শেম্বা ব্যবস্থানি হায়না লাইরিক মশানা অহৌবদা অদুম হায়জে। মখোয়শিং অসি মার্গীয় তাল ব্যবস্থাগদি পুংওন ওন্নবা মশক ওইবনা মশানা নট সংকীর্ত্তনগী তালগী মশক্তা পানশিনবা অমসুং পকশিন্নবা ঙমদদুনা লৈরক্লিবনি।

## ভারত নাট্য শাস্ত্রগী তাল

মণিপুরদা মমাংঙৈদগী য়ৈনরক্লিবা সংকীর্ত্তনগী পুংলোনসিং অসি নাট্য শাস্ত্রনা তাক্লীবা তালগী মশকশিংনি হায়বসি করিদগী কমদৌনা হায়রক্লিবনো হায়বসিগী মতাংদা ব্বামাং য়ানবা ওইনা শম্না ব্বাফম খরদং নৈনফম থোকই।

হিরমসিগা মরি লৈননা অহানবমক্তদা থমজরিবসি সংকীর্ত্তন তালগী মহৌশাদগী শিজিন্নরক্লিবা মমিং মথাসিং অসিনি। রাগ, রাগতাবা, রাগমেল, ঙসিদি রাজমেল হায়না খণ্ডনররে, সঞ্চার অমসুং ধ্রুবমেল ঙসিদি ধ্রুমেন হায়না খণ্ডনররে, অসিনা চিংবা ৱাহৈশিং অসি সংকীর্ত্তন তালগী য়াম্নামক মরু ওইবা ৱাহৈশিংনি। অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অমদি ৱাহৈশিংসিনা তাক্লীবা তালগী মশকশিং অসিমক দেশী তাল ব্যবস্থা নৈনবা লাইরিকশিংদা য়াওবা শুপথেং থেংনবিরোই। তশেংনমক মখোয়শিং অসি নাট্য শাস্ত্রনা তাক্লীবা তাল ব্যবস্থাগী মশক ঙাক্তমক ওইরম্মী।

অনিসুবা অমসুং য়াম্নমকসু মরু ওইবা ৱাফম্না সংকীর্ত্তন তালগী পুংলোনশিং অসি মুন্না য়েংশিল্লুবদা ধ্রুব পদগী মশক ঙাক্তা ওইরম্বা, মদুগী মনুংদা চতুষ্টপাদ হায়বদি তালগী পাদ অহুমগা ধ্রুব অমগা লোয়ননা পুন্না পাদ মরিনা শাবা তালগী মশক অসিনা নম্না য়াওরম্বা অসিনি। অসিগুম্বা চতুষ্টপাদগী মশক অসিনা প্রনবকী মশকমক য়াওরে হায়না লৌদুনা ভারত নাট্য শাস্ত্রনা য়াম্না মগুণ চাওনা শৈথাবা অমসুং দেবতাশিংগী অজা পুজানচিংবগা মরি থাংনবদা শিজিন্ননবা শেম্বা তাল ওইনা তাকই।

অরোয়বদা শিজিন্নরিবা পুংলোনশিং অসিদা য়েৎকী অমসুং ওইগী খায়না তাল য়েরম্বা অসিনি। দেশী সঙ্গীত শাস্ত্রশিংদা তালবু য়েৎকী অমসুং ওইগী খায়না য়েগনি হায়বগী ৱাফম পিরম্বা থোয়না থেংনদে। তালকোক অমা অমসুং তাম্থা হায়দোকপনা মরু ওইনা শিজিন্নবা তাল ব্যবস্থা ওইনা তৌই। অদুগা নাট্য শাস্ত্রনা তাক্লীবা তালগী মশক্তদি তাল খুদিংমক য়েৎকী অমসুং ওইগী খায়না থাগনি হায়বা তাকই। য়েৎকী তাম্থা অমসুং হায়দোকপগী মশিংগা ওইগী তাম্থা হায়দোকপা মশিংগা অনিমক মতম লৈবা খিবিক্তা চপ মান্নহনগদবনি; হায়বদি য়েৎ ওই তাল মশক চপ মান্নগদবনি পুংলোন থক্তনা খেন্নহনগদবনি হায়বনচিংবা অসিমক মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন তালগী মমাঙৈদগী চৎনরক্লীবা পুংলোনশিং অসিদা ফজনা উবা ফংলি। তশেংনমক চহি চা কয়াগী মমাংদগী ভারত নাট্য শাস্ত্রগী তালগী ব্যবস্থানা মণিপুরদা চংলক্তুনা লৈরখী হায়বগী মতিক চাবা প্রমান কয়া লৈরি।

চহি শাংনা লমদমসিদা লৈতারকপনা লমদমসিগী ওইবা মমীং মথাদা খঙনদুনা চৎথরকইবা তালগী মশকশিং অসি ভারত নাট্য শাস্ত্রগী শ্লোকশিংগা মথং মথং চপশিন্নদুনা কদায় কদায় ফাওবনা নট সংকীর্ত্তন পরমপরাদা হিংলিবা, করি করিনা চৎনখিদ্রবা অসিনচিংবা কয়া খন্দোক খঞ্জিন তৌদুনা নৈনবগী তঙায়ফদবা অমদি লৈ। অদুবু অহানবা খোঙথাং ওইনা মণিপুরগী আদি গুরুজনশিংনা থম্বীরম্লীবা, অমদি গুরুজনশিংনা পরমপরা ওইনা য়োক্তুনা পুথবিরকইবা মমিং মথাশিংবু কায়দনা লৌখত্তুনা মখোয়না তাক্লীবা তালগী ব্যবস্থাশিংবু ভারত নাট্য শাস্ত্রগী পাদম মখাদা নৌহৌননা নৈনদুনা থম্বা তারি।

## অনিশুবা মতাং

# তাল, তাস্থা, হাইদোকপা অমসুং তালগী মিহুল

**তাল ঃ**

বৈষ্ণবশিংনা তালবু ঈশ্বরগী মশক্তি খন্না খুরুমজে। কনানা মাবু শিব পারবতি অনিগী যুগল রুপনি হায়না নিংজে। কনানা তালবু শ্রীকৃষ্ণমক্তি হায়না নিংজে" অসুম্না তাল হায়বসি পুং, ঈশৈ, জগোয় অহুমক্কীদা নত্তনা সংকীর্ত্তনগী থৱাইগী মশক্তি" পুংনা তালবু য়ৈ, ঈশৈনা তালবু শকই, লোয়ননা জগোয়না তালবু শায়। অসুম্না তালনা সংকীর্ত্তন পুজাবু ওইনৈ" তালবু মুন্না ধ্যান তৌদুনা মশক খঙবা ঙমদ্রবদি পুংয়ৈবা ঈশৈ শকপা অমসুং জগোয়শাবা অহুম্মক্কা মপুংফাবা ঙমদে। তাল কাইনা য়ৈবা পুং, তাল কাইনা শকপা ঈশৈ তাল কায়না শাবা জগোয় তারু-য়েংলুবা মীওইদি নোরোক তানিঙাইনি হায়না বৈদিক যুগতগী হৌনা তালবু য়ান্না কিনা খন্নরকই।

তাল হায়বা ৱাহৈ অসি সংস্কৃত ৱাহৈ "তল" হায়বসিদগী লাকখিবনি। তলগী আর্থদি পৃথ্বীগী লৈমাই (ভুতল), খুবাক (করতল) অমসুং কোয়না পাকপা অসিনচিংবা কয়ানি। পৃথিবীগী লৈমায়না মরম ওইদুনা মীওইবদা খঙহল্লিবা মতম হায়বসিগী মুর্ত্তীবু তাল হায়না কৌনরকই। খুবাক খুববুসু তাল থাবা হায়রগা খঙনরকই। লোয়ন লোয়ননা য়ৈননবা খুৎলায় খুদিং মমায় কোইনা পাকই মখোয়দা থিনবদগী থোকই হায়বগীদমকসু তাল হায়রগা মখঙনরকই। হৌরকফম মরুদা সংস্কৃত ওইজরবসু তাল হায়বা ৱাহৈ অসি ঙসিদি মৈতৈলোন ওইনা ফজনা শিজিন্নরে। তাঞ্জা, মেঞ্জানচিংবা মৈতৈলোনগী ৱাহৈশিংনা খুদম্নী।

শকউদবা তাইবংপাল মপু মাবু মীওইবনা শক্তম লাক্না মুর্ত্তি ওইনা অচৌ অপিক কয়াদা শেম শাজরগা তোঙান তোঙানবা মমীং মথা থোঞ্জদুনা নিরুপন

তৌজরগা ইরাৎনজবগুম শকউদবা মতমগী শক্তম্বুসু অচৌ অপিক কয়াদা শেম শাজরগা তোঙান তোঙানবা মমিং মথা কয়াদা খংনদুনা তাল মখল মথেলবু পুং ঈশৈ জগোয় ওইনা তাইবং মপুগী শেবাগীদমক শিজিন্নবা বৈদিক যুগতগী চৎনরকই।

মতম হায়বা মহাক্তি মশক ফোংদবা ওইবনা, অসিনি হায়না তাকপা লুই। অধ্যাত্মীক্কী মীৎয়েংদগীদি মীওইবনা উরিবা লৈরিবা পুম্নমক মতমগী শক্তম ঙাক্তনি। মাগী মাগী মতম লোয়খ্রগা উরিবা লৈরিবা পুম্নমক উখিরোইদবা ঙাক্তনি। অসুম্না উরিবা লৈরিবা পুম্নমক মাগী মাগী অকুই কুইদা পাদম অমমমদি লৈজবা ঙাক্তনি। খুদম ওইনা নুমিৎ, থা, থবানমিচাক, গ্রহ নক্ষত্রশিং, উচেক-ব্রায়া, শা-ঙা, উপাল বাপাল, মনা-মশিং, ফুরা, দলাল, লবুক-লমহাং অমদি তাইবং মী পুম্নমক মাগী মাগী মতমগী পাদম অমমম লৈজবা ঙাক্তনি। অদুবু হায়রিবা মাগী মাগী মতমগী পাদমশিং অদুবু মীওইবনা পৃথিবী অসিগী মতমগী পাদম হায়বদি নুমিৎ, থা, চহিনচিংবশিং অসিদগী ওনবা নত্তনা অতৈ উপায় লৈজদে।

পৃথিবী অসিগী মতমগী পাদম হায়বসিমক পৃথিবী অসিগী লৈমায় অসিদগী থোকপনি। পৃথিবী অসিনা মশা মতোমতা অমুক্তং লৈজবনা নুমিৎ থোকপা অমসুং নুমিৎ তাবা হায়বা অসিবু ওইহল্লি। নুমিৎ থোকপা অমদগী মথংগী নুমিৎ থোকপা ফাওববু নোংমা হায়না খঙনদুনা মতমগী অহানবা পাদম ওইনরকই। অসিগুম্বা নোংমা হায়বা মতমগী অহানবা পাদমসিবু অমুক অয়ুক অমসুং নুংদাং (অহোরাত্র) হায়দুনা খায়বোক অনিনা শারকই। অসিগুম্বা নুমিৎ কুম্ব্রানিনা থা অমা শায়। থা অমা হায়বশিনা পৃথিবীগী মতমগী অনিশুবা পাদমনি। থা অসিগীসু থাশি-থানিল হায়দুনা পানখৎলকপদগী থানিল ফাওবা (শুক্লপক্ষ) অমসুং থানিলদগী শিথরক্তুনা থাশি ফাওবা (কৃষ্ণপক্ষ) অসুম্না খায়বোক অনিনা মশারকই। অদুগুম্বা থাবুম্ তরানিথোইগী মতমনা চহি অমবু শারকই। চহি হায়বা অসিনা পৃথিবীগী মতমগী অরেপ্পা মশক্কি। মঙোন্দা প্রকৃতিগী শক্লোন শুনা তিল্লে। মাবু কুম্বী কালেন হায়দুনা নুমিৎনা খারোমদা কুম্বা (দক্ষিনায়ন) অমসুং খারোমদগী অন্নাং পাংনা কারকপা (উত্তরায়ন) হায়দুনা খাইবোক অনিনা

মশারকই। অসুম্না পৃথিবীগী মতমগী অরেপ্পা পাদমবু চহিনা ওইহন্দুনা যুগ যুগান্তর অমসুং মনবন্তরনচিংবা কয়াবু ওনবসি বৈদিক যুক্তগী ঙসি ফাওবা চৎনরক্নি।

পৃথিবীগী চহি অমগী মতম্বু উতরায়ন অমসুং দক্ষিনায়ন হায়না চপ মান্নবা খাইবোক অনিনা শাবগুম তাল খুদিং য়েৎকী শরুক অমসুং ওইগী শরুক হায়দুনা চপ মান্নবা খাইবোক অনিনা শানরকই। লোয়ননা অমুকসু আয়ন অমমম্বু থাবুম কয়ানা শারগা থা খুদিংবুসু অমুক থাশি থানৌ হায়দুনা চপ মান্নবা খাইবোক (পক্ষ) অনিনা শেম্বগুম তালগী য়েৎকী ওইগী শরুকশিংবুসু পাদ কয়া কয়ানা শারগা পাদ খুদিংমকপুসু অমুক মশিং মান্নবা তালগী মীহুলশিংনা শেম্বা কাংলুপ অনি অনিনা ওইহল্লি। অসুম্না থা খুদিংবু নুমিৎ কয়ানা শারগা নুমিৎ খুদিংবুসু অমুক অহিং নুংথিল হায়দুনা চপ মান্নবা খাইবোক অনিনা শেম্বগুম তালগী পাদ খুদিংবু মীহুল কয়ানা শারগা, মীহুল খুদিংমকপুসু অমুক হাইগৎ হায়থা হায়না মান্নবা খাইবোক অনিনা শেমদুনা তালবু মতমগী শং শংবা মুর্ত্তি ওইনা য়েলহৌঙেদগী শেম্নরকই।

অসুম্না অরোইবদা হায়বা তাই মদুদি তাল হায়বসি মীওইবনা নিরুপন তৌজবা মতমগী মুর্ত্তিনি মাবু তালগী মীহুলশিংনা মচাক ওইদুনা অচৌ অপিক মখল কয়াদা শেম শারগা তোঙান তোঙানবা মমিং মথানচিংবদা খঙনরকই।

## তাম্বা অমসুং হাইদোকপা

তাম্বা অমসুং হাইদোকপশিংনা পুল্লগা য়েৎকী ওইগী খায়না থম্লবদা তাল অমা শায়। য়েত্তা চল্লিবা তাম্বা অমসুং হাইদোকপগী মশিং অদুগা চপ মান্নবা ওইদসু চলহনগনি, অসুম্না য়েত্তা চল্লবা তাম্বাশিংগী মশিংদগী তালগী অহানবা মমিং মথানচিংবা ওইনরকই। য়েত্তা তাম্বা অমা থারগনা এক তাল, অনি থারগনা, দুইতাল, অহুম থারগনা তিনটাল অসুম্না মথং মথং চার তাল, পঞ্চতাল ছয় তাল, সপ্ত তালনচিংবা তাল মখল মখা কয়ানি।

হাইদোকপগী মশিং মতুং ইন্না তালশিংবু অমগা অমগা অমুক মশক খেন্নহল্লি। তাম্বা অমা থারগা অমা হাইদোকপা এক তাল, অনি হাইদোকপা

একতাল অহুম হাইদোকপা একতাল অসুন্না মথং মথং মরি মঙা তরুক অমসুং তরেৎনচিংবা হাইদোকপা একতাল মখল কয়া লৈখ্রি। অসুন্না দুইতাল, তিন্তাল, চারতালনচিংবা পুন্নমক্তসু হাইদোকপগী মতুং ইন্না খেন্ন-খেন্নবা তালগী মশক ওইহল্লি। মখোয়শিংদুবু খেন্ন-খেন্নবা মমিং কয়া পিদুনা খঙনরকই।

## ভাঙ্গা তাম্থা

য়েত্তসু ওইদসু হাইদোকপা য়াওদনা তাম্থা ঙাক্তনা থারগনা ভাঙ্গা থাবা হায়না খঙনরকই। ভাঙ্গা তাম্থা থাবনা তালগী মশক মমীং লেপ্পা ঙমদবা তাল অমা ওইহল্লকই। অসুন্না তাল মখল খুদিংদা ভাঙ্গা তাম্থা থাবা য়ায়। ভাঙ্গা তাম্থাগী কান্নবা অমসুং শিজিন্নফম হায়ববু শক্তিবা ঈশৈগী নৎত্রগা য়ৈরিবা পুংগী তালগী অরেপ্পা মশক অমা খঙব। ঙমদ্রিঙৈদা মাবু শিজিন্নদুনা তালগী অরেপ্পা মশক খঙনবা হোৎনবা ঙমহন্বা অসিনি। অমরোদা ভাঙ্গা তাম্থা থাবনা মাবু মশক মচু মমেন লাক্তিবা নির্গুন ওইবা অশেংবা তালগী মশক অমা ওইহল্লি। অসিগুম্বা তাল অমনা ঈশ্বরগী সেবা তৌজবগী ভাবতা তাল খুদিংদা ভাঙ্গা তাম্থা খরা থাবা য়াওহনবা চৎনরকই।

ভাঙ্গা তাম্থা থাবা হায়বসি তালগী মিহুল খুদিংদা তাম্থা থাবদুনি হায়না খঙগনি। তাম্থা খুদিং তালগী মিহুলদা থারকই। হাইদোকপসু তালগী মিহুলদা হাইদোক্লরকই। মিহুল খরদা তাম্থা থাবা অমদি তালগী মিহুল খরদনা হাইদোকপা অনিগী অপুনবা মশকপু য়েত্তা অমসুং ওইদা চপ মান্ননা থম্লগা তাল অমগী মশক ওই। তৌবতবু তালগী মমীং মথা থোন্বগী মতাংদদি য়েত্তা চল্লিবা তাম্থা অমসুং হাইদোকপগী মশিংদগী য়েংলগা থোন্নরকই। অসুন্না চৎনরকই হায়দুনসু য়েৎকী তাম্থা হাইদোকপা ঙাক্তনা তাল অমগী মশক মপুং ফারে হায়না লৌনরক্তে য়েৎকী ওইগী অনিনা পুল্লবতদা তাল অমা হায়না খঙনরকই।

## তালগী মিহুল (কলা) ⁀⁀

তাল অমগী মনুংদা হল্লিবা হাইগৎ-হাইথগী খোংজেলবু তালগী মিহুল হায়না খঙনরকই। তালগী মিহুলনা তাল অমগী অহানবা পাদম্নী। তালগী

মিহুলনা মচাক ওইদুনা তাল অমবু শেমগৎলকই। তালগী মিহুলশিংদা তাম্থা থায় অমদি তালগী মিহুলশিংদা হাইদোকই। অসুন্না তাম্থা হাইদোকপশিংনা পুল্লগা তাল অমগী মশকপু শাগৎলকই।

তালগী মিহুল হায়বসিমক তিং তিং চোংদুনা লৈবা মরম্না মাবু হাইগৎ হায়থ অনিনা পুল্লগা ওইরকপনি হায়গনি। নুমিৎ থোকপা অমদি নুমিৎ তাবা অনিনা পুল্লগা নোংমা শাবগুম হাইগৎ হাইথা অনিনা পুল্লগা তালগী মিহুল শাই অমদি মানা তালগী অহানবা পাদম ওই। হাইগৎ হাইথ অনিসি পুন্না য়াওদনা কৈদৌঙৈদা তালগী মিহুল (কলা) হায়বসি ওইরকপা ঙমদে। লোয়ননা হাইগৎপা য়াওদনা হাইথবা লৈবসু ওইথোক্তে। অসুন্না হাইগৎ হাইথ অমসুং হাইগৎ হাইথদা চংলিবা মতম হায়বা ব্রাফম অহুমসিনা তালগী মিহুলগী মশক তাকলকই।

তালগী মিহুলদি মখল মখা কয়ানি তাল তালদুগী মতুং ইন্না খেন্ন-খেন্নবা তালগী মিহুল ওইরকই। অদুমওইনমক তালগী মিহুল অসিমকপু তালনি হায়না খঙগদবদি নত্তে; তালগী মিহুলদি তাল তাল অদুনা পোক্কদবনি হায়না শাস্ত্রনা হায়। হাইগৎ হাইথগী মতম খেন্নবগী মতিক তালগী মিহুল অমগা অতোপ্পা তালগী মিহুল অমগা খেন্নরকই। অদুগুম্বা হাইগৎ হাইথগী মতম খেন্নবা তালগী মিহুল মখল কয়াগী মনুংদগী অকক্লবা মিহুল অমবু খল্লগা মানা মচাং ওইদুনা তাল অমবু শেম্লকই। তাল অমা হাইবসিমক অকক্লবা তালগী মিহুল কয়া পুল্লিল্লগা খরদা তাম্থা থাবা অদুগা খরদনা হাইদোকপনচিংবা ওইহল্লগা শেম্বা মতমগী মুর্ত্তি অমনি।

তালগী মিহুল অমবু মথক্তা উৎখ্রিবা খুদম অসুন্না অতেনবা লৈই অনিবু মখাদা থা মচেৎ শাবা অতোপ্পা লৈই অমনা ফাজিনবগী মশক অসিনা মহুৎ শিন্দুনা ইথোকপা য়াই। লৈই মচা অনি অসিনা হাইগৎ হাইথগী খুদম্নি। অদুগা মখাদা থা মচেৎ শানা অনি অসিবু কোইশিল্লিবা অসিনা তালগী মিহুল অমদা হাইগৎ হাইথা অনি য়াওগনি হায়বগী খুদম্নি।

হাইগৎ হাইথগী মতম্না মরম ওইদুনা তালগী মিহুল অসি মখল মখা কয়া লৈহল্লকই। অসিগুম্বা হাইগৎ হাইথগী মতম হায়বসিমকপুসু অমুক তাম্মিৎ






হায়না খঙনবা পাদম অমনি ওইরি। তালগী মিহুল অমদা যন্দ্রবদা হাইগৎপগী তান্মিৎ অমা অমসুং হাইথবগী তান্মিৎ অমা, অসুম্না তান্মিৎ অনিদি শোয়দনা চংই অদুনা তালগী মিহুল হায়বসি তান্মিৎ অনিদগী হৌদুনা তান্মিৎ অহুমগী, মরিগী, মঙাগী অসুম্না'মথং মথং তান্মিৎ কয়া কয়াগী তালগী মিহুল মখল মখা কয়া লৈখিবা য়ারি।

তান্মিৎ অমতংগীদি তালগী মিহুল লৈবা ঙমদে। মরমদি তান্মিৎ অমত্তংগী মতমসি অসুপকী মতিক থুবনা মাগী মতম অদুনা হাইগৎ হাইথ অনিমক পাঙথোকপা ওইথোক্তে। তালগী মিহুল অমা হায়বসিদদি হাইগৎ হাইথা অনিনা পুনবনা অমদি খ্বাইদগী থুবা, হাইগৎপা অমসুং হাইথবা অমমমদা লেপ্পমক তান্মিৎ অমমমগী মতম চংবনা খ্বাইদগী থুবা তালগী মিহুল অমবু তান্মিৎ অনিনা শাহল্লকই। অসুম্না খ্বাইদগী থুবা তালগী মিহুলদগীনা খরা খরা তপথরকপা তালগী মিহুল মখল মখা কয়ানি।

তালগী মিহুল হায়বা অসিবু অনৌবা মতমগী য়াওল ওইনা মাত্রা হায়না পাক্তক্লনা খঙনদুনসু চৎনরক্লী। ঙসিদি ভারতবর্ষগী তাল বিচারদা মাত্রা হায়বা ৱাহৈসি অদুক্কী মতিক ম রু ওইবা, তোয়না শিজিন্নবা মীয়াম্না পাক্তক্লনা খঙনখ্রবা ৱাহৈ হায়বদু ওইখরে। অদুবু মাবু মশক তাক্লিবা তাল শাস্ত্রশিংগী পরিভাষাশিংগা, ঙসি মীয়াম্না খঙনরিবা, শিজিন্নরিবা মাত্রাগী মশক অসিগা, অনিগী মরক্তা খর খর ওন্না তৈনবগুম্বা, ময়েক মসোন ইশেং শেংদবগুম্বা অমদি লোয়নদুনা অদুম লৈরক্লি। তশেংনমক মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী পরম পরাদদি মাত্রা হায়বা ৱাহৈসি মহৌশাদগী হৌনা শিজিন্নরক্তে। ঙসি ভারত শিল্পুংনা খঙনরিবা মাত্রাগী জ্ঞান অসি মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তন্দদি চৎনরক্তবা, খঙনরক্তবা ওইদুনসু মতমগী ইহৌ ওইবগা মাত্রা হায়বা ৱাহৈগী মগুন্নগা চাওবগা মহৌশা চৎনরমদবা মাত্রা হায়বা ৱাহৈসি মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তনদসু মওং মরিল অমা ইতা তাদনা য়াম্না ফজনা পাম্না নৌনা শিজিন্নখৎলক্লী হায়বা তায়। মতমগী অনৌবা পুংগী ওঝা খরনা হৌদোরকপদগী তালবু মাত্রা অনিগী, অহুমগী মরিনচিংবগী হায়দুনা মশক তাকপা অমা কন্না চৎনখৎলক্লী। মসি মরু ওইনা ইংরাজি শক ১৯৫০ অদুৱাইদগী কন্না চৎনখৎলকখীবা ওইগনি। মরমসিনা মতাংসিদা, মরিদি হরু

লৈনদ্রবসু অমদি মনিপুরগী নট সংকির্ত্তনদা মহৌশা পরমপরাদগী শিজিন্নরক্তবা ওইরবসু মাত্রাগী মরমদা ৱাফম খরদং লৌখৎফম থোক্লককই।

**মাত্রা**

ঙসি ভারতবর্ষদা তালগা মরি থাংননা চিন হেক কাংবদা ইহান হানবদা মাত্রা হায়বা ৱাফমসি খঙদবা ইয়া য়াদবগুম খন্নরি, চৎনরি। মাত্রা করিনো হায়বা ফাওবা খঙদ্রিবা মীনা তালবু করম খঙগনি হায়বা ৱাফমসিনি ঙসি লমদমসিদা তালগা মরি থাংননা থবক তৌরিবা মীপুম খুদিংনা চেৎনা থাজনরিবা, হায়নরিবা। তালগী ৱাফম পুম্বা মাত্রানা মাং থাদুনা ঙাংনরি, নৈনরি। অদুবু মাত্রা হায়বসিবু করিনো হায়না চেকশিন্না হংজিল্লুরবকান্দদি মী অমগা অমগা মোৎ মান্নদবগুম তৌরি। আ মৈহৌরোন্দগী মাত্রা হায়বা সংস্কৃত শব্দ অসিগী ইচম চমজবা অর্থদা পাদম্বু, চাংবু খঙনদুনা লাক্রম্বদগী মাবু পরিভাষা পীদুনা তালগী ওইবা হিরম অমগী অকক্লবা অর্থদা সংজ্ঞা ওইহন্দুনা শিজিন্নবা হৌরকপদি সারঙ্গদেবগী সঙ্গীতরত্নাকরদগীনি। সঙ্গীতরত্নাকরনা তালগী মাত্রা হায়বা সংজ্ঞা অসিবু অহানবদা মখাগী অসুম্না পরিভাষা পিদুনা তাকই ঃ -

> **“পঞ্চলঘ্বাক্ষরোচ্চারমিতি মাত্রেহকথ্যতে**
> **অনয়া মাত্রায়াত্র স্যাৎ লঘুগুর্বাদিকল্পনা।।”**

সঙ্গীত রত্নাকরগী মঙাশুবা অধ্যায়গী তরাতরুকশুবা শ্লোক অসিনা হায়রি - “লঘু অক্ষর (ময়েক) মঙাখক হায়বগী মতম্বু মাত্রা কৌই; অমরোমদা লঘু গুরুনচিংববুসু মাত্রা হায়না খঙনৈ।” মাত্রাবু সংজ্ঞা ওইহল্লিবা সঙ্গীত রত্নাকরগী পরিভাষা অসিমক য়াম্না থায়ায়ননা থাবগুম তৌরি। লঘু গুরু অনিসি চাংনি, পাদমনি, মাত্রানি হায়বসিদি নাট্য শাস্ত্রগী ৱানি; মতাং অসিদা নাট্য শাস্ত্রনা শিজিন্নরিবা মাত্রাগী অর্থদি অচম্বা সংস্কৃত শব্দগী অর্থদুদনি। মসিদগী হেন্দোক্লুনা সঙ্গীতরত্নাকরনা লঘু ময়েক মঙা হায়বগী মতম্বু মাত্রানি হায়না পরিভাষা পীদুনা, মাত্রাবু সংজ্ঞা অমা ওইনা হায়রকপসিনি য়াম্না চাওনা চমন্নবা হৌরিবসি। লঘু অক্ষর মঙা হায়বগী মতম্বু মাত্রানি হায়রিবরা নত্রগা লঘু গুরুনচিংবশিং অসি মাত্রানি হায়বরা অনিসিগী মরক্তা য়াম্না থয়ায়ননা হায়বগুম তৌরি। অমবু

ওইরে অমবু ওইরে লঘু অক্ষর (ময়েক) মঙা হায়বগী মতম্থু মাত্রা কৌই হায়বনিনা মতাংসিদা তান্মিৎ, কল, বর্নকাল নৎত্রগা অক্ষরকাল হায়বসিদি মাত্রা নত্ত্রে হায়বা মশানা তাজরে। মরমদি কল, বর্নকাল, নৎত্রগা অক্ষরকাল নৎত্রগা তান্মিৎ হায়বা অসিদি লঘু অক্ষর অমখক্তং হায়বগী মতম অদুতনি।

সঙ্গীতরত্নাকরগী ৱাফমসিবু পন্দিত কল্লিনাথনা ভাষ্য পীরদুনা ক,চ,ট,ত,প নচিংবা ময়েক মঙাবু য়াম্না থুনা হায়বদা চংলিবা মতমদুবু মাত্রা কৌই, মদু লঘু অমনি, গুরুনা ময়েক তরা অমসুং প্লুতনা ময়েক তরামঙাবু য়াম্না থুনা হায়বগী মতমদুনি হায়না তাকই। ৱাফমসিনা তাকপদি সঙ্গীতরত্নাকরগী মাত্রা হায়বা অসি নাট্য শাস্ত্রগী কল (তান্মিৎ) মঙা হায়বগী মতমগা মান্নগনি হায়বনি। লোয়ননা লঘু-গুরু, প্লুতনচিংবশিং অসিগীসু অকক্লবা চাং লৈগনি হায়না থম্লকপনি।

ৱাফম অসিমক্কী সুধাকরনা পীবা ভাষ্যদনা মাত্রা অমনা লঘু, মাত্রা অনিনা গুরু, মাত্রা অহুম্না প্লুত, অদুগা মাত্রা তঙ্খায়না দ্রুতনি, অনুদ্রুতনচিংবা খরসু লৈরি হায়না তাকই; লোয়ননা মখা শমথরদুনা অসিগুম্বা দ্রুত, অনুদ্রুতনচিংবগী ৱাফমসি নাট্য শাস্ত্রগী ৱা নত্তে হায়নসু ময়েক শেংনা পল্লকই। সুধাকরগী ভাষ্য অসিনা নট্য শাস্ত্রগী মায়কৈদা য়াম্না নকশিল্লি হায়বা তায়; মরমদি লঘু গুরুবু অরেপ্পা চাং লৈজদবা পাদম ওইনা নাট্য শাস্ত্রনা তাকই। করিগুম্বা চাং (মাত্রা) অমবু লঘুনি হায়না লৌরগা মাগী শরুক অনিরকপু গুরুনি, অহুমলক্পা প্লুতনি হায়বতনি। নাট্য শাস্ত্রনা য়াম্না মনিং তমহল্লিবা লঘু মাত্রা অসিবু সঙ্গীতরত্নাকরনা লঘু অক্ষর মঙা হায়বগী মতমদা অকক্লনা থমজিল্লকপা, অদুগুম্বা মাত্রা অমবু দ্রুত অমসুং বিরাম (অনুদ্রুত) হায়দুনা তঙ্খায় তঙ্খায় কায়থবা য়াহল্লকপা, মদু য়াননবা হায়দুনা লঘু অক্ষর মঙানা মাত্রা শায় হায়না হৌগৎলকখিববু অমুক শেমদোক্তুনা লঘু অক্ষর মরিনা মাত্রা শায় হায়না থম্লকপা পুম্নমকসিনা সঙ্গীত রত্নাকর অসি নাট্য শাস্ত্রগী বিরোধ ওইরে হায়বসি সুধাকরনা দ্রুত অমদি বিরাম (অনুদ্রুত) নচিংবশিংসি নাট্য শাস্ত্রগী ৱাফম নত্তে হায়না মাংজৌননা মোত পিদুনা ফজনা ফোংদোকপিরম্লবনি।

নাট্য শাস্ত্রনা মাত্রা হায়বা ৱাহৈ অসিবু চুম্না সংস্কৃত সব্দ অমা ওইনা

শিজিন্নরম্বা নত্তনা মাবু সংজ্ঞা ওইহন্দুনা পরিভাষা পিদুনা নৈনরমদে। মাগী তালগী খ্বাইদগী পীকপা পাদম হায়ববু কল (তান্মিৎ) হায়বা অসিনি। অসিগুম্বা তান্মিৎ মঙানা মাত্রা শায় হায়বা ৱাফমসি নাট্য শাস্ত্রগী ৱা নন্তে মসিদি সারঙ্গ দেবগী ওইবা লন্নায় মোতনি। লোয়ননা মাত্রাবু দ্রুত, বিরাম (অনুদ্রুত) নচিংবা খায়দোক্নুনা নৈনবসিসু সঙ্গীত রত্নাকরগী দেশী তাল নৈনরকপা মতমদা পল্লকপা ৱাফম্নি। সারঙ্গদেবনা তালবু দেশী অমসুং মার্গী হায়দুনা কাংলুপ অনি থোক্লা খায়দোক্নুনা নৈনৈ। লোয়ননা দেশী মাত্রা অমসুং মার্গী মাত্রা হায়না মখল অনি থোক্লা নৈনৈ। দেশী তালগী মাত্রাগী মশকপু সঙ্গীতরত্নাকরগী মঙাশুবা অধ্যায়গী চনি কুন্থ্রাতরেৎ অমসুং চনি কুন্থ্রানিপালশুবা শ্লোকশিংনা মখাগী অসুন্না মশক তাক্লকই -

**"দেশী তালস্তু লম্বাদিমিতয়া ক্রিয়ায়া মতঃ**
**য়থা শোভং কাংস্যতাল ঘ্ননাদিকয়া মতঃ**
**অর্থমাত্রাং দ্রুতো মাত্রাত্রিতয়ং প্লুত উচৎতে।**
**দ্রুতাদিবচনা ভেদান্তাল ভেদোহ প্যিনেফধা।।"**

মথক্কী শ্লোক্কী শন্নপ্পা অর্থনা —"দেশি তালগীদমক্তদি লঘুনচিংবগী চাং ওনবদা নুংঙায়নবা য়েংদুনা কাংসিখিংবগী মতৌগুম ওনগনি। মাত্রা তঙ্খায়না দ্রুত, মাত্রা অহুম্না প্লুত কৌই অসিগুম্বা দ্রুতনচিংবশিং অসিনা মরম ওইদুনা তালগী মশক মওং কয়া ওইহল্লি"।। মথক্কী সঙ্গীতরত্নাকরগী শ্লোক অনিসিবু শন্দোক্লা তাকপদা কাল্লিনাথনা দেহলী প্রদিপ অমসুং কাকাক্ষীন্যায়গী ৱাফম পুশিল্লগা মার্গীদা অক্ষর মঙা হায়বগী মতমবু মাত্রানি হায়রবসু দেশীগীদমক্তদি অক্ষর মরিনা মাত্রা শাগনি হায়বনি হায়না মখাগী অসুন্না তাক্লকই ঃ-

**"তত্র মার্গে পঞ্চলঘ্বাক্ষরোচ্চারমিতা মাত্রামিয়তত্ত্বেন কথিতা।**
**ক্বাচিত্তু ততোহপি ন্যুনয়া চতুলঘ্বাক্ষরোচ্চারমিতয়া কাল সম্যম।"**

অসুল্লা দেশি তালদা মাত্রা অমবু লঘু অক্ষর মরি হায়বগী মতমগী চাংদা লৌরগা মাগী তঙ্খায়না দ্রুত অমদি দ্রুতগী তঙ্খায়না বিরাম হায়না কৌরকই। অদুনদি, বিরাম হায়বসি কল (তান্মিৎ) অমগা মান্নবা তারকই, অসুম্না তান্মিৎ

(কল) মরিনা দেশি মাত্রা অদুগা তান্মিৎ (কল) মঙানা মার্গীগী মাত্রা হায়না খণ্ডনবা তারকই।

নাট্য শাস্ত্রনা মাত্রাগী মরমদা সংজ্ঞা ওইনা পরিভাষানচিংবা পীদুনা নৈনরমদে। মার্গীদিকল (তান্মিৎ) হায়বসি মাত্রানি, লঘু গুরুসু মাত্রানি; কলাসু মাত্রানি নিমেষাসু মাত্রানি। হায়রিবা মাত্রাশিং হায়বদি পামদশিং অসিনা তাল হায়বদু শাগদৌরিবনি। মরম অদুনা তালগী খাইদগী পিকপা পাদম (মাত্রা) হায়ববু কল অসিনি হায়না হায়রকপনি। অসুক ময়েক শেংনা লৈরম্লিবা ৱাফমসিদগী থৈদোক্তুনা মতৌ করম্না লঘু অক্ষর মঙা হায়বগী মতম্বু মাত্রা কৌই হায়না সঙ্গীতরত্নাকরনা হায়রক্লীবনো? অদুবু অমুক দেশি তালগীদমক্তদি লঘু অক্ষর মরি হায়বগী মতম্বু মাত্রা ওইহনখ্রিবনো হায়বসিদা হন্না কুপথনা নৈনবা অমা চংলি। নাট্য শাস্ত্রনা নিমেষাবু তাকপা হৌরকপদা মার্গী তালধ্যায়গী অহুমশুবা শ্লোক্লা মথাগী অসুম্না হায় ঃ -

**"নিমেষা পঞ্চ মাত্রা স্যান্মাত্রয়োগাৎ কলাস্মৃতা।**

**নিমেষা পঞ্চবিজ্ঞেয়া গীতকালে কলান্তরম।।"**

কলা অমসুং নিমেষাবু মশক তাক্লনবা হোৎনরিবা অহৌবা শ্লোক অসিগী অহানবা পঙ্কতীগী অর্থবু "নিমেষা মঙানা মাত্রা শাগনি" - হায়না লৌরুবদগী লঘ্বাক্ষর মঙানা মাত্রা শাবগী ৱাফম য়ৌরকখিবরা হায়না চিংনিনিংঙাই ওই। সঙ্গীতরত্নাকরগী ভাষ্যকারশিংনসু মথক্কী নাট্য শাস্ত্রগী শ্লোক অসি পল্লগা মাত্রাগী মরমদা ব্যাখা পি। নিমেষা হায়বা ৱাহৈসি অচম্বা সংস্কৃত সব্দ অমগী ওইনদি, মিৎকুপ হায়না অর্থ হনগনি। মতমগী অপিকপা পাদম (মাত্রা) অমা ওইনসু খঙনৈ। অদুগুম্বা অপিকপা মিৎকুপ মঙাগী মতম্বু লঘু অক্ষর মঙাগা চাংদম্নদুনা মঙাদুঁ হায়বদা চংবা মতম্না মাত্রা শায় হায়না হায়রকখিবরা হায়না চিংনিনিংঙাই ওই। অদুবু নাট্য শাস্ত্রনা পল্লিবা নিমেষা অসিদি সংজ্ঞা ওইরবা ৱাহৈনি, অচম্বা সংস্কৃত শব্দ অমগী অর্থদা পল্লম্বা নৎতরি। অদুগুম্বা নিমেষাগী পাদম মঙা লৈ হায়না তাক্লকপা মতাংনি।

সঙ্গীতরত্নাকরগী মাত্রাগী ৱাফমসি মার্গী মতুং তারকপা সঙ্গীত শাস্ত্র

অয়াম্বনা লৌখৎতুনা শিজিন্নরম্বনা মরম ওইদুনা ঙসি ভারতবর্ষগী তালগী বীচারদা মাত্রা হায়বা ৱাহৈসি মীয়ামনা পাম্লনা চৎনরকখিবনি। সঙ্গীতরত্নাকরগী মতুং তারকপা সঙ্গীত শাস্ত্রশিংনা মাগী ৱাবু লৌরুবসিসু মতমদুদা নাট্য শাস্ত্রনা থিবা খণ্ডদনা লোৎতুনা লৈখিরম্বননি হায়না থমজনিংই নৎত্রবদি পণ্ডিত অয়াম্বনা সারঙ্গদেবগী ৱাফমশিংসি য়ারমদবসু ওইথোক্রম্মী। লোয়ননা ঙসি ফাওবদা ভারতবর্ষগী তালগী বিচারদা শিজিন্নরিবা অমসুং মীয়াম্না পাক্তক্লনা খণ্ডনরিবসিসু দেশী তালগী মাত্রা অসিখক্তং ওইনা তৌরি। মার্গীগী মাত্রাগী ৱাফমদি মীয়াম্না ইখণ্ড খণ্ডনদবগুম অমদি চৎনদবগুম তৌরি।

হিরমসিদা অরোয়বা ওইনা থমজনিংবদি নাট্য শাস্ত্রগী মীংদা সারঙ্গদেবনা থাংজল্লকইবা অনৌবা ৱাফমশিং নাট্য-শাস্ত্রনদি পল্লমদ্রবা, খুদম ওইনা মার্গী, দেশী, মাত্রা, বিরাম, অসিনচিংবা কয়াসি ভারতবর্ষগী তাল বিচার তৌরিবশিংনা তহা তহা হেক লৌশিলমফম থোক্তবনি, মখোয়শিং অসিনা বৈদিক যুক্তগী মথং মথং চৎথরক্লিবা তালগী পরমপরাদা অচৌবা চৈথেং কয়া পীরকখিদরা নত্তে হায়বা ৱাফমশিংসিনি। অদুবু সঙ্গীতরত্নাকরগী ইহৌনা কনখিবনা দেশী, মার্গী, মাত্রা, দ্রুত, বিরাম্নাচিংবা ৱাহৈশিংসিগী মগুন্না থুমহৎখিদুনা ভারত শিনবা থুংনা ৱাহৈশিংসিবু হায়নরি; খণ্ডনরি অমদি চৎনরি। ৱাহৈশিং অসিনা নাট্য শাস্ত্রগী অশেংবা মশক্তা য়াম্না চাওনা শিংনবা অমা ওইরবা ফাওবদা ইহৌ অমা ওইনা পাম্না য়ানদুনা চৎনরক্লী। মরু ওইনা মাত্রা হায়বা ৱাহৈসিমক কনানা সঙ্গীতরত্নাকরগী অর্থদা কনানা মাগী মাগী ওইবা অর্থদা শিজিন্নরক্লি অসুম্না মথং মথং মাত্রা হায়বা পাদমসি ঙসিদি য়াম্না মনিং মখা তম্বা ওইনিংবদা ওইবা য়াবা চাং অমা ওইনা লৌনবগুমসু তৌরক্লি।

মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তন পরমপরাদা মাত্রা হায়বা ৱাহৈসি মহৌশাদগী চৎনরক্রবা নত্তে; অদুবু অনৌবা যুগকী সঙ্গীতকী য়াওলনা মণিপুরদা থুংলকখিবগা ইরোইননা মাত্রা হায়বা অনৌবা ৱাহৈশি য়াম্না কন্না পাম্না, মথোং মরমদি ইখং খণ্ডদনা শিজিন্নবা অমা চৎনখৎলক্লি। মসিনা মরম ওইদুনা নট সংকীর্ত্তনগী তাল বীচারদা অচৌবা চয়েৎনবা অমসুং চমম্লবা কয়া থোকহল্লক্তুনা মহৌশাদগী চৎথরকপা তালগী মশক্তা, অকায়বা কয়া পিরক্তবা নৎতে।

মাত্রা হায়বা দেশী নৎত্রগা মার্গী সঙ্গীৎকী পাদম অসিগা মণিপুরগী মহৌশাদগী চৎনরকপা তালগী মিহুল হায়বা অসিগা অনিগী মরক্তা মান্নবা মচৎ খরা লৈরবসু হিরম কয়াদা চাওনা খেন্নবা পাদম অমমমনি। তালগী মিহুলদি চাওনিংবা মখৈ চাওহনবা, পিক্কিংবা মখৈসু পিকহনবা য়াবা য়াম্না মনিং মখা তম্বা পাদম অমনি। হায়বদি তাল তালগী মিহুল মশক খেন্নরকই মরম অদুনা মিহুল খেন্নবগী মতিক তালসু খেন্নরকই। মাত্রা হায়বসিদদি তালগী মশক চপ চানা তাকপা ঙম্বাগী মগুন্দু মহৌশানা য়াওজদে। মাদি তাল খুদিংদা শিজিন্নবা য়াবা লেংদবা অরেপ্পা পাদম অমখক ওইজবতনি।

অমরোমদা মিহুল অসিবু কনাগুম্বশিংনো মীওইবদা হুল্লিবা মিহুলগী অর্থদা লান্না লৌদুনা অঙাংগী মিহুল, মীয়ায়গী মিহুল, অহলগী মিহুলনচিংবা হায়না শেরান্ননা ভাবনা শাদুনা মওং মওংদা হায়নবসু য়াওই। তশেংবদি মীওইবদা হুল্লিবা মিহুলগা তালগী মিহুলগা করিগুম্বা মওংদা মরি লৈনবা লৈতে। তালগী মিহুল হায়রগা তাল তালদুনা হুল্লিবা মিহুল অদুবু খঙনরকই। তাল খেন্নবগী মতিক তালগী মিহুলসু খেন্নরকই। অদুগুম্বা তালগী মিহুল মখল মখা কয়ানি। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা অমগা অমগা খেন্নববু তাম্মিৎ হায়বা পাদম অসিনা ওল্লি।

## তাম্মিৎ (কল)

মীওইবনা চিন্না নৎত্রগা খুৎনা খত্তুনা খ্বাইদগী থুনা হায়বা ঙম্বা খোম্থোক অমগী মতম্দু তাম্মিৎ (কল) হায়না খঙনৈ। লৈয়েংনা হাইগৎ হাইথ ঙম্মিবমখৈ থুনা খত্তুনা হায়বা ঙম্বা পুংলোন ময়েক অমমমগী মতম নৎত্রগা খুৎশাশিংনা নৎত্রগা খুৎ য়েৎ ওই অনিনা হাইগৎ হাইথ ঙম্মিবমখৈ পুং মায়দা থুনা খত্তুনা হায়বা ঙম্বা পুংখোল অমমমগী মতম্বুনি তাম্মিৎ (কল) হায়রিবা অসি। অসিগুম্বা তাম্মিৎ অমগী মতম্বু খংননবগী খ্বাইদগী লায়বা উপায়দি শরিক অমবু ঙম্মীবমখৈ থুনা খিংবদা থোক্লিবা মখোল অমমমগী মতম অদুনি হায়না লৌবা অসিনি।

শরিক অমা খিংবা মতমদা শরিক্কী ময়ায়দা য়াম্ব্রিবা য়োৎতুম্না হায়দোক হায়জিন অনিমক্তা মতম পুম্নমক্তা মখোল থোকহল্লি। অদুনা ঙম্মীবমখৈ থুনা খিংলিবা শরিক অমগী য়োৎতুম্না হায়দোকপদা নৎত্রগা হায়জিনবদা থোকহল্লিবা

মখোল অমমমগী মতম্বু তালগী তান্মিৎ অমমম হায়না লৌদুনা তালগী মতম্বু ওল্লি। শরিক খিংবা অসিমক ভাঙ্গা তাম্বা মখল অমনি। মঙোন্দা তালগী অহানবা মশক অদু তুংদুনা লৈ। অদুনা দেবতাশিংগী অজা পুজানচিংবদা শরিক খিংনরিবনি।

তান্মিৎকী চপ চাবা মতম অসি কোরতাল নিকপা নৎত্রগা নৈবদগীসু খঙবা য়ায়। খুত্তা করতালবু ঙম্মীবমখৈ থুনা নিকপা নৎত্রগা নৈবা মতমদা থোক্লিবা খোম্বোক অমগী মতম্বুনি তালগী তান্মিৎ হায়রিবসি। অদুনা করতাল নিকপা নৎত্রগা নৈবা অসিবুসু ভাঙ্গা তাম্বানি হায়না মহৌশাদগী খঙনরকই।

তান্মিৎপু চপ চানা খঙবা ঙম্লবতদা তালগী মিহুলশিংগী খেন্নবা খঙবা ঙম্লকই। অদুনা তান্মিৎ (কল) হায়বসিবু খুৎলোয়না খঙবা ঙম্লনবগীদমক মখাগী পুংলোনশিং অসি ঙম্লিবমখৈ থুনা ময়েকশেংনা চিন্না হায়দুনা নৎত্রগা পুংমায়দা য়েদুনা শান্নবা কান্নগনি।

তত্ত খীত্ত খীত্ত তখিৎ গীন্ত গীন্ত তেন্তা তেন্তা ....

অসিনচিংবা। মিহুল খুদিং খুৎনা তান থাদুনা হায়গনি। হাইগৎ হাইথগী খুদম মপা মপাদা লৈরিবা পুংলোনশিং খুৎনা হায়রিবা তাম্বাগী হাইগৎ-হাইথগা চান্ন-হন্না হায়গনি। পুংলোন খুদিং ঙম্মীবমখৈ য়াঙনা থুনা হায়গনি। অসিগুম্বা পুংলোন কয়া নুংঙায়গদবা মওংদা লনায় শেমজরগা হায়দুনা শান্নবসু য়ায়।

তান্মিৎ হায়বসি মতম পুম্নমক্তা ঙম্মীবমখৈ থুনা মীওইবশিংনা চিনদা ময়েক শেংনা হায়বা ঙম্বা খুৎনা ময়েক শেংনা খৎপা ঙম্বা মখোল অমগী মতম ওইগদবনি। মীওইবনা চিন্না হায়বা ঙম্বা অমসুং খুৎনা খৎপা ঙম্বগী রাংমদা মেছিন্নচিংবনা থোকহনবা ঙম্বা মখোল কয়া লৈবা য়ায়, মখোয়গী মতম্বু তান্মিৎনি হায়না লৌরোয়দবনি। মীওইবশিংগী মরক্তসু মী অমগা মী অমগগী মরক্তা খজিক খরাক খেন্নবা য়াওরকপা মতাং লাকপসু য়ায়। মদু থোয়দোক হেন্দোকপা হায়বদুনি। মীওইবা অমা ওইনা মীওইবশিংগী চাংচত্তা ঙম্নবা শরুক অদুমখৈদি মতম পুম্বদা মান্নগনি। খজিক খরাক খেন্নরকপদি মেছিন ফাওবা মখৈন্নে।

অষ্টমসুবা মতাং

# ঘাত

## (সেতু ঘাত, বেদি ঘাত, লম্বী ঘাত অমসুং ধ্রুব মঙা)

**ঘাত (লয়)** ২ ৩ ৪ ......

হাইগৎ হাইথগী মতম খেন্নবগী মতিক তালগী মিহুলশিংনা অমগা অমগগী মরক্তা অথু অতপকী চাং খেন্নরকই। অসুম্না তালগী মিহুলশিংনা অমগা অমগা অথু অতপ খেন্নরকপসিবু ঘাত (লয়) খেন্নবা হায়না খঙনরকই। ঘাত হায়বা ৱাহৈসি মনিপুরদা সংকীর্তন হেক হৌরকঙৈদগী চৎনরক্রে। ঙসিদি ৱাহৈসিগী চপ চাবা মাগী মশাগী অর্থদগী ফনা নিংথিনা থৈদোক্তুনা তোঙানবা মওংদা ফাওবা খঙনরকপসু য়াওনরে। ঘাত হায়বা ৱাহৈসিমকসু সংস্কৃত ৱাহৈনি। তালবু ভারত নাট্য শাস্ত্রনা য়ৈবা, থাবা থিনবগী অর্থদা ঘন হায়বা ৱাহৈসি শিজিন্নদুনা অহানবা শ্লোক হৌবমক্তদা ফোংদোকই। মসিনা তাল থাববু নৎত্রগা তালগী মিহুলবু খঙহল্লি। অসিগুম্বা ঘন হায়বা সংস্কৃত ধাতু অসিদা ধঞ প্রত্যয় তৌরগা ঘাত হায়বা শব্দসি থোক্লকপনি। ৱাহৈসি সঙ্গীত শাস্ত্র অয়াম্বনা তোয়না শিজিন্নবা ৱাহৈনি। খুদমওইনা সঙ্গীতরত্নাকরনা হায় "ঘাত কেবলয় পাত" ঘাত হায়ববু পাতনি অসিচিংবা কয়ানি। তশেংবমক ঘাত হায়বসিনা চপ চানা খঙনহল্লিবসি তালগী মিহুলগী হাইগৎ হাইথগী অকুই কুইদা নত্রগা অথু অতপকী চাং অদুবুনি।

মনিপুরগী নট সংকীর্তন পরমপরানা মশক চপ চানা লেপ্লবা, মমিং মথা থোল্লবা তাল অমগী মিহুলগী মতম্ভু তালদুগী ঘাত হায়নসু খঙনরকই। খুদম ওইনা চালি ঘাত, গুরু ঘাত, তিনটাল ঘাত অসিনচিংবা কয়ানি। তাল অমবু মশক লেপ্পা হায়বসিদা তালদুবু শেল্লিবা মিহুলদুবু মশক লেপ্পা হায়বসিনা অহানবা

খোঙফম্নী। অদুগা তালগী মিহুলগী মশক লেপ্পা হায়বসিদনা মিহুলদুগী অথু অতপকী চাং অদুবু মশক চপ চানা লেপ্পবুনি। মসিবু তাল শাস্ত্রনা লয় হায়নসু মশক তাকই। অদুনা তাল অমগী মিহুলগী অথু অতপকীচাং ঘাত (লয়) অসিবু মশক মমিং তাক্লবগী খ্বাইদগী লায়বা উপাইদি মাবু শিজিন্নরিবা ঈশৈ,জগোয় অমদি থোক্লিবা তাল মমিং মথানচিংবা অদু পন্দুনা মদুগী ঘাত হায়না তাকপসিনি। মরমসিদগী চালি ঘাত, ভঙ্গী অচৌবগী ঘাত, ভুষনাগী ঘাত অসিনচিংবা মখোয়বু শিজিন্নরিবা জগোয় ঈশৈদুগী মমিংনা মাং থারগা ঘাত-হায়বা ৱাহৈশিংসিনা তুং ইন্নহন্দুনা তাকপা চৎনরকই।

তান্মিৎ অনিগী ঘাত অসিনা মীওইবনা থাবা ঙম্বা খ্বাইদগী থুবা ঘাতনি। মঙোন্দগী হেন্না কুপথবা ঘাত অমা অমুক মীওইবনা থাবা ঙম্লুদ্রে। মসিনা তালগী মিহুলশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী থুবা খ্বাইদগী কুপ্পা হায়বদু ওই। মসিদগী হৌদুনা তান্মিৎ অহুমগী মরিগী মঙাগী অসুম্না মথং মথং তান্মিৎ কয়া কয়াগী ঘাত মখল মখা কয়া লৈশ্রী। অদুগুম্বা ঘাত মখল মখা কয়াদুগী অকক্লবা ঘাত অমনা তালগী মিহুল ওইহল্লগা অপাম্বা তাল অমবু শেম্নরকই।

তালবু শিজিন্নরিবশিংনা মানা মানা থারিবা তালগী মিহুল অসি করম্বা ঘাতকী মিহুলনো হায়বসি ঈশৈশকপশিংনা সুর সাধনা তৌদুনা পুক্নিংদা সুরশিংগী অৱাং অনেমগী পামদশিংবু চেৎনা লেংহন্দনা থম্বা ঙম্বগুম য়াম্না তোয়না হঞ্জিন হঞ্জিন অভ্যাস তৌদুনা পুক্নিংদা ঘাতশিংগী চপ চাবা পাদমশিংবু লেংহন্দনা থম্বা ঙমগদবনি। সুর সাধনা নিংথিনা তৌরবা পুং-ঈশৈ তৌবশিংনা করিগুম্বা মখোল অমবু হেক তাবদা মখোলদুগী অৱাং অনেমগী পাদম চপ চাবা অসিনি হায়না লায়না খন্দোকপা ঙম্মী। মতৌ অদুগুম্না তালবু শিজিন্নরিবশিংনসু তালদুগী মিহুলদু করম্বা ঘাতগী মিহুলনো হায়বসি লায়না খন্দোকপা ঙম্নবা অকন্নবা অভ্যাস অমা মাংজৌননা তৌহৌবা চংই।

লাইরিক্তা পুংলোনবু ইদুনা তাল অমবু ফোংদোক্লবা হোৎনবগী মতাংদসু ফোংদোক্নিংলিবা তালগী মিহুলশিং অদু করম্বা ঘাতকী মিহুলনো হায়বসি মাংজৌননা অপাবাশিংনা লায়না খণ্ডননবা তাকহৌবা অমা চংগনি। তালগী

মিহুলবু অইবা খুদম ওইনা করম্না ফোংদোকনি হায়বগী মতাংদা মমাংদা পনখ্রে। অদুগুম্না ঘাতকী খুদম্মুসু তালগী মিহুলগী খুদমগী মনুংদা ঘাতঅদুদা চল্লিবা তাম্মিৎ মশিংবু অঙ্ক ময়েক ওইনা ইদুনা মথক্তা উৎলিবা অসিগুম্না খঙহনবা য়ায়। অসিগুম্বা ঘাতকী খুদম অমনা মাংজৌননা মিহুল অদুগী চপ চাবা মশক তাক্লবা মতুংদা পুংলোন হাপ্পা অতৈ মিহুলশিং শিজিন্নদুনা তাল অদুবু ফোংদোক্লবদি অপাবাশিংনা লায়না তাল অদুবু চপ চানা খঙবা ঙমগনি।

তাল অমগী মনুংদা হুল্লিবা তালগী মিহুলশিংনা অমগা অমগা ঘাত খেন্নহল্লকপবুনি তাল কায়বা হায়না খঙনহল্লিবসি। অদুগা করিগুম্বা থারিবা ঘাত অদুনা অনিরক অনিরক থোন্দোকহল্লক্লুনা ঘাত চাওথোকহল্লকপবুদি তাল কায়বনি হায়না খঙনরক্কে। খুদম ওইনা তাম্মিৎ অনিগী ঘাত্তা থারম্বা তালগী মিহুলশিংনা তাম্মিৎ মরিগী ঘাত্তা ওথোক্লুনা থারকপা, মঙোন্দগী অমুক তাম্মিৎ নিপালগী ঘাত্তা ওথোক্লুনা অমুক থারকপা অসুম্না অনি অনিরক থোন্দোক্লুনা ঘাত চাওথোরকপা নৎত্রগা তঙ্খায় তঙ্খায় চপথোক্লুনা ঘাত পিকশিল্লকপবুদি তাল কায়বনি হায়না খঙনরক্কে। অদুগা করিগুম্বদা তাম্মিৎ অনিগী ঘাত্তা থারম্বদগী তাম্মিৎ অহুম্নচিংবা মান্নদবা ঘাতকী মিহুল য়ানশিল্লক্লবদা তাল কায়বা হায়না খঙনরকই। তাম্বা হায়দোকপনচিংবগী মফম খেন্নবদগী তাল কায়রকপসু য়ায় মদুনা অতোপ্পা রাফম অমনি।

খেন্ন খেন্নবা ঘাতশিংবু পুক্লিংনা লেংদনা ফাবা ঙম্নবা হঞ্জিন হঞ্জিন অভ্যাস কয়া তৌবা চংই। অভ্যাসকী মতেংনা ঘাতশিংবু চপ চানা মশক খঙবা ঙমগনি। অভ্যাস তৌবা রাৎপশিংনদি ঘাতকী খেন্নবা মশকশিংবু চপ চানা খঙবা ঙম্বা হৌনদে। অদুনা ঘাতকী খেন্নবা খঙবা ঙমদবশিংনা তাল থারবদি মশানা তাল কায়রকপা তাবনি। ঘাতশিংবু মশক মুন্না খঙবা হায়বসিমক অরায়বা নত্তে খেন্ন-খেন্নবা ঘাতশিংবু নুমিৎ খুদিং হন্না হন্না থাদুনা শিজিন্নরবতদা ঘাতশিংবু মশক মুন্না খঙবা ঙম্লকই।

অহানবা ঘাতসি তাম্মিৎ অনিগী মিহুলনি। অসিগুম্বা তালগী মিহুলবু, পুংলোন ময়েক অনিবু ঙম্মিমঙৈ থুনা চিন্না হায়বা নৎত্রগা খুৎনা খৎপা ঙম্বা

মতমদা থাবা তাম্বাশিংনি খংগনি। অদুনা ময়েক অনিগী পুংলোন খরা চিন্না ঙম্মিমখৈ ময়েক শেংনা থুনা হায়রগা নৎত্রগা পুংনা য়ৈরগা তান থাদুনা শান্নগনি। পুংলোন হায়দ্রবসু অহানবা ঘাতকী তাম্বাগী চাং অদু পুক্লিংদা ফাজিলহৌনবা হন্না হন্না হায়দুনা হোৎনগনি। মখাদা খুদম খরা থম্লি ঃ-

ঘাত

২ ১/ তত খিৎত তত খিৎত ঘিন তা তাং ...
২/ ঘিন তা তা ঘিন ঘিন তা তা ঘিন তা তাং ...
৩/ ধেন গীন তা খিৎ তা ত খিৎ তত খিৎ ত ...
৪/ তেনতা তেনতা তেনতা তাং ... ... ... ...

অনিসুবা ঘাত অসিনা তান্মিৎ অহুমগী মিহুলনি। অসিগুম্বা তালগী মিহুলশিংবু পুংলোন ময়েক অহুম্বু ঙম্মিমখৈ থুনা চিন্না হায়বা নৎত্রগা খুৎনা খৎপা মতমদা থাবা তাম্বাশিংনি খংগনি। অদুনা ময়েক অহুমগী পুংলোন খরা চিন্না ঙম্লিবমখৈ ময়েক শেংনা থুনা হায়রগা নৎত্রগা পুংদা য়ৈরগা তাল থাদুনা শান্নগনি। অসুন্না পুংলোন হায়বা হায়দবা অনিশুবা ঘাতকী তাম্বাগী চাংবু পুক্লিংদা ফাজিলহৌনবা হন্না হন্না থাদুনা হোৎনগনি। খুদম ঃ -

ঘাত

৩ ১/ খিৎ তত খিৎ তত তখিৎ ত তখিৎ ত ...
২/ ধেন-গীন তখিৎ ত তখিৎ ত তখিৎ ত ...
৩/ ধেন - খিৎ ত ত খিৎ ত ত তাং খিৎতা তাং
৪/ ঘীন ত ত খিৎ ত ত তাং ত ত খিৎ ত ...

অহুমশুবা ঘাত অসিনা তান্মিৎ মরিগীনি। মথক্কী অসুন্না পুংলোন ময়েক মরিবু চিন্না ঙম্মিমখৈ থুনা শেংনা হায়বা নত্রগা খুৎনা খৎপা মতমদা থারিবা তাম্বাগী মিহুলশিংবু অহুমশুবা ঘাতনি খঙগনি। ঘাত অসি হন্না হন্না থাদুনা

পুক্লিংদা মমি শেংনা তাহন্নবা কন্না হোৎনগনি খুদম পুংলোন ঃ -

ঘাত

৪ ১/ গীন্ন গীন্ন ঘীন ত তেন তা তাং ...

২/ তত খিৎত ত ত খিৎত ঘিন তা তাং ...

৩/ খিৎ ত ত খিৎ ত ত খিৎত ধেন তা ...

মরিশুবা ঘাতনা তান্মিৎ মঙাগীনি পুংলোন ময়েক মঙাবু চিন্না ঙম্মিবা মখৈ থুনা য়াংনা ময়েক শেংনা হায়বা নৎত্রগা খুৎনা পুংদা য়ৈবা মতমদা থারিবা তাম্থাগী মিহুলশিংবু মরিশুবা ঘাত অসিনি হায়না খঙগনি। ঘাত অসিবু হন্না হন্না তোয়না থাদুনা পুক্লিংদা ঘাত অসিগী চপ চাবা মমি অমা তাহন্নবা হোৎনগনি। মখাদা খুদম ওইনা পুংলোন খরা থল্লি ঃ -

ঘাত

৫ ১/ খিৎতত খিৎত তাং খিৎতা খিৎতা তাং ...

২/ গীন্তৎত গীন্ত ঘীন তা তেন তা তাং ...

৩/ তেন্ন তেন্নত ধেন তা ঘিন ত থেন ...

মঙাশুবা ঘাতনা তান্মিৎ তরুক্কীনি মসি পুংলোন ময়েক তরুকপু ময়েক শেংনা ঙম্মিমখৈ থুনা হায়বা মতমদা থারিবা তাম্থাগী মিহুলশিংবুনি হায়বা খঙগনি। মখাদা পুংলোন খরা খুদম ওইনা থল্লি ঃ -

ঘাত

৬ ১/ খিত্তত খিত্তত তাংতত খিত্ত ...

২/ ধেন ঘিন তখিত্ত তখিত্ত তখিত্ত ...

তরুকশুবা ঘাতনা তান্মিৎ তরেৎকীনি। মসি পুংলোন তরেৎপু থুনা ময়েক শেংনা হায়বা মতমদা থারিবা তাম্থাগী মিহুলশিংদুনি হায়বা খঙগনি। খুদম ওইনা মখাদা পুংলোন খরা থল্লি ঃ -

**ঘাত**

৭ ১/ ততত্তেনতা তততেন তেন্তা তেন্তা তাং ...

২/ খিত্তেতেন্তত খিৎত গীন্তাতেন্তা তঘিন্তা ধিন তা তাং ...

অসুম্না মথং মথং তরেৎশুবা নিপালশুবা অমসুং মাপলশুবনচিংবা ঘাতশিং কয়া কয়া লৈখ্রিবসি হন্না হন্না থাদুনা পুক্লিংদা মখোয়গী চপ চাবা পাদমশিংগী মমি তাহল্লবতদা ঘাতশিংদুবু মুন্না মশক খঙলকই। য়ামদ্রবদা তালবু মশক মুন্না খঙনবা হোৎনবদা অহানবগী ঘাত তরেৎ নিপাল অসিদংদি য়াম্না মুন্না মশক খঙবা অমদি মখোয়গী পাদমবু পুক্লিংদা লেংদনা মমি তাহন্দুনা থম্বা ঙম্নবা হন্না হন্না হোৎনবা চঙই। ঘাতশিংবু মশক খঙননবা হোৎনবদা লায়থোকহন্নবা অহানবা উপায় হায়ববু অকক্লবা ঘাত অমগী অনিরক অনিরক থোন্দোরকপা ঘাতশিংবু হন্না হন্না থাদুনা শান্নবা অসিনা ওই। অসুম্না শান্নবা অসিবু অকক্লবা ঘাত অমগী সেতু ঘাত, বেরি ঘাত অমসুং লম্বী ঘাত থাবা হায়না খঙনৈ।

**সেতু ঘাত**

করিগুম্বা অকক্লবা ঘাত অমবু অনিরক হন্না লৌদুনা থোন্দোকহল্লবা চাং অমদা থাবা ঘাতপু অকক্লবা ঘাত অদুগী সেতু ঘাত হায়না খঙনৈ। খুদম ওইনা তাম্মিৎ মরিগী ঘাত অসি তাম্মিৎ অনিগী ঘাতকী সেতু ঘাত ওই নৎত্রগা তাম্মিৎ নিপালগী ঘাত অসিবু তাম্মিৎ মরিগী ঘাতকী সেতু ঘাতনি হায়না খঙগনি। অসুম্না তাম্মিৎ তরুক্কী ঘাত অসিনা তাম্মিৎ অহুমগী ঘাতকী সেতু ঘাত ওই। অমুকসু তাম্মিৎ ১০ গী ঘাত অসি তাম্মিৎ মঙাগী ঘাতকী সেতু ঘাতনি হায়না খঙনগনি।

তালগী ঘাত (লয়) অহুম্বু ওসি ভারত শিনবা থুংনা বিলম্বীত, মধ্য অমসুং দ্রুত হায়দুনা খঙনরি। অহুমসিবু মণিপুরগী নট সংকৃীর্ত্তন পরমপরানসু লম্বী ঘাত, বেদি ঘাত অমসুং সেতু ঘাত হায়দুনা মহৌশাদগী খঙনরক্লি। অসুম্না মী অয়াম্বনা তালগী লয় অসি অহুমসিখক্তমক লৈবদৌনা লান্না খন্নে। তশেংনমক্তি

তালগী লয়দি মখল মখানি। লম্বী ঘাত (বিলম্বীত) বেদি ঘাত (মধ্য) অমসুং সেতু ঘাত (দ্রুত) হায়রিবশিং অসি অকক্লবা ঘাত (লয়) অমদগী দ্বিগুন চৌগুন লৌদুনা মথং মথং থোনদোকহল্লকপা পাদমশিংনি। ঘাত অমদগী অনিরক থোন্দোক্লববু ঘাত অদুগী সেতু (দ্রুত) মরিরক থোন্দোক্লবদুনা ঘাত অদুগী বেদি (মধ্য) অদুগা নিপালক থোন্দোকহল্লকপবুনা ঘাত অদুগী লম্বী ( বিলম্বীত) হায়না কৌনরুবতনি।

ভারত নাট্য শাস্ত্রনা শিজিন্নরিবা দ্রুতলয় হায়বা ৱাহৈগী মহুত্তা মণিপুরগী নট সংকৃীর্ত্তন পরমপরাদা শিজিন্নরিবা সেতু ঘাত হায়বা ৱাহৈ অসিসু সংস্কৃত ৱাহৈনি। দ্রুত অমসুং সেতু হায়বা ৱাহৈ অনিগী অর্থদা হক্লা মান্নবা লৈ। দ্রুত হায়বা সংস্কৃত সব্দসিগী অর্থসু অথুবা, অয়াংবা শৌদোকপা, পেৎথোকপা মহিদা ভুম্বানচিংববু খঙহল্লি। সেতু হায়বা ৱাহৈ অসিমক্কী অর্থনসু অপিকপা অসুপ্পা পুন্সিন্নবা, অমদি ওমনচিংবা প্রনব মন্ত্রবু খঙহল্লি। ওম হায়বা প্রনব মন্ত্রবু "মন্ত্রানাম সেতু" হায়দুনা মশক তাকই। মঙোন্দা পুমসুপ সুপচিন্নবগী অর্থনি। অসুন্না চাওথোক্লবা, লাওথোক্লবা তাম্বানা পিকশিল্লকুনা মঙোন্দা পুমশুপ শুপচিল্লকপগী অর্থদা সেতু ঘাত হায়না আদি গুরুজনশিংনা চৎনরম্বনি। হরি ভক্তিদা পরায়ন ওইবা আদি গুরুজনশিংগী মফমদদি দ্রুত লয় হায়বা ৱাহৈসিগী মহুত্তা সেতু ঘাত হায়না হায়বা অসিনা য়াম্না হেন্না অর্থ থোকপা হায়বসি মশানা তাজবগী ৱাদনি।

## বেদি ঘাত

করিগুম্বা অকক্লবা ঘাত অমবু মরিরক হন্না লৌদুনা থোন্দোকহল্লবা চাং অমদা থাবা ঘাতপু অকক্লবা ঘাত অদুগী বেদি ঘাত হায়না খঙনরকই। খুদম ওইনা তাম্মিৎ নিপালগী ঘাত অসি তাম্মিৎ অনিগী ঘাতকী বেদি ঘাত ওই। নৎত্রেগা তাম্মিৎ ১৬ কী ঘাত অসিনা তাম্মিৎ মরিগী ঘাতকী বেদি ঘাত ওইগনি। অসুন্না তাম্মিৎ অহুমগী ঘাতকী বেদি ঘাতনা তাম্মিৎ ১২ গী ঘাতনা ওইগনি।

বেদি হায়বা সংস্কৃত ৱাহৈ অসিগী অর্থনা ময়ায় চবুকপু খঙহল্লি। অকুপ্পা, অথুবা অমসুং অপৌবা অরাওবা তাম্বা অনিগী ময়ায় চবুক ওইবা চাংবুনি;

বেদি হায়বা ৱাহে অসিনা খণ্ডহল্লিবসি। সেতু ঘাত অমসুং লম্বি ঘাত অনিগী ময়ায় চবুক্কী ঘাত পুনি বেদি ঘাত হায়রিবসি। অর্থ অমত্তা ওইবসিনসু মধ্য হায়বা ৱাহৈসিদগী বেদি হায়বা ৱাহে অসিনা থোয়না হেন্না অরাধনা অমসুং পুজানচিংবগী লম্বী ওইনা নট সংকৃীর্ত্তনগী মাইগৈসিদা পুশিনলিবসি।

চহি কয়াসিদা খজিক খজিক থৈথরক্তুনা ঙসিদি বেদি ঘাত হায়বা ৱাহে অসিবু বেরি ঘাত হায়না চৎনরক্লে। চুন্না ৱাহৈদা থৈথরকপদা নৎত্তনা অর্থদসু অহোংবা লাক্তুনা বেদি ঘাতপু কনাগুম্বাশিংনা রাজমেল তারমদাইদা পালাশিংনা কোয়না লৈদুনা চৎপা অসিবু ওইনা খণ্ডনবসু য়াওরে। অসুন্না খণ্ডনবা অসিদা পাংলিবা থবক্তা মমিং ওইনা শিজিন্নরিবা ৱাহৈগী অর্থগা চান্নরিবরা হায়বনচিংবদা কনানসু হংনরুবা লৈতনা অসুম য়ানদুনা হায়নরি/চৎনরি।

**লম্বি ঘাত**

অকক্লবা ঘাত অমনা নিপাল্লক হন্না লৌদুনা থোন্দোকহল্লবা চাং অমদা থাবা ঘাতপু অকক্লবা ঘাত অদুগী লম্বী ঘাত হায়না খণ্ডনরকই। খুদম ওইনা তাম্মিৎ তরাতরুক্কী (১৬) ঘাত অসি তাম্মিৎ অনিগী ঘাতকী লম্বী ঘাত ওই। মসি তম্মিৎ অনিগী ঘাতনা নিপাল্লক (৮) হন্না লৌদুনা থোন্দোকহল্লবা ঘাত অমনি। অসুন্না তাম্মিৎ অষ্টমগী ঘাতকী লম্বী ঘাত হায়রগদি তাম্মিৎ কুনগমরিগী (২৪) ঘাত অসিনি হায়গনি।

ঘাতশিংবু পুক্লিংদা ময়েক শেংনা মমি তাহন্নবা হোৎনবদা অহানবা উপাই ওইনা ঘাত অমগী সেতুঘাত, বেদি ঘাত অমসুং লম্বী ঘাত অহুম্বু থাদুনা শান্নগনি। খুদম ওইনা তাম্মিৎ অনিগী ঘাত অসি পুংখোল ময়েক অনিখকপু ঙম্মিমখৈ থুনা হায়বা মতমদা থাবা ঘাতনি। মাবু হন্না হন্না থাদুনা শান্নরগা মণ্ডোন্দগী সেতু ঘাত লৌদুনা অমুক থাগনি, সেতু ঘাত অসি অমুক হন্না হন্না থাদুনা শান্নরগা তুংদা বেদি ঘাত লৌদুনা অমুক থাগনি। বেদি ঘাতপু হন্না হন্না থাদুনা শান্নরবা তুংদা অমুক লম্বী ঘাত লৌরগা হন্না হন্না থাদুনা শান্নগনি। অসুন্না অমুক হন্দুনা লম্বীঘাত্তগী বেদি, সেতু অমসুং অহানবা ঘাত অদু তন্না অমুক পুথরক্তুনা শান্নগনি। অসুন্না তোঙান তোঙানবা ঘাতশিংগী সেতু, বেদি অমসুং লম্বী ঘাত লৌরগা মখোয়বু হায়দুনা হন্না হন্না শান্নগনি।

মখাদা তোঙান তোঙানবা ঘাতশিংগী সেতু বেদি অমসুং লম্বী ঘাত খরা থল্লী ঃ-

| ঘাত | সেতুঘাত | বেদিঘাত | লম্বীঘাত |
|---|---|---|---|
| ২ | ৪ | ৮ | ১৬ |
| ৪ | ৮ | ১৬ | ৩২ |
| ৮ | ১৬ | ৩২ | ৬৪ |
| ৩ | ৬ | ১২ | ২৪ |
| ৬ | ১২ | ২৪ | ৪৮ |
| ১২ | ২৪ | ৪৮ | ৯৬ |
| ৫ | ১০ | ২০ | ৪০ |
| ১০ | ২০ | ৪০ | ৮০ |
| ৭ | ১৪ | ২৮ | ৫৬ |
| ৯ | ১৮ | ৩৬ | ৭২ |

খেল্ল খেল্লবা ঘাতশিংবু পুক্লিংদা মমি লেঙদনা অমসুং শেংনা তাহল্লবগী উপায় ওইনা খেল্ল খেল্লবা ঘাতসিংবু তোৎশিন য়ানশিল্লদুনা মথং মথং থাদুনা শাল্লগনি। খুদম ওইনা অহানবদা তাল্মীৎ অনিগী ঘাত হল্লা হল্লা থারগা তুংদা তল্মিৎ অহুমগী ঘাত অমুক হোংদুনা শাল্লগনি। মদুগী মথংদা অমুক তাল্মিৎ মরিগী ঘাত্তা হোংদুনা হল্লা হল্লা থাদুনা শাল্লগনি। মসিনা খেল্লবা ঘাত মখল অমমমগী তাল্মিৎ অমমম খেল্লবগী চাংদু পুক্লিংদা মমি তাহনবা ঙমগনি। অসুম্না অমুক তাল্মিৎ অনি অনি খেল্লবগী, অদুদগী অমুক ৩, ৩, খেল্লবগী চাংনচিংবশিং থাদুনা শাল্লগনি। রাফমসিবু মখাদা খুদমগা কোল্লনা উৎল্লি।

## নট সংকীর্ত্তনগী তাল (অহানবা শরুক)

১/ তান্মিৎ অমমম খেন্নবগী চাং/ (ঘাত খুদিং হন্না হন্না থারবা তুংদা মথংগী ঘাত্তা হোংগনি)

| ২ | ৩ | ৪ | ৩ | ২ |
|---|---|---|---|---|
| ৪ | ৫ | ৬ | ৫ | ৪ |

২/ তান্মিৎ অনি অনি খেন্নবগী চাং ঃ-

| ২ | ৪ | ৬ | ৮ | ৬ | ৪ | ২ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৩ | ৫ | ৭ | ৯ | ৭ | ৫ | ৩ |

৩/ তান্মিৎ অহুম অহুম খেন্নবগী চাং ঃ-

| ৩ | ৬ | ৯ | ১২ | ৯ | ৬ | ৩ |
|---|---|---|---|---|---|---|

৪/ তান্মিৎ মরি মরি খেন্নবগী চাং ঃ-

| ২ | ৬ | ১০ | ১৪ | ১০ | ৬ | ২ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৪ | ৮ | ১২ | ১৬ | ১২ | ৮ | ৪ |

মথক্কী অভ্যাসসিং অসি তোয়না শান্নবনা ঘাত থাবদা শোয়দনা খুৎলোয়হনগনি, অমদি ঘাতশিংগী খেন্নবা চাংবু খরমখৈ পুক্লিংনা লেংদনা শেংনা ফাবা ঙম্লক্কনী।

মথক্তা উৎলিবা খরসিদা নত্তনা তালগী মিহুলগী ঘাত মখল কয়াবু পুক্লিংদা লেংদনা শেংনা মমি তাহন্নবা খুৎশান্না কয়া লনায় শেমদুনা শান্নবসু য়াই। অসুম্না লনায় শেম্বা অসিদা পুক্লিংনা ময়েক শেংনা লাকপা ৱারিবা ঘাত অদুবুসু হন্না হন্না থাহন্নবা মওংদা অমসুং পুক্লিংনা ময়েক শেংনা লাকপা ঙম্লবা ঘাতশিংগা চাংদমনহন্দুনা নৎত্রগা নক্কনা থামিন্নদুনা ফাবা ৱারিবা ঘাত অদুবু ফান্নবা উপাই ওইগদবা মওংদা শেমদুনা শান্নগনি। খুদম ওইনা অহানবদা তন্মিৎ অনিগী ঘাত্তগী মাগী সেতু ঘাত, বেদি ঘাত অমসুং লক্ষী ঘাত অসি হঙ্গৎ হন্দা তোয়না থাদুনা মখাগী অসুম্না শান্নবনা হৌবা য়াই।

ঘাত - ২ ৪ ৮ ১৬ ৮ ৪ ২

মথক্কীসি খুৎলোয়রে হায়না লৌরবা কান্দা তান্মিৎ অহুমগী ঘাতপু পুক্লিংনা ময়েক শেংনা লাক্পনবগীদমক্তা শান্নবা মশান্না ওইনা মখাগী অসুন্না শেম্বা য়ায়ঃ—

ঘাত - ২ ৪ ৩ ৪ ৩ ২ ৩ ৪ ৩ ২

অসুন্না শেম্নগা শান্নবা অসিনা তান্মিৎ অনি, অহুম, অমসুং মরিগী ঘাতপু পুক্লিংনা ময়েক য়াম্না শেংনা লেংদনা ফাবা ঙম্মগনি।

মথং অমুক তান্মিৎ অহুমগী ঘাত্তগী মাগী সেতু ঘাত, বেদি ঘাত অমসুং লম্বী ঘাতপু হঙ্গৎহন্দা থাদুনা মখাগী অসুন্না শান্নবা য়ায়।

ঘাত - ৩ ৬ ১২ ২৪ ১২ ৬ ৩

অসুন্না শান্নদুনা খুৎলোয়রবা তুংদা মাংদা হান্ননা খুৎলোয়থ্রবা তান্মিৎ অনিগী ঘাত্তগী সেত্তু ঘাত, বেদি ঘাত অমসুং লম্বী ঘাতপু য়ানশিন্দুনা মখাগী অসুন্না হন্না হন্না শান্নবা য়ায়।

ঘাত - ২ ৩ ৪ ৬ ৮ ১২ ১৬ ১২ ৮ ৬ ৪ ৩ ২

অসুন্না শান্নবা অসিনা তান্মিৎ অনি অমসুং অহুমগী সেতু, বেদি অমসুং লম্বী ঘাতশিংবু য়াম্না ময়েক শেংনা পুক্লিংনা লাকশিনবদা মতেং ওইহনগনি।

অসুন্না তান্মিৎ অনি অমসুং অহুমগী ঘাতশিংগী সেতু বেদি অমসুং লম্বি ঘাতনচিংবেশিং অসি পুক্লিংদা লেংদনা লৈরবরা হায়বসি চাংয়েং তৌদুনা য়েংননবা মশানা খরসু শেমদুনা শান্নবা কান্নগনি। খুদম ওইনা মখাগী মশান্না অসিনা অহানবা চাংয়েং ওইনা শিজিন্নবা য়ায় ঃ-

ঘাত - ৪ ২ ৪ ৬ ৮ ৬ ৪ ৩ ২

মথক্কী অসি হন্না হন্না থাবাদা শোয়দ্রবদি মখাগী অসি অমুক থাদুনা শান্নবা য়ায় ঃ-

ঘাত - ৪ ৮ ৪ ২ ৪ ৬ ৮ ১২ ৮ ৬ ৪ ২

মথক্কী খুৎশান্না অসি হন্না হন্না শান্নবদা শোয়দ্রবদি মখা চাংয়েং ওইনা মখাগীসি অমুক লৌথদুনা শান্নবা য়ায় ঃ-

ঘাত- ৩ ৬ ৪ ৬ ৮ ১২ ১৬ ২৪ ১৬ ১২ ৮ ৬ ৪ ৩ ২

পীরিবা খুৎশান্না খরা অসিদা নত্তনা লনায় চাংয়েং খুৎশান্না খরসু শেমদুনা শান্নবা য়ায়। অদুবু মপুং ওইবা উদেশ্যাদি (পান্দম) শেম্নিবা খুৎশান্নশিং অদুনা তান্মিৎ অনি অমসুং অহুমগী ঘাতকী সেতু, বেদি অমসুং লম্বী ঘাতশিংবু অমগা অমগা য়ানশিন্নদুনা নৎত্রগা চোংথোক চোংশিন তৌদুনা থাবদা পুক্লিংনা শোয়দনা চেৎনা মপা লাকপা ঙমলবরা, অমদি পাম্লিবা ঘাত অদু শোয়দনা চপচানা থাবা ঙম্লবরা হায়ববু য়েংবসিনি।

তান্মিৎ অনি অমসুং অহুমগী মথংদা অমুক তান্মিৎ মঙাগী ঘাতপু পুক্লিংদা ময়েক শেংনা মমি তাহন্নবা অমসুং লেংদনা ফানবগী উপায় ওইনা হান্ননা খুৎলোয়দুনা লৈরবা তান্মিৎ মরি অমসুং তরুক্কী ঘাত অনিগী মতেং শিজিন্নদুনা অনিসীগি মরক্তা লৈবা তান্মিৎ মঙাগী ঘাত অসি থাদুনা শান্নবা মশান্না খরা মখাগী অসুম্না শেম্বা য়ায় ঃ- অহানবদা

ঘাত - ২ ৩ ৪ ৬ ৪ ৬ ৪ ৩ ২

অসিগী মথংদা তান্মিৎ মঙাগী ঘাত হাপচিনদুনা অনিসুবা ওইনা মখাগীশিংসি শান্নগনি ঃ-

ঘাত- ২ ৩ ৪ ৬ ৪ ৬ ৫ ৬ ৫ ৪ ৫ ৬ ৫ ৪ ৩ ২

মথক্কী মশান্না অসি হন্না হন্না থাদুনা শান্নবনা তান্মিৎ মঙাগী ঘাতপু পুক্লিংদা মমি শেংনা লেংদনা লাকপা ঙম্বল্লগনি। মসিগী মথংদদি তান্মিৎ মঙাগী ঘাতকী সেতু, বেদি অমসুং লম্বী ঘাতশিংবু মথং মথং থাদুনা মখাগী অসুম্না শান্নগনি।

ঘাত - ২ ৩ ৪ ৫ ১০ ২০ ৪০ ২০ ১০ ৫ ৪ ৩ ২

অসুম্না শান্নবা অসিনা তাম্মিৎ অনি, অহুম, মরি অমসুং মঙাগী ঘাতশিংবু পুক্লিংদা নিংথিনা লেংদনা মমি তাহন্নবা উপায় ওইগনি। ঙস্লে হায়না থাজরবা তুংদা চাংয়েং ওইনা মখোয় মখোয়গী সেতু অমসুং বেদি ঘাতশিংগা য়ানশিন্নদুনা থাবসু শান্নবা য়াম্না কান্নগনি।

খুদম ওইনা ঃ -

(ক) ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৮ ১০ ১২ ১০ ৮ ৬ ৫ ৪ ৩ ২

(খ) ২ ৪ ৮ ৪ ২ ৩ ৬ ১২ ৬ ৩ ৪ ৫ ১০ ৫ ৪ ৩ ২

(গ) ৫ ১০ ২০ ১০ ৫ ৪ ৮ ১৬ ৮ ৪ ৩ ১২ ৬ ৩ ২

(ঘ) ২ ৩ ৬ ৮ ১২ ৮ ৬ ৫ ১০ ৮ ৬ ৩ ৪ ২

(ঙ) ২ ৩ ৫ ৪ ৬ ১০ ৮ ১২ ২০ ১০ ৫ ৪ ৩ ২

মথক্কী অসুম্না শান্নদুনা চাংয়েংবদা শোয়দবা ঙম্লক্লবদি ঘাতশিং অসি পুক্লিংদা চপ চানা লেংদনা মমি তারে হায়বগী ময়েক লাবা খুদম ওইগনি।

মথংদি তাম্মিৎ তরেৎকী ঘাতপু পুক্লিংদা মপা লাক্লবা হোৎনগনি। তাম্মিৎ তরেৎকী ঘাত হায়বসিমক মশানা তাম্মিৎ তরুক্কী ঘাত্তগী খরা চাওবা অদুগা তাম্মিৎ নিপালগী ঘাত্তগী খরা পিকথবা ঘাতনি। তাম্মিৎ তরুক্কী ঘাত অমসুং তাম্মিৎ নিপালগী ঘাত অসিমক হান্নবা মাংজৌননা শান্নখিবা মশান্নশিংদগী পুক্লিংনা ফজনা মপা লাকপা ঙমখ্রে হায়না লৌরগনি। অদুনা তাম্মিৎ তরেৎকী ঘাত হায়বসিমক মথক্কী ঘাত অনি অসিগী মরক্তা লৈবা ঘাত অমনিনা মাবু থাবা ঙম্মনবা মখাগী অসুম্না হোৎনবা য়ায় ঃ-

অহানবদা হান্না খুৎলোয়খ্রবা মখাগী ঘাতশিং অসি থাদুনা শান্নগনি ঃ-

ঘাত - ২ ৩ ৪ ৬ ৮ ৬ ৪ ৩ ২

মথংদি তাম্মিৎ তরুক অমসুং নিপালগী মরক্তা ঘাত অমগা থাদুনা মখাগী অসুম্না হোৎনগনি ঃ-

(ক) ২ ৩ ৪ ৬ ৮ ৭ ৬ ৭ ৮ ৭ ৬ ৪ ৩ ২

(খ) ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭ ৮ ৭ ৬ ৫ ৪ ৩ ২

মথক্কী অসি তান্মিৎ অমমমদং খেন্নহন্দুনা কাবা অমসুং কুম্বা ঘাতশিংনি। মখোয়সিবু হন্না হন্না থাদুনা তান্মিৎ অনিদগী তান্মিৎ নিপাল ফাওবগী ঘাতপু মথং মথং পুক্লিংদা মমি শেংনা লেংদনা তাহন্নবা হোৎনগনি।

মথংদি তান্মিৎ তরেৎকী ঘাত্তগী সেতু, বেদি অমসুং লম্বী ঘাতশিংবু হন্না হন্না থাদুনা অমুক মখাগী অসুম্না শান্নগনি।

ঘাত - ৭ ১৪ ২৮ ৫৬ ২৮ ১৪ ৭

অসুম্না তান্মিৎ তরেৎকী ঘাত অমসুং মাগী সেতু, বেদি, অমসুং লম্বী ঘাতশিংবু খুৎলোয়রবা তুংদা চাংয়েং ওইনা মখাগী ঘাতশিং অসি খরা শেমদুনা শোয়দনা থাবা ঙম্নবরা হায়দুনা য়েংগনি।

(ক) ২ ৪ ৮ ৭ ৬ ৫ ৪ ২

(খ) ৩ ৬ ১২ ১০ ৫ ৭ ১৪ ৭ ৬ ৫ ৪ ৩ ২

(গ) ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৮ ৭ ১৪ ১২ ১০ ৮ ৬ ৪ ২

(ঘ) ২ ৪ ৬ ৮ ১০ ১২ ১৪ ১৬ ১৪ ১২ ১০ ৮ ৬ ৪ ২

মথংদা তান্মিৎ মাপলগী ঘাতপু পুক্লিংনা চপ চানা লেংদনা লাকপা ঙম্নবা হোৎনগনি। মাংদা মাংজৌননা হান্না মুন্না খণ্ডখ্রবা ঘাতশিংগী মতেং লৌরগা তান্মিৎ মাপলগী ঘাতপু খণ্ডনবা হোৎনবদা, মায়গৈ অনিদগী হোৎনরকপা য়ায়। অহানবদা হান্না খণ্ডখ্রবা তান্মিৎ নিপাল অমসুং তান্মিৎ তরাগী ঘাতশিং শিজিন্নদুনা মরক্তা লৈবা তান্মিৎ মাপলগী ঘাতপু মথক্তা তৌথ্রিবশিং অসিগুম মপা লাক্কনবা হোৎনবা অসিনি। অদুগা অনিসুবা উপায় অমনা, মাংজৌননা খুৎলোয়রবা তান্মিৎ অষ্টমগী ঘাতপু অষ্টমলক হন্না থাবদা অনৌবা ঘাত অমমম থাবনসু তান্মিৎ মাপলগী ঘাতপু চপ চানা ফংহনবনা, মাবু লায়না মপা লাকপা ঙম্মল্লি।

অহানবা উপাই অসিগীদি মহৌশাগুম হান্নবা তাম্মিৎ নিপাল অমসুং তাম্মিৎ তরাগী ঘাতপু য়াম্না তোয়না থাদুনা লেংহন্দনা ফাগনি। অদুগী মতুংদা তাম্মিৎ মাপলগী ঘাতপু মপা লাক্কবা হোৎনগনি। খুদম ওইনা অহানবদা মখাগী অসিগুম্বা মশান্না অমনা হান্না হৌবা তঙাইফদে।

ঘাত - ২ ৪ ৬ ৮ ১০ ৮ ১০ ৮ ৬ ৪ ২

অসুম্না তাম্মিৎ নিপাল অমসুং তাম্মিৎ তরাগী ঘাত অনি অসিবু মপা চপ চানা লেংদনা লাকপা ঙম্নবা তুংদা অনিসিগী মরক্তা লৈবা ঘাত অমা থাবা ঙম্ননবা হোৎনগনি মদু লেপ্নমক্কী তাম্মিৎ মাপলগী ঘাত ওইরগনি।

খুদম ওইনা ঃ-

ঘাত- ২ ৪ ৬ ৮ ১০ ৯ ১০ ৯ ৮ ৯ ১০ ৯ ৮ ৬ ৪ ২

মথক্কী মশান্না অসিমক নৎত্রবসু অতৈ মশান্না কয়া অমা লান্নায় পুথোক্নুনা শান্নবা য়ায়। মদুদা মপুং ওইবা ৱাফমদি, তাম্মিৎ নিপাল অমসুং তাম্মিৎ তরাগী মরক্তা ঘাত অমা থাবা ঙম্নবা হোৎনবা অসিনি। অসুম্না তাম্মিৎ নিপালগী মাপলগী অমসুং তরাগী হায়দুনা ঘাত অহুমসিবু শোয়দনা মপা লাকপা ঙম্নবদি, তাম্মিৎ মাপলগী ঘাতপুসু পুক্লিংদা লেংদনা মমি তাহন্দুনা থাবা ঙম্নক্কনী। মতৌ অসুম্না তাম্মিৎ অনিদগী তাম্মিৎ তরা ফাওবগী ঘাতশিং অসি য়াম্না তোয়না মতম লৈবা খিবিক্তা শান্নদুনা ঘাতশিং অসি পুক্লিংদা লেংদনা থম্ননবা হোৎনগনি। মসিগী অশম্বা মশান্না অমা মখাদা থম্লি।

ঘাত- ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭ ৮ ৯ ১০ ৯ ৮ ৭ ৬ ৫ ৪ ৩ ২

লোয়ননা ঘাত খুদিংগী সেতু, বেদি অমসুং লম্বী ঘাতশিং থাদুনা তোয়না শান্নবনা ঘাত অমমমগী মশক খঙবদা থোইনা হেন্না চেৎশিনহনগনি অসুম্না তাম্মিৎ মাপলগী ঘাতকী সেতুনচিংববু মখাগী অসুম্না শান্নবা য়ায় ঃ-

ঘাত - ৯ ১৮ ৩৬ ৭২ ৩৬ ১৮ ৯

তালগী ঘাততি মশিং থিঙমদনা লৈখ্রবনি। অদুবু তালবু খণ্ডগে তান্নিবশিংনা অমসুং তালবু শিজিন্নগে হায়না খনলিবশিংনা য়ামদ্রবদা মপুং ওইবা ঘাত নিপাল হায়বদি তাম্মিৎ অনিগী ঘাত্তগীনা তাম্মিৎ মাপলগী ঘাত ফাওববু পুক্লিংদা চপ চানা লেংদনা ময়েক শেংনা ফাদুনা থাবা ঙম্নবা কন্না হোৎনগনি। মপুং ওইবা ঘাত নিপাল অসিবু চপ চানা থাবা ঙম্নবদি মখোয়দগী থোন্দোরকপা ঘাত অতৈদি মপা লাকপা য়ান্না লায়রগনি।

**ধ্রুব মণ্ডা**

অতিয়াদা থরাইমিচাক্কী মপৈনা মশিং থিঙমদনা লৈখিবগুম খেন্ন-খেন্নবা ঘাতকী তালগী মিহুলসু মশিঙ লাকঙমদনা লৈখ্রী। অদুগুম্বা তালগী মিহুল লোইনমক পুং, ঈশৈ, জগোয়দা শিজিন্নবগা ঙম্নুবা নত্রি। মশিং লাকঙমদ্রবা তালগী মিহুলশিং অসিগী হেক লৈরিবা ঘাত পুন্নমক অসিদগী তংখায় তংখায় চপথরক্তুনা মথং মথং পিকশিনলকপদা অরোয়বদা মঙোন্দগী তাথনা তঙখায় চপথবা য়াদ্রবা ঘাত কয়া অমা ফংই। মখোয়শিং অদুদগী অহানবা ঘাত মণ্ডাখকপু তালগী ধ্রুব মণ্ডা হায়না খঙনরকই। মখোয়শিংদু তশেংনমক ধ্রুবতারাগুম লেংদ্রবা, হোংদ্রবা মখোয়দগী পাদম লৌদুনা, মথং মথং থোন্দোরকনিঙাই ওইবা অদুগুম্বা ঘাতকী মিহুলশিংনি। নোংদোলদা ধ্রুব তারানা মতম পুন্নমক্তা মফম হোংদনা মচি লেংদনা লৈরগা পৃথ্বীশিগী মায়গৈ কক্ঙাওনরবশিংদা মানা থিন্দুনা চপ চানা মায়গৈ তাকপা ঙম্বগুম মশিং থিঙমদনা লৈখ্রবা তালগী মপৈশিং অসিবু করম্বা কাঙলুপকী তালনো হায়বদু অসিগুম্বা তালগী মিহুল খরা অসিনা ইরায় লায়না তাকপা ঙম্বদগী মখোয়বু তালগী ধ্রুবশিং হায়না লাই হাকথক্তগী খঙনরকখিবনি।

তাম্মিৎ অনিগী ঘাত অসিনা তালগী মিহুলশিংগী মরক্তা অহানবনি। মঙোন্দগী হেন্না পিকথবা তালগী মিহুল অমা অমুক মীওইবনা থাবা ঙম্নুদে। তাম্মিৎ অমত্তংগী তালগী মিহুল লৈবা ঙম্বা হৌনদে। মঙোন্দা হায়গৎনবা মতম য়াওদবনা চপ লেপখ্রগনি। অসিগুম্বা তাম্মিৎ অনিগী ঘাতকী তালগী মিহুল অসিদা তালগী পাদম লৌদুনা মথং মথং থোন্দোরকপা তাম্মিৎ মরিগী,

নিপালগী অমসুং তাম্মিৎ তরাতরুক্লচিংব তালগী মিহুলশিং মখল কয়া কয়া লৈরকই। মরমসিদগী তাম্মিৎ অনিগী ঘাতকী মিহুল অসিমক তালগী ধ্রুবশিংগী মরক্তসু অহানবা ওইনা খঙনরকই। অসিগুম্বা অহানবা ধ্রুব অসিদগী থোন্দোকহল্লকপা তালগী মিহুল কয়াগী খেন্ন-খেন্নবা য়াচন্দা সেম্বা তাল মখল মখা কয়া লৈরকই। মখোয় লোয়নমক অদুবু ধ্রুব অসিনা থিন্দুনা মশক তাক্লগা অহানবা ধ্রুব অসিগী মখা পোনবা তালনি হায়না লায়না খন্দোকপা ঙম্লকই।

তাম্মিৎ অহুমগী ঘাতকী মিহুল অসিনা তালগী অনিসুবা ধ্রুবনি। তাম্মিৎ অহুমগী ঘাত অসিমক মখা তানা কায়থবা য়াদ্রবা অদুগা মঙোন্দগী পাদম লৌদুনা মথং মথং তাম্মিৎ তরুক্কী, তরানিথোইগী, কুনমরিগী অসুম্না ঘাত কয়া কয়াদা থোন্দোকহল্লবা তালগী মিহুলশিংদি লৈবা য়াবা অদুগুম্বা হোংবা নায়দবা, লেংদ্রবা, কাঙলুপ অদুবু চপ চাবা মশক তাক্লিবা তালগী মিহুল অমনি। অসিগুম্বা অনিসুবা ধ্রুব অসিদগী থোন্দোরকপা তালগী মিহুল পুন্নমক অহানবা ধ্রুব অদুদগী থোন্দোরকখিবা তালগী মিহুলশিংদগীসু পুমখেন খেন্নবা ঘাত ঙাক্তা ওইরক্কনী। করিগুম্বা মওংদা অহানবা অমসুং অনিসুবা ধ্রুব অনিদগী থোন্দোকহল্লকপা মিহুলশিংনা কৈদৌঙেদা মান্নবা ঘাতকী মিহুলশিং ওইরক্লরোই। অসিগুম্বা অনিসুবা ধ্রুব অসিদগী থোন্দোরকপা তালগী মিহুল কয়াগী খেন্ন খেন্নবা য়াচন্দ শেম্বা তাল মখল মখা কয়া অমসু লৈখ্রি। মখোয়শিং অদুবুসু ধ্রুব অসিনা থিন্দুনা মাগী কাঙলুপকী তালনি হায়বসি তালশিজিন্নরিবশিংদা ইরাই লায়না খঙহনবা ঙম্মল্লকই।

অসুম্না তাম্মিৎ মঙাগী ঘাতকী মিহুল অসিনা তালগী অহুমসুবা ধ্রুব ওই। মহাকসু মখা তানা অনিথোক্ল চপথবা য়াদ্রবা ঘাতকী মিহুল অমনি। মসিনা অহানবা লেঙদ্রবা পাদম ওইদুনা মঙোন্দগী মথং মথং থোন্দোকখিবা ঘাত কয়া কয়াগী তালগী মিহুলশিংদি লৈরকই। খুদম ওইনা তাম্মিৎ তরাগী, কুনগী, নিফুগী অসুম্না মথং মথং কয়ারক থোন্দোকহল্লবা ঘাতকী মিহুল কয়া কয়া লৈখিগনি। হায়রিবা তালগী মিহুলশিং অসি মাংগী অহানবা অমসুং অনিসুবা ধ্রুবদগী থোন্দোকহল্লকপা তালগী মিহুলশিংদগী পুমখেন খেন্নবা, পুমতোন-তোঙানবা অনৌবা তালগী মিহুলসিং ঙাক্তা ওইগনি। অসিগুম্বা মিহুলশিং অসিনা

য়াচন ওইদুনা শেম্বা তালগী মশকসু মখল মখা কয়ানি। অদুগুম্বা তালশিং অদুবু লায়না মশক খণ্ডদোক্লবগী অমত্তা ঙাইরবা উপায় ওইনা তালবু শিজিন্নরিবশিংনা ধ্রুব অসিবু মাঙজৌননা মশক মুন্না খণ্ডজিন্নরকই।

মরিশুবা ধ্রুবনা তান্মিৎ তরেৎকী ঘাতকী মিহুল অসিনা ওই। মাসু মখা অনি থোক্ল তাংখায় চপথবা য়াদ্রবা ঘাতকী মিহুল অমনি। লোয়ননা মঙোন্দগী মথং মথং থোন্দোকহন্দুনা তান্মিৎ তরামরিগী, কুন্নিপালগী, য়াংখৈতরুক্লচিংবা ঘাতকী মিহুল মখল মখা কয়া লৈরকই। অসুম্না শেম্লক্লিবা মিহুল পুম্নমক মমাংদা লৈখ্রবা ধ্রুবশিংদগী থোন্দোরকপা ঘাতশিংগী মিহুলশিংদগী ময়েক শেংনা খেন্নবা তোঙানবা অনৌবা তালগী মিহুল মক্তা ওইগনি। অসিগুম্বা অনৌবা তালগী মিহুলশিং অসি শিজিন্নদুনা শেম্বা য়াচন মখল মখাগী তালসু মখল মখানি। অদুগুম্বা তাল পুম্নমক অদুবু লম্মাংনবা মীনা ধ্রুবতারা য়েংলগা মায়গৈ লেপ্ল ঙম্বগুম ধ্রুব অসিনা তালশিং অদুবু অসিগুম্বা কাংলুপ অসিগী তালনি হায়বা লেপ্নমক খণ্ডহনগনি।

মঙাশুবা ধ্রুবনা তান্মিৎ মাপলগী ঘাতকী মিহুল অসিনি। মঙাসুবা ধ্রুবগী ঘাত অসিসু মখা তানা অনি থোক্লা পিকথবা য়াদ্রবা অদুগা মঙোন্দগী মথং মথং থোন্দোকহন্দুনা মমাংগী ধ্রুবশিংদগী ফংখ্রবা তালগী মিহুলশিংদগীদি পুমতোন তোঙানবা ঘাতকী মিহুল ময়াম অমা পুথোকপা য়াবা মখোয়গী হৌফম তাকপা মিহুল অমনি। মঙোন্দগী তান্মিৎ তরানিপাল, কুন্থ্রাতরুক, হুমফুতরানিথোইনচিংবা ঘাত কয়া কয়াগী তালগী মিহুল মখল মখা কয়া পুথোরকই। অসুম্না মঙাসুবা ধ্রুবা অসিদগী থোন্দোরকখিবা তালগী মিহুল কয়ানা মাগী মাগী খেন্নবা য়াচন শেমদুনা তাল মখল মখা কয়া অমসু শেমদুনা লৈখ্রি। অদুগুম্বা তালগী মশক মওং কয়া অদুবু তালশিজিন্নবশিংনা ধ্রুব অসিগী মতেংনা মাগী কাংলুপকী তালনি হায়বসি লায়না খন্দোকপা ঙম্মি।

মথক্তা নৈনখ্রিবা ধ্রুব মঙা অসি খক্তা নত্তনা অতৈ তঙখায় তানা পিকথবা য়াদ্রবা ঘাতকী মিহুল কয়া অমসু লৈখ্রি। খুদম ওইনা তান্মিৎ তরামাথোইগী, তরাহুমদোইগী, তরামঙাগী, তরাতরেৎকী অসিনচিংবা মথং মথং তালগী মিহুল

কয়া লৈখ্রি। মখোয়শিং অসিসু ধ্রুব ঙাক্তনি। অদুবু লোইনাইদ্রবা ধ্রুব ময়াম অসিগী মরক্তগী অহানবা ধ্রুব মঙা অসিখক্তংবু চপচানা খুৎলোয়না খঙবনা লৌকিক্তা, মীয়াম্না তোয়না শিজিন্নরিবা তাল অয়াম্ববু লোয়না খঙবা ঙম্বগী মগুণ অদু লৈবনা লাই হাকথক্তগী ধ্রুব মঙা অসিতংবু য়াম্না মরু ওইনা লৌনরকই। অমরোমদা ধ্রুব মঙা অসিগী মখা তাথরকপা ধ্রুব অয়াম্বগী বেদি অমসুং লম্বী ঘাতকী মিহুলশিংদি ঘাত চাওমনবনা মীওইবনা মখোয়বু শিজিন্নবদা য়ানা থোক্লবা ঙাক্তা ওই। অদুগা ইস্ত দেবতাশিংগী অজা পুজানচিংবগীদমক্তদি করিগুম্বা তালগী মিহুল অমগী সেতু, বেদি অমসুং লম্বী ঘাত অহুম্মক সুনা য়াওদবা য়াদবনা মরু ওইবা মরম ওইদুনা অহানবা ধ্রুব মঙা অসিগী মখাগী ধ্রুবশিংবু ইস্ত দেবতাশিংগী অজা পুজানচিংবদা মহৌশাদগী শিজিন্নরক্তে। অদুনা নট সংকীর্ত্তন হৌবদগী লোয়বা ফাওবগী মনুঙদা সুপ্নতগী রাগ স্বাধিনগী মতাংদদমক অহানবা ধ্রুব মঙা অসিগী মখাগী ধ্রুবশিংগী তালগী মিহুলশিংবু পুশিন্দুনা শিজিন্নবা চংনরকই।

ধ্রুবশিংগী মরক্তগী অহানবা ধ্রুব মঙাসিদি তালগী জগৎতা অসুপকী মতিক মরু ওই। মঙা অসিবু মশক মুন্না খঙলবা তাল পুন্নমকপু মশক খঙননবা উপাই ওই। মরমঅসিনা তালবু শিজিন্নগে হায়না খল্লিবা খুদিংমক্কা ধ্রুব মঙা অসিবু চেৎনা লেংদনা পুক্লিংদা মমি তাহন্দুনা থম্ননবা হন্না হন্না হোৎনবা তায় ধ্রুব মঙা অসিবু খুৎলোয়না খঙননবা অমসুং পুক্লিংদা লেংদনা মমি তাহন্নবা উপায়দি অসিগুম্বা ঘাতকী মিহুলশিং অসিবু হন্না হন্না থাদুনা শান্নবতনা ওই। মরম অসিগীদমক্তা মখাগী ঘাতশিং অসি থাদুনা হন্না হন্না শান্নগনি।

ঘাত - ২ ৩ ৫ ৭ ৯ ৭ ৫ ৩ ২

মরিশুবা মতাং

# তাঞ্চপ্, মেনকুপ, মিশ্র অমসুং সংকীর্ন

## তাঞ্চপ্

অহানবা ধ্রুবদগী মথং মথং থোন্দোকহন্দুনা চাওথোরক্লিবা ঘাতশিংগী তালগী মিহুল পুন্নমকপু পুল্লপ্পা তাঞ্চপকী কাংলুপ হায়না মহৌশাদগী খঙনরকই। তাস্মিৎ অমবু অনিরক লৌরগা অহানবা তালগী মিহুল ওই। তাস্মিৎ অনিগী মিহুলবু অনিরক লৌরবা ঘাতকীমিহুলবু হায়বদি তাস্মিৎ মরিগী ঘাতকী তালগী মিহুলবু অহানবা থোন্দোরক্লবা তাঞ্চপকী মিহুলনি। অসুম্না মথং মথং তাস্মিৎ নিপালগী তরাতরুক্কী কুন্থ্রানিথোইগী অমদি হুম্ফুমরিনচিংবগী তাঞ্চপকী মিহুলশিং লৈখ্রী। মসিবু মথক মখা ওন্থোক্লনা অচৌবা অরাওবা তালগী মিহুল অমদগী মথং মথং চপথরক্লুনা তাস্মিৎ অমত্তংগী ঘাত ফাওবা হায়বদি হায়গৎহনবা মতম য়াওদনা চপ লেপখিবা তাম্থা অমা ফাওবা তংখায় তংখায় চপথরকপা য়াবা তালগী মিহুলশিংগী কাংলুপ্পী হায়দুনা মাবু তাঞ্চপকী কাংলুপ হায়না কৌনরকখিবনি।

তশেংনমক তাঞ্চপ হায়বসি তাল অমা নত্রি। মাদি তালগী মিহুল কাংলুপ অমগি মমিংনি। অদুগুম্বা কাংলুপকী মিহুল অমা খল্লগা মদুনা তালগী মিহুল ওইহন্দুনা শেম্নীংবা তালগী মশক মওং শেমগদৌরিবনি। অদুবু তালগী মিহুলবু মশক খঙবা ঙম্লবদা তালদুবু মশক খঙবা হৌরকএ লৌনবদগী তাঞ্চপকী মিহুলশিং অসিবু তাল অমগুম অদুম খঙনদুনসু চৎনরক্লি।

## তাঞ্চপ মপী মচা তরুক

তাম্মিৎ অনিগী মীহুল, অহানবা ধ্রুব অসিবু তাঞ্চপকী কাংলুপ অসিগী অহানবনি হায়দুনা মাবু মপী হায়নসু খঙনৈ। অসিগুম্বা তাঞ্চপ মপী অসিদগী অহানবা থোন্দোরক্লিবা তাম্মিৎ মরিগী ঘাতকী মিহুলবুনা তাঞ্চপ মচা হায়না মহৌশাদগী খঙনরকই। অসুম্না মথং মথং তাম্মিৎ নিপালগী ঘাতকী মিহুলবুনা তাঞ্চপ অচৌবা, তাম্মিৎ তরাতরুক্কী ঘাতকী মিহুলবুনা তাঞ্চপ অফৈবা, তাম্মিৎ কুন্থানিথোইগী ঘাতকী মিহুলবুনা তাঞ্চপ অরাওবা অমসুং তাম্মিৎ হুম্ফুমরিগী ঘাতকী মিহুলবুনা তাঞ্চপ অফাকপা হায়না মহৌশাদগী খঙনরকই। অসুম্না তাঞ্চপ মপীদগী তাঞ্চপ অফাকপা ফাওবগী খেন্ন খেন্নবা তাঞ্চপকী মিহুল মখল তরুক অসিবু তাঞ্চপ মপী মচা তরুক হায়নসু খঙনরকই।

ময়েক্কী ওইনা থোন্দোকপা য়াবগীদি তরুক অসিগী মখা তানা তাম্মিৎ কয়া কয়াগী ঘাতকী তাঞ্চপকী মিহুল লৈহনখিবা য়াফম থোকই। অদুবু তাম্মিৎ হুম্ফুমরিগী ঘাতকী মথং থোন্দোরক্কদবা ঘাতকী মিহুলদি তাইবং মীওইবনা শিজিন্নবদা ৱারগদবা ওইবনা মহৌশাদগী হৌনা অদুগুম্বা ঘাতকী তালগী মিহুলবু লৌখত্তুনা শিজিন্নরক্তে।

অমরোমদা তাঞ্চপ মচা অসিমক তাঞ্চপ মপিগীদি সেতু ঘাতকী মিহুলনি। অদুগা তাঞ্চপ অচৌবনা মাগী বেদি ঘাতকী মিহুলনি। অদুগা অমরোমদা অমুক তাঞ্চপ অচৌবা অসিমক তাঞ্চপ মচাদগী লৌরক্লগা মাগী সেতু ঘাতকী মিহুলনি। অসুম্না ঘাত অমগী সেতু, বেদিনচিংবা লৌরকপা অসিগা তাঞ্চপকী মিহুল কাংলুপপু মথং মথং মমিং থোল্লকপা অসিগা অনিসিদা করিগুম্বা মওংদা মরি থাংনহল্লক্তে।

## তাঞ্চপ মপী, মচা অমসুং অচৌবা

তাঞ্চপ মপী মচা তরুক অসিগী মমিং মথং মনাও অসিদি ঘাতশিং অসিবু থারিবা খুৎথাদগী খঙনরকখিবা মমিং মথা ওইনা তৌই। তশেংনমক তাঞ্চপ মপীগী ঘাত অসি খঙনবা হোৎনবদা য়াম্না অভ্যাস চংবা মীওইবনা তরাই তরাই পাক হেক থাবা ঙমদবা ঘাতকী মিহুল ওই। মপী অসিবু খঙথ্রবদি

মঙোন্দগী অনিরক থোন্দোরকপা অসি লায়না থাবা, নৎত্রগা ফাবা ঙম্লগনি। মিহুল অসি তশেংনমক মপীদগী অহানবা পোকপা মচানি। অদুনা মাবু তাঞ্চপ মচা হায়না খঙনরকপনি। তাঞ্চপ মচা অসিদগী অনিরক থোন্দোকহল্লগা তান্মিৎ নিপাল চনবা ঘাতকী তাঞ্চপমিহুল ওই। মিহুল অসিমদি খরা লাওরপ তৌবনা থাবদা য়াম্না কোম্বা অমদি পুক্লিংনা লায়না মশক লাকপা ঙম্বা খরা চাওবা ঘাতকী তাঞ্চপ মিহুল ওই। অদুনা মাবু তাঞ্চপ অচৌবা হায়না শিজিন্নবশিংনা খঙনরকখিবনি।

## তাঞ্চপ অফৈবা

তাঞ্চপ অচৌবগী মিহুলগী অনিরক থোন্দোকহল্লগা তান্মিৎ তরাতরুক চনবা ঘাতকী তাঞ্চপ মিহুল অসি শেম্লকই। মতাং অসিদদি ঘাত অসি লাওমনবনা মীওইবনা ইহোৎ হোৎনদনা তাপ্ হেক থাবা লুরকই। অমদি পুক্লিংনা ঘাত অসিবু মপা লাক্লা খঙবদসু অরুবা অমা লোইনরকই। মরম সিদগী অসিগুম্বা ঘাতকী তাঞ্চপ মিহুল অসিবু মমাংগী তাঞ্চপ অচৌবগী মীহুলগী খুৎথাবু অনিরক লৌরগা অমদা তাম্থা থারগা অমনা ফৈনা হায়দোক্লুনা থম্লগা হোৎনরগদী খরা হেন্না লায়না থাবা অমসুং পুক্লিংনা মপা লাকপা ঙম্ব ওইবদগী মাবু তাঞ্চপ অফৈবা হায়না শিজিন্নবশিংনা খঙনরকখিবনি।

## তাঞ্চপ অরাওবা

তাঞ্চপ অফৈবদগী অনিরক থোন্দোকহল্লবা ঘাতকী তাঞ্চপ মিহুলবু তাঞ্চপ অরাওবা হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা মিহুল অসি তান্মিৎ কুন্থ্রানিথোই চনবা ঘাতকী মিহুল ওইবনা য়াম্না লাওরবা, য়াম্না তপথরবা মীওইবনা ইহোৎ হোৎনদনা তাপ হেক থাবা য়ারোইদবা অমসুং পুক্লিংনা মিহুল অসিগী ঘাতকী মপা লাকপদা ৱারগদবা অমনি। অদুবু মিহুল অসিবু চুম্না লান্দনা থাবা ঙম্নবা উপাইশিংগী মরক্তগী অমদি মমাংগী তাঞ্চপ অফৈবগী মিহুলদা তৌখিবগুম তাঞ্চপ অচৌবগী মিহুলনা মরিরক লৌরগা অমনা মাংদা থারগা লেমহৌবা অহুম্না নাক য়েৎ অমসুং মাংদা ইকোই কোয়না লাওনা হাইদোক্লুনা থম্বনি। অসুম্না কোয়না লাওনা মপা লৌরগদি ঘাত অসিগী মিহুল অসি থাবদা লাইরকই

অমসুং পুক্লিংনা চপ চানা খঙ্ননবা হোৎনবদসু অচৌবা মতেং ওইরকই। মতৌ অসুম্না ঘাত অসিবু শিজিন্নবীবশিংনা মাবু লাওনা মপা লৌদুনা থাবা ঘাতকী তাঞ্চপ মিহুলনি হায়দুনা তাঞ্চপ অরাওবা হায়না খঙনরকই।

### তাঞ্চপ অফাকপা

তাঞ্চপ মিহুলশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী চাওবা মিহুলদি তান্মিৎ হুম্ফুমরিচনবা ঘাতকী মিহুল অসিনি। মসি তাঞ্চপ অরাওবনা অনিরক থোন্দোকহল্লগা শেল্লকপা মিহুলনি। ঘাত অসিসু লাওমনবনা অমদি চাওমনবনা, মীওইবনা লাক্লবা ৱারবা থাবা লুরবা অমসুং পুক্লিংনা মপা লাকপা লায়দবা তাঞ্চপকী মিহুল মখল অমা ওই। অদুনা মাবু খঙবা ঙম্ননবগীদমক্তা অমসুং থাবা ঙম্ননবগী উপায় হায়ববু মমাংগী মতৌগুম তাঞ্চপ অচৌবগী ঘাতকী মিহুলবু নিপাল্লক হন্না লৌরগা অমা থাবা অদুগা অতৈনা হাংহনবা অসিনি। মতাংসিদসু অহাংবশিংনা মশিং য়ামনবনা হোৎনগদৌরিবাশিংদা অৱাবা অমা মায়োকনহনগদৌরি। অদুবু মমাংগী তাঞ্চপ অরাওবদা তৌথিবগুম মাংদা অমা থারগা ইশারোমদা অমা হায়দোকপা, অদুদগী ময়ায়দগী অমমুক লৌরগা নাক্তা য়েত্তা অমু-মুক হায়দোকপা অদুগা অরোয়বদা ময়ায়দগী অমুক লৌরগা মাংলোমদা অমুক হায়দোক্লুনা য়োমদুনা পুরকপা চয়োম অমা মাংদা থারগা ফাকতোকপগুম হায়বদি ময়ায়দগী মচিন লৌরগা ইশারোমদা, নাক য়েক্তা অমসুং মাংদা ফাকপগুম অমদি থারগা তরেৎনা হায়দোক্লুনা হোৎনরগদি খরমখৈ লায়থোকহন্নবা উপাই ওইনরকই। অসুম্না চয়োম ফাকতোকপগুম ফাক্লুনা হোৎনরগা মিহুল অসিবু লাক্লবা ঙম্বদগী মাবু তাঞ্চপ অফাকপা হায়না খঙনরকখিবনি।

### মেনকুপ

অনিসুবা ধ্রুবগী তালগী মিহুলদগী মথং মথং থোন্দোকহন্দুনা চাওথোরকখীবা ঘাতশিংগী তালগীমিহুল পুন্নমকপু পুল্লপ্না মেনকুপকী কাঙলুপ হায়না মহৌশাদগী খঙনরকই। তান্মিৎ অহুমগী মিহুলবু অনিরক লৌরগা তান্মিৎ তরুক্কী ঘাতকী মিহুল ওই, মসিনা খাঙলুপসিগী অহানবা থোন্দোরকপা মিহুলনি।

মাবু অনিরক লৌদুনা মখা তানা থোন্দোকহল্লগা তান্মিৎ তরানিথোইগী ঘাতকী মিহুল ওই; মসিনা অনিরকসুবা থোন্দোরক্লবা কাংলুপসিগী মিহুলনি। মথং অমুক মখা তানা থোন্দোকহল্লগা তান্মিৎ কুমগামরিগী ঘাতকী মিহুল ওই। অসুম্না মথং মথং থোন্দোকহন্দুনা তান্মিৎ নিফুনিপাল অমসুং মরিফুতরাতরুক্কচিংবগী ঘাতকী মিহুলশিং লৈরকই। ময়েক্কী ওইনা থোন্দোকপা য়াবগীদি মথং মথং ঘাত কয়া কয়াগী মিহুল ফাওবা ফংনা থোন্দোকপা য়ারবসু তান্মিৎ মরিফুতরাতরুক্কী ঘাত অসিগী মিহুল অসিদগী মখা তাথরকপা মিহুল মখৈদি তাইবং মীওইবনা শিজিন্নবদা ৱারগদবা ওইবনা মহৌশাদগী লৌখৎনরক্তে: মরমসিদগী তান্মিৎ অহুমগী ঘাতকী মিহুলদগীনা তান্মিৎ মরিফুতরাতরুক্কী ঘাতকী মিহুল ফাওবগী তালগী মিহুল তরুক অসিখকতংবু কাংলুপ অসিগী ওইনা লৌখত্তুনা লাইহাকথক্তগী শিজিন্নবা চৎনরকই।

তশেংনমক কাঙলুপ অসিগী মিহুলশিংবু মেল হায়বা তাল মখল কয়াদুগী মনুংদগী খ্বাইদগী কুপ্পা মেলগী মশক্কা পাংখক ওই হায়দুনা মেনকুপ হায়না আদি গুরুজোনশিংনা থোনবীরম্বমক্কী। অদুম ওইনমক মেনকুপ হায়বসি তাল অমদি নত্রি। মাদি তালগী মিহুল কাঙলুপ অমগী মমিংতনি। কাংলুপ অসিদগী অপাম্বা মিহুল অমা খল্লগা মদুনা মচাং ওইহন্দুনা শেম্নিংবা তালগীমশক মওং কয়াবু শেমগদৌরিবনি। অদুম ওইনমক তাল অমবু মশক খন্দোকপদা অহানবামক্তদা তালগী মিহুলবু খন্দোকপা তঙাইফদবা মেনকুপকী মিহুলশিং অসিবুসু তাল অমগুম খঙনদুনসু মচৎনরক্নি।

## মেনকুপ মপী মচা তরুক

তান্মিৎ অহুমগী ঘাতকী মিহুল, অনিসুবা ধ্রুব অসিবু মেনকুপ কাঙলুপকী অহানবনি হায়দুনা মাবু মেনকুপ মপি হায়নসু খঙনরকই। অসিগুম্বা মেনকুপ মপী অসিদগী মথং মথং থোন্দোক্লীবা মেনকুপকী মিহুল মঙাবু মাগা থারগা পুন্না মেনকুপকী মপী মচা তরুক হায়নসু লাই হাকথক্তগী খঙনরকই। অমদি তাঞ্চপকী মতাংদা মখোয়বু মমীং মথা অমমমগা লোয়ননা খঙনখীবগুম মেনকুপকী মিহুলশিংদসু চপ মান্নবা মমিং মথা শিংনা অদুমক খঙনরকই। খুদম ওইনা তান্মিৎ তরুক্কী ঘাতকী মিহুলবুনা মেনকুপ মচা অদুগা তান্মিৎ

তরানিথোয়গী ঘাতকী মিহুলবুনা মেনকুপ অচৌবা হায়না অদুম খঙনরকই। অসুম্না মথং মথং তান্মিৎ কুনমরিগী ঘাতকী মিহুলবুনা মেনকুপ অফেবা, তান্মিৎ নিফুনিপালগী ঘাতকী মিহুলবুনা মেনকুপ অরাওবা অমসুং তান্মিৎ মরিফুতরাতরুক্কী ঘাতকী মিহুলবুনা মেনকুপ অফাকপা হায়না খঙনরকই। মেনকুপ মপীগী ঘাত অসিবু খঙননবা হোৎনবদা তরাই-তরাইদবা, হন্ন হন্না হোৎনবা চঙবা, অভ্যাস তৌদ্রবদি পাক হেক খঙবা ঙমদবা মখলগী মিহুল ওই। মপী অসিবু খঙগ্রবদি মখা তাবা অতৈদি মঙোন্দগী পাদম লৌরগা থাবা লায়রগনি।

## মেনকুপ সেতু

মেনকুপ মচা অসিমক মেনকুপ মপীগীদি সেতু ঘাতকী মিহুলনি। অদুনা মিহুল অসিবু সিজিন্নবা তালবু কনাগুম্বাশিংনা মেনকুপ সেতু হায়নসু অদুম মখঙনৈ। তশেংনমক্কী মমাংদা সেতু, বেদি অমসুং লম্বী ঘাতকী মতাংদা নৈনখিবগুম অহুম অসিদি অকক্নবা ঘাত অমদগী হেক্তমক মথং মথং লৌবা য়াবা অমগা অমগা থানবা য়াদনা মরি থাংনবা ঘাত অহুমগী মমিংশিংনি। মখোয়গা মেনকুপ মপী মচা তরুক অসিগা করিগুম্বা মওংদা মরি লৈনবা নত্রি।

## মিশ্র

অহানবা ধ্রুবদগী মথং মথং থোন্দোরকখিবা তালগী মিহুলশিংবু পুল্লপনা তাঞ্চপকী কাংলুপ অমদি অনিসুবা ধ্রুবদগী মথং মথং থোন্দোরকখিবা তালগী মিহুলশিংবুনা মেনকুপকী কাংলুপ হায়না খঙনখরে। অসুম্না মথং অহুমসুবা, মরিসুবা অমসুং মঙাসুবা ধ্রুবশিংদগী থোন্দোরকখিবা তালগী মিহুল কয়া অমসু লৈরকই, মখোয়বুনা পুল্লপ্পা মিশ্রগী কাংলুপ হায়না মহৌশাদগী খঙনরকই। মিশ্র হায়বা ৱাহৈসি সংস্কৃত ৱাহৈনি, মাগী অর্থনা য়ানশিন্নবা হায়বনি। তাঞ্চপ অমসুং মেনকুপকী ঘাতশিং য়ানশিন্নবদগী অসিগুম্বা ঘাতশিং অসি ওইরকখিবনি হায়বগী অর্থদা মখোয়বু মিশ্র হায়না খঙনরকখিবনি। খুদম ওইনা তাঞ্চপ মপীগা মেনকুপ মপীগা অনিগী ঘাতশিং য়ানশিন্নরগা তান্মিৎ মঙাগী অহুমসুবা ধ্রুব

অসি শেম্নকখিবনি হায়না লৌবা য়ায়। মতৌ অসুম্না মরিসুবা ধ্রুব অমসুং মঙাসুবা ধ্রুব অনিসিসু তাঞ্চপ অমসুং মেনকুপকী ঘাতশিংনা য়ানশিন্নরগা শেম্নকখিবনি হায়না লৌবসু য়ায়। মরমসিদগী ধ্রুব অহুম অসিদগী থোন্দোকহন্দুনা শেম্নকখিবা তালগী মিহুল পুম্নমকপু মিশ্র হায়না খণ্ডনরকখিবনি।

## অহানবা মিশ্র

অহুমশুবা ধ্রুবগী তালগী মিহুলদগী মথং মথং থোন্দোরক্লিবা ঘাতশিংগী তালগী মিহুল পুম্নমকপু পুল্লপ্না অহানবা মিশ্রগী কাংলুপ হায়না মহৌশাদগী খণ্ডনরকই। তাম্মিৎ মঙাগী ঘাতকী মিহুলবু অনিরক লৌরগা তাম্মিৎ তরাগী ঘাতকী মিহুল ওই মসিনা কাংলুপশিগী অহানবা থোন্দোরকপা তালগী মিহুলনি। মাবু মখা তানা অনিরক লৌদুনা থোন্দোকহল্লগা তাম্মিৎ কুনগী ঘাতকী মিহুল ওই। মসিনা অনিরকসুবা থোন্দোরক্লবা কাংলুপসিগী তালগী মিহুলনি। মঙোন্দগী মখা তানা অনিরক অমুক থোন্দোকহল্লগা তাম্মিৎ নিফুগী ঘাতকী মিহুল ওই। মসিনা অহুমলকসুবা থোন্দোরক্লবা কাংলুপসিগী তালগী মিহুলনি। অদুগা মথং মরিরকসুবা থোন্দোরকপা কাংলুপসিগী তালগী মিহুলনা তাম্মিৎ মরিফুগী ঘাতনি মসিগী মখা তাবদি থোন্দোকপা য়ারবসু মীওইবনা লাক্লবা ঙমদবা লাওমনবা ঘাতকী মিহুল ওইবনা পুং ঈশৈ জগোইগীদমক্তা লাই হাকথক্তগী লৌখৎনরক্তে। মতৌ অসুম্না তানচপ অমসুং মেনকুপকী কাংলুপকী মিহুলশিংদা মপী মচা তরুক্কী তালগী মিহুলশিং লৈবগুম অহানবা মিশ্রগী কাংলুপ অসিদদি লৈবা ঙমদে। অদুনা অহুমসুবা ধ্রুবগা কোন্ননা তালগী মিহুল মঙা অসিখক্তংবু অহানবা মিশ্রগী কাংলুপ হায়না খণ্ডনরকই।

## অনিসুবা মিশ্র

মরিসুবা ধ্রুবগী তালগী মিহুলদগী মথং মথং থোন্দোকহল্লক্তুনা চাওথোকহল্লকখিবা ঘাতশিংগী তালগী মিহুলশিংবু পুল্লপ্না অনিসুবা মিশ্রগী কাংলুপ হায়না মহৌশাদগী খণ্ডনরকই। মরিসুবা ধ্রুবগী মিহুলসি তাম্মিৎ তরেৎকী ঘাতনি। অসিগুম্বা ঘাত অসিবু অনিরক থোন্দোকহল্লগা তাম্মিৎ তরামরিগী

ঘাত ওই। অসিগুম্বা ঘাতকী তালগী মিহুল অসিনা কাংলুপ অসিগীদি অহানবা থোন্দোরকপা তালগী মিহুলনি। মাবু মথং অনিরক লৌদুনা তাম্মিৎ কুন্নীপালগী ঘাতকী মিহুলবু শেম্মী। মসিনা কাংলুপসিগী অনিসুবা থোন্দোরকপা মিহুলনি। মতৌ অসুম্না কাংলুপসিগী অহুম্লকসুবা থোন্দোরক্লবা তালগী মিহুলদি তাম্মিৎ য়াম্ফৈতরুক্কী ঘাতকিনা ওই। মসিগী মখা তানা মথং মথং কয়ারক হন্না থোন্দোকহন্দুনা শেম্বা তালগী মিহুল কয়া কয়া লৈখিবা য়ারবসু মখোয়বু মীওইবনা শিজিন্নবদা লাক্কবা ৱাবনা মরম ওইদুনা মহৌশাদগী লৌখৎনরক্তে মরম অদুনা অনিসুবা মিশ্রগী তালগী মিহুলশিং হায়রগা মরিসুবা ধ্রুবগী মিহুলগা কোন্ননা মঙোন্দগী থোন্দোরকপা তালগী মিহুল অহুমগা পুন্না মিহুল মরিখক অসিতবু মহৌসাদগী খঙনরকই।

## অহুমসুবা মিশ্র

মঙাশুবা ধ্রুবগী তালগী মিহুলগী মথং মথং থোন্দোকহল্লক্তুনা চাওথোকহল্লকখিবা ঘাতশিংগী তালগী মিহুলশিংবু পুল্লগা অহুমসুবা মিশ্রগী কাংলুপ হায়না খঙনরকই। মঙাশুবা ধ্রুবগী মিহুলসি তাম্মিৎ মাপলগী ঘাতনি। অসিগুম্বা ঘাত অসিবু অনিরক থোন্দোকহল্লগা তাম্মিৎ তরানিপালগী ঘাত ওই। অসিগুম্বা ঘাতকী তালগী মিহুল অসিনা কাংলুপ অসিগীদি অহানবা থোন্দোরকপা তালগী মিহুলনি। মাবু মখা তানা অনিরক অমুক লৌদুনা তাম্মিৎ কুষ্থাতরুক্কী ঘাতকী মিহুল শেমই। মসিনা কাংলুপসিগী অনিশুবা থোন্দোরকপা মিহুলনি। মতৌ অসুম্না কাংলুপসিগী অহুম্লকসুনা থোন্দোরক্লবা তালগী মিহুলদি তাম্মিৎ হুম্ফুতরানিথোইগী ঘাতকীনা ওই। মসিগী মখা তানা মথং মথং কয়ারক হন্না থোন্দোকহন্দুনা শেম্বা তালগী মিহুল কয়া কয়া লৈখিবা য়ারবসু মখোয়বু মীওইবনা শিজিন্নবদা ৱাবা মরম্না মহৌশাদগী লৌখৎনরক্তে। মরম অদুনা অহুমসুবা মিশ্রগী তালগী মিহুলশিং হায়রগা মঙাসুবা ধ্রুবগী মিহুলগা কোন্ননা মঙোন্দগী থোন্দোরকপা তালগী মিহুল অহুমগা পুন্না মিহুল মরিখক অসিতবু মহৌশাদগী খঙনরকই।

## তালগী মিহুল কাংলুপ মঙা

ধ্রুব মঙাদগী মথং মথং থোন্দোকহন্দুনা ওইরকখিবা তাঞ্চপ, মেনকুপ অমসুং মিশ্রগী মিহুল শিংবু সুপ্না তালগী মিহুল কাংলুপ মঙা হায়না খঙনরকই;

মখোয়বু মখাগী খুদম অসুন্না ইথোক্তুনা থম্মসু য়ায় ঃ-

### তালগী মিহুল কাংলুপ মণ্ডা

| তাঞ্চপকী | মেনকুপকী | অহানবা মিশ্রগী | অনিশুবা মিশ্রগী | অহুমসুবা মিশ্রগী | |
|---|---|---|---|---|---|
| কাংলেপ | কাংলেপ | কাংলেপ | কাংলেপ | কাংলেপ | |
| ২ | ৩ | ৫ | ৭ | ৯ | — ধ্রুব |
| ৪ | ৬ | ১০ | ১৪ | ১৮ | — সেতু ঘাত |
| ৮ | ১২ | ২০ | ২৮ | ৩৬ | — বেদি ঘাত |
| ১৬ | ২৪ | ৪০ | ৫৬ | ৭২ | — লম্বী ঘাত |
| ৩২ | ৪৮ | ৮০ | | | |
| ৬৪ | ৯৬ | | | | |

(মপী মচা তরুক)

## সংকীর্ন মিহুলগী কাংলুপশিং

মথক্তা লৈখ্রিবা ধ্রুব মণ্ডা অসিদগী মথং মথং থোন্দোকহন্দুনা শেমখিবা তালগী মীহুল কাংলুপশিং অসিদগী থোইদোক হেন্দোক্লা ঈশৈ জগোইদা তাংনা শিজিন্নবা, অতৈ তালগী মিহুলগী কাংলুপ খরগসু লৈরি। মখোয়বু মথক্কী ধ্রুব মণ্ডাসিদগী হেন্না চাওবা অতৈ ধ্রুবসিংদগী শেমলকখিবা তালগী মিহুল ডাক্তনি। খুদম ওইনা তানমিৎ তরামাথোই, তরাহুমদোই, তরাতরেৎনচিংবগী ঘাতকী ধ্রুবশিং কয়া মথং মথং লৈখ্রি। মখোয়শিং অসিদগী শেন্নকপা তালগী মিহুলগী কাংলুপ পুন্নকপু পুল্লপ্মা সংকীর্নগী মিহুলশিং হায়না খণ্ডনরকই।

অহান্নবা সংকীর্নগী কাংলুপ অসি তাম্মিৎ তরামাথোইগী ঘাত্তগী মথং মথং অনিরক অনিরক থোন্দোকহন্দুনা তাম্মিৎ কুন্নীথোই, নিফুমরি অমসুং মরিফুনিপাল ফাওবগী ঘাতকী তালগী মিহুলশিংবু মীওইবনা শিজিন্নবা ঙম্বগী

চাংদা লৌখৎলি। মরমদুনা তালগী মিহুল মরি অসিতংবু সংকীর্নগী অহানবা কাংলুপ হায়না খঙনরকই। মসিগী মতুং তারকপা সংকীর্নগী অনিসুবা কাংলুপ্না তাম্মিৎ তরাহুমদোইগী ধ্রুবদগী মথং মথং অনিরক অনিরক থোন্দোকহল্লগা শেম্বা তাম্মিৎ কুনতরুক অমসুং য়াঙ্খৈনিথোইগী ঘাতকী তালগী মিহুল অনিগা পুন্না মিহুল অহুমদংগী কাংলুপ ওই। অহুমসিগী মখা থোন্দোরকপা তালগী মিহুলদি মীওইবনা শিজিন্নবা ঙম্বা চাংগী ৱাংমদা লৈখ্রে হায়না লৌদুনা লৌখৎনদ্রে। অসুম্না মখা তাথরকপা তাম্মিৎ কুনহুমদোই ফাওবগী ধ্রুবশিংদা কাংলুপ খুদিং তাম্মিৎ অহুম অহুমদগী হেন্না লৌখৎপা ঙন্নক্তে। ৱাফমসিনা তাকপদি অহানবা সংকীর্ন কাংলুপ অসি নৎতনা অতৈ মখা তাথরকপা কাংলুপশিংদি তালগী মিহুল অহুম অহুমদংনা কাংলুপ শারকই হায়বনি। ৱাফম অমরোমদা অমুক হায়রগনা অহানবা সংকীর্নগী কাংলুপসি নত্তনা অতৈ সংকীর্ন পুন্নমক্তগী মাগী মাগী ধ্রুবদগী লম্বীঘাত য়ৌনা চাওথোকপা অমত্তা ঙমদে হায়বনি।

করিগুম্বা তাল অমনা ইষ্ট দেবতাশিংগী পুজানচিংবগী থবক থৌরম অমা পাংবদা তাল অদুগী সেতু, বেদি অমসুং লম্বীঘাত অহুম্মক সুনা শিজিন্নবা তঙাইফদবা লৈবনা অসিগুম্বা লম্বী ঘাত য়ৌনা চাওথোকপা ঙমদবা সংকীর্নগী মিহুলশিংবু অসিগুম্বা থবক থৌরমশিংদা লাই হাকথক্তগী লৌখৎনরমদবনি। সংকীর্ন মিহুলশিংনা পুজাগী হিরমদা চংউবা য়াহন্দবসি বৈদিক যুগতগী চৎনরকপদা নত্তনা পুশিল্লুবদা য়াম্না শোইনিংঙাই ওইবা দোষ লংজনবা ওইবা মরম কয়াসু লৈবদগীনি। মণিপুরগী সংকীর্ত্তনগী পরমপরাদা অসিগুম্বা সংকীর্ন মিহুলগী তালশিংবু সুপ্নতগী স্বাধিনগী মতমদা পুশন্দুনা শিজিন্নবা চৎনরকই।

সংকীর্ন হায়বা সংস্কৃত ৱাহৈ অসিগী অর্থনসু অচৌবা, লাওমনবা, মচু শেংদ্রবা, য়াম্না য়ানশিন্নরবা, মশক খঙবা ৱারবা, জাতি কাংলুপ তাকপা ঙমদ্রবনচিংবগী ৱাহনথোক্তা শিজিন্নৈ। অসুম্না ঘাত লাওমন চাওমনবনা শিজিন্নবদা ৱারবা তালগী মিহুলশিংবু সংকীর্ন হায়না লাই হাকথক্তগী খঙনরকইবনি। মখাদা সংকীর্ন মিহুলশিংগী কাংলুপ্পু খুদমগা কোন্ননা ইথোক্নুনা থন্নী।

## সংকীর্ন মিহুলগী কাংলুপশিং

| অহানবা কাংলুপ | অনিশুবা কাংলুপ | অহুমশুবা কাংলুপ | মরিশুবা কাংলুপ | মঙাশুবা কাংলুপ | তরুকশুবা কাংলুপ | তরেৎশুবা কাংলুপ | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১১ | ১৩ | ১৫ | ১৭ | ১৯ | ২১ | ২৩ | — ধ্রুব |
| ২২ | ২৬ | ৩০ | ৩৪ | ৩৮ | ৪২ | ৪৬ | — সেতু ঘাত |
| ৪৪ | ৫২ | ৬০ | ৬৮ | ৭৬ | ৮৪ | ৯২ | — বেদি ঘাত |
| ৮৮ | | | | | | | |

মঙাশুবা মতাং

# এক্‌পদী এক্‌তাল তাঞ্চপ্‌, মেনকুপ, মেনকুপ অচপ্পা অমসুং মিশ্র অচপ্পাশিং

## পাদ

তালগী মিহুল খুদিং নোংমা হায়বসিগী মহুৎ শিনবা মশক্কি, মঙোন্দা অয়ুক-নুংদাংগী (অহোরাত্র), হায়বদি নুমিৎ থোকপা অমসুং তাবগী মশক ওইনা হাইগৎ হায়থা হায়বসি য়াওদুনা লৈ। নুমিৎ থরনিনা থাবুম অমা শাবগুম, তালগী মিহুল থরা পুনশিনলগা পাদ অমবু শাই। অদুনা পাদ হায়বা অসিমকসু থাবুম অমগী মশকপু চপ চানা মহুৎ শিনহল্লিবা খুৎশেম অমনি। থাবুম অমদা থাসি (কৃষ্ণপক্ষ) থানৌ (সুক্লপক্ষ) হায়দুনা মশিং চপ মান্নবা থবানশিংগী খায়বোক অনি য়াওবগুম পাদ অমবুসু মশিং মান্নবা তালগী মিহুল কাংলুপ অনি থম্‌দুনা শেম্‌ই। অসুম্না থাবুম অমগী মহুৎ শিন্না মীওইবগী খুৎশেম অমগী মশক ওইরিবা পাদ হায়বা অসি শিজিন্নফমগী মতুং ইন্না অচৌ-অপিক মখল মখা কয়া কয়াদা শেম্নে। মরম অসিদগী খ্বাইদগী পিকপা পাদ অমদা য়ামদ্রবদা তালগী মিহুল অনিদি তঙাই ফদনা য়াওহল্লি। মসিদগী হৌদুনা তালগী মিহুল মরিগী, তরুক্কী, নিপালগী, তরাগী অসুম্না পাদগী মখল মখা কয়া কয়া লৈখ্রি। অদুবু মীওইবনা মতম পুম্নমক্তা থোঙ অনিনা লেপ্পগুম অদুগুম্বা পাদ খুদিংমক খোঙফম অনিগুম খায়বোক অনি থোক্লা খায়দোক্লুনা থম্লগা শেম্নে।

## য়েৎ অমসুং ওই

পাদশিংনা থাবুমশিংগী মহুৎ শিনবা খুৎশেম ওইহল্লগ, য়েৎ-ওই হায়না মফম অনি থোক্লা থম্লগা, চহি অমগী মতমবু কুম্বী-কালেন (উত্তরায়ন,

দক্ষিনায়ন) হায়দুনা অনিথোক্লা খায়বগুম তাল অমগী মশকপু শেমগৎনরকই। চহি অমা হায়বসিমক পৃথিবীগী মতমগীদি অরেপ্পা মশক্নী, মঙোন্দা প্রকৃতীগী শক্রোন সুনা তিল্লী। অসুন্না তাল হায়বসি মীওইবনা নিরুপন তৌদুনা শেমজবা মতমগী শং-শংবা মুর্ত্তী ওইহল্লি।

তাল অমবু য়েৎ অমসুং ওই হায়না কালুপ অনি থোক্লা খায়দোক্তুনা থম্বা অসিনা মীওইবশিংনা (লৌকিক্তা) শিজিন্নরিবা তালশিং অসিবু লায়না মশক তাক্লনবা য়াম্না মরুওইবা পাদম অনিসু ওইহল্লি। অনি অসিগী মতেংনা তাল অমগী হৌফম অমসুং লোইফম য়াম্না ময়েক শেংনা তাকলকই। লোয়ননা তাল অমগী অচৌ-অপিকপুসু অনিসিগী মতেংদগী লায়না খঙবা ঙমহল্লি। য়েৎকী শরুক অসিদা তালকোক, অতৈ তাম্বাশিং অমসুং হাইদোকপনচিংবশিং য়াওরি লোয়ননা ওইগী শরুক্তসু য়েৎতা য়াওরিবশিং অদুগা মশিং চপ মান্ননা তালকোক, তাম্বা অমসুং হাইদোকপশিং য়াওরি। মরমসিদগী তালগী অশেংবা মশক্তী য়েৎকী শরুক্লা মরোমদোম মপুং ফানা ফোংদোকচখ্রবনি। অদুবু ওইগী শরুক্লা হন্না অমুক থাদুনা তাল অদুগী মশকপু ময়েক শেংদোকহল্লগা য়েৎকী তালকোক্তা পুং, ঈশৈ, জগোয়না পুন্না থামিন্নৈ। লোয়ননা য়েৎ অমসুং ওই অনিদা তাম্বা অমসুং হায়দোকপা কয়া মশিং মান্ননা চল্লবসু তালগী মশক তাকপদদি অহানবা থেনখাংগী ওইনা তাম্বাশিংনা হেন্না মরু ওইরকই হায়বদি য়েৎকী শরুক্তা চনলিবা তাম্বাগী মশিংদগী তালগী মমিং থোন্নরকই।

পুং, ঈশৈ অমসুং জগোয়নচিংবদা তালগী য়েৎ অমসুং ওই হায়বা পাদম অনিসি অসুপকী মতিক মরু ওই। অনিসিনা মরম ওইদুনা তালগী খেন্ন খেন্নবা মশকশিংবু ময়েক শেংহল্লি। থোইদোক্লা য়েৎকী অহানবা তাম্বাবু তালকোক অমসুং ওইগী অরোয়বা মিহুলবুনা তালমৈ হায়না খঙনদুনা তাল খুদিংমক য়েত্তগী হৌরগা য়েত্তা লোই; অমদি তাল অমদগী অতোপ্পা তাল অমদা হোংলগে নৎত্রগা তাল অদুবু লোইরগে, থারগে হায়বা মতমদা ওইদগী ইঙ্গিৎ পীরগা য়েত্তগী খায়দুনা হোংই, নৎত্রগা য়েৎকী তালকোক্তা থায়। অসুন্না তাল অমগী চপ চাবা মশকপু, পুঙলোন্না, ঈশৈনা নৎত্রগা জগোয়না তাক্লকপা

মতমদা মাগী অহৌবা, অরোয়বা, অখায়বা অমসুং অথাবনচিংবশিংবু ময়েক শেংনা থম্নবা হোৎনরকপদা য়েৎ অমসুং ওই হায়বা তাছাগী পাদম, অনিসিগী মতেং নত্তনা অতৈনা ওইথোকহনবা ঙমদে।

## একপদী একতাল

একপদী একতাল হায়বসি খ্বাইদগী পীকপা তালগী মপুং ফাবা মশক অমনি, য়েৎতা পাদ অমা থম্বা অদুগা ওইদা পাদ অমা থমদুনা শেম্বা তালগী মশকপু একপদী হায়না খঙনৈ। অদুগা খ্বাইদগী পিকপা পাদ অমদা তালগী মিহুল অনি চনবা মরমনা, খ্বাইদগী পিকপা একপদী অমগী য়েত্তা মিহুল অনি অমসুং ওইদা মিহুল অনি থমদুনা শেম্বা তাল ওইগনি। য়েৎকী অমসুং ওইগী অহানবা মিহুলশিংদা তাছা অমমম থারগা লেমহৌবা অতৈ মিহুলশিংনা হাইদোক্তুনা থম্বদগী অসিগুম্বা একপদী তালগী কাংলুপশিংবু পুন্না একতাল হায়নসু খঙনরকই। মরম অসিনা একপদী একতাল হায়রগা য়েৎ অমসুং ওইদা পাদ অমমম থম্নগা মখোয়দা তাছা অমমমতমক থাবা তাল মখল মখা কয়া অমগী অপুনবা কাঙলুপ্পু খঙনরকই।

অসুম্না, য়েৎ-ওই অনি খায়না থম্নগা শেমলিবা একপদী একতালগী মশক খরবু মখাগী খুদম অসুম্না ইথোক্তুনা খঙহনবা য়ায় ঃ

(ক) + ◡◡ ।। ০ ◡◡

(খ) + ◡◡◡ ◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡ ◡◡◡

(গ) + ◡◡◡◡◡ ◡◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡◡ ◡◡◡◡◡

তালগী মিহুলশিংগী মথক্তা + খুদম অসি হাপ্পুনা য়েৎকী তালকোক্পু খঙহল্লি; অদুগা ০ খুদম অসি হাপ্লগনা ওইগী তালকোক্পু খঙহল্লি। লোয়ননা তালগী মিহুলশিংগী মরক্তা য়ুংনা চিংথবা চৈথৈ অনি (।।) হাপ্লীবসিনা য়েৎকী শরুক লোয়ফম অদুগা ওইগী শরুক্কীনা হৌফমবু তাক্লী। অতৈ মিহুলশিংনা হায়দোকপা ঙাক্তা ওইগনি। অমদি পাদগী খোঙফম অনিবু মীহুল কাংলুপ অনি থোক্লা খায়দোক্তুনা থম্লীবসিনা খঙহনগনি।

একপদী একতালশিংশি পাদ পিকপা চাওবগী মতুং ইন্না খেন্নহনবতা নৎতনা তালগী মিহুল খেন্নবগী মতিক একপদী একতালশিং অসিবু তালগী কাংলুপ মণ্ডাগী মতুং ইন্না তাঞ্চপ, মেনকুপ অমসুং মিশ্র মখল অহুমগী একপদী একতালশিং হায়না মপুংদা কাংলুপ মণ্ডা থোক্লা চাওখায় খায়দোক্তুনা থম্বা য়ায়।

## একপদী একতাল তাঞ্চপ

একপদী একতাল তাঞ্চপ হায়বসি তাঞ্চপকী ঘাতশিংদা শেম্বা তালশিংনি। তাঞ্চপ মপী, মচা অমসুং অচৌবনচিংবগী খেন্ন খেন্নবা ঘাতশিংদা তাল অসি লৈবা য়ায়। মরমসিদগী একপদী, একতাল তাঞ্চপ হায়বসি তাঞ্চপকী ঘাতশিংদা শেম্বা য়েৎ অমসুং ওইদা তাহ্লা অমমমতমক থাবা তাল মখল কয়া অমগী অপুনবা কাংলুপকী মমিং ওই। অসুম্না একপদী একতাল তাঞ্চপ অমবু চপ চানা মশক তাকপদা কয়াম চাওবা ঘাতকী কয়াম চাওবা পাদনা শেম্বা তালনো হায়দুনা মাইগৈ অনিদগী মশক তাকপা চংই। অদুবু মহৌশাদগী চৎনরকপা ওইনদি সুপ্নতগী ঘাতকী মমিং অদুনা তালগী মমিং ওইনসু অদুম খণ্ডনরকপসিনি, খুদম ওইনা তাঞ্চপ মপী, মচা অমসুং অচৌবা অসিনচিংবা।

অসুম্না খণ্ডনরকপা অসিদা ঘাত অমসুং তাল অনিনা ইপুন পুনশিনন্থিবগুম লৈরক্লী। মসিবু চপচানা লাইরিক ওইনা ইথোক্তুনা তাকপা তারবদি মথক্তা উৎখ্রবা একপদী একতালগী খুদমশিং অদুগী মমাং থানা ঘাত তাকপা খুদম অমা হাপ্লগা লাইনা খণ্ডহনবা য়ায়।

মখাদা খেন্ন খেন্নবা একপদী একতাল তাঞ্চপকী খুদম খরা থম্লি ঃ

## একপদী একতাল তাঞ্চপ মপীশিং

**ঘাত**

২ + ◡◡ ◡◡ ।। ০ ◡◡ ◡◡ — সেতু ঘাত

২ + ◡◡◡ ◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡ ◡◡◡ — বেদি ঘাত

২ + ◡◡◡◡◡◡ ◡◡◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡◡◡ ◡◡◡◡◡◡ — লক্ষ্মী ঘাত

## একপদী একতাল তাঞ্চপ মচাশিং

**ঘাত**

৪ + ।। ০ — সেতু ঘাত

৪ + ।। ০ — বেদি ঘাত

৪ + ।। ০ — লম্বী ঘাত

## একপদী একতাল তাঞ্চপ অচৌবশিং

**ঘাত**

৮ + ।। ০ — সেতু ঘাত

৮ + ।। ০ — বেদি ঘাত

৮ + ।। ০ — লম্বী ঘাত

অসুম্না তাঞ্চপ ঘাত পুন্নমক্কী একপদী একতালশিং লৈখিগনি।

একপদী এক তাল তাঞ্চপশিং অসি য়েৎ অমসুং ওইদা তাম্থা অমমমতমক থাবা মরম্না, মাংদা তাঞ্চপ ঘাতকী মশক তাকপদা থমখিবা ৱাফমশিংগা ইমান মানবগুম নিংহনগনি। মমিং মথানচিংবদা ইমান মানবগুম তৌরবসু অনি অসি য়াম্না চাওনা খেন্নবা হিরম অমমমনি। অমনা ঘাতপু মশক তাকপনি অদুগা অমনা তালবু মশক তাকপনি। ঘাতপু মশক তাকপদা য়েৎকী ওইগী হায়বা ৱাফম চংদে। অদুগা তালগী মশক তাকপদদি অনি অসি তঙাই ফদে। খুদম ওইনা তাঞ্চপ মপী হায়রগা তান্থিৎ অনি চনবা ধ্রুবগী ঘাত অসিবু খঙহল্লি। অদুগা অমুক তাঞ্চপ মপীগী একপদী একতাল হায়রগদি মাগী মিহুল অনিনা য়েৎতা অদুগা অনি অমনা ওইদা থম্বা একতালদগী হৌনা মাগী মিহুল কয়া কয়া চনবা একতাল মখল কয়া অমা লৈবা য়াখ্রি। লোয়ননা খ্বাইদগী পীকপা তাঞ্চপ মপীগী একপদী একতাল অসিমক য়েৎ অমসুং ওইদা মিহুল অনি চনবা মরম্না য়েৎ ওইদা তাঞ্চপ মচা অমমমগী ঘাত অমমম থাবনি হায়না লৌবসু য়াগনি। অসুম্না খ্বাইদগী পীকপা তাঞ্চপ মচাগী একপদী একতাল অসিমক য়েৎ অমসুং ওইদা তাঞ্চপ অচৌবগী ঘাত অমমম থাবনি হায়না

লৌবসু য়াহল্লি। লোয়ন লোয়ননা তাঞ্চপ অচৌবগী ঘাতকী একপদী একতাল লম্বী ঘাত অসি তালগী য়েৎ ওইদা তাঞ্চপ অফাকপগী ঘাত অমমম থাবনি হায়না লৌবসু য়াগনি।

একপদী একতাল তাঞ্চপ মখল মখা কয়ানি, অয়াম্বা মতমদা মখোয়বু তাঞ্চপ ঘাতকী মমিংশিং পীদুনা খঙনরকই। য়েৎতা চল্লীবা তাঞ্চপ ঘাতকী মমিং অদুনা তাল মপুমগী মমিং ওইনরকই। খুদম ওইনা তাঞ্চপ মচা, অচৌবা, অফৈবা, অরাওবা, অফাক্পা অসিনচিংবা। করিগুম্বদসু ঘাতকী মমিংশিং অসিদগী হেন্দোক্নুনা অতোপ্পা মমিং মথা পিদুনা খঙনবসু য়াওরকই। খুদম অমতং মখাদা লৌখৎচরি।

**আড়া**

তাম্মিৎ নিপাল চনবা তাঞ্চপ ঘাতকী মিহুলশিংনা য়েৎ অমসুং ওইদা মিহুল নিপাল নিপাল থমদুনা শেম্বা একপদী একতাল তাঞ্চপ অসিবু আড়া হায়না খঙনরকই। তাল অসি তাঞ্চপ অচৌবগী ঘাতকী মিহুল নিপাল নিপালদা তাম্বা অমমম থাবা মরম্না তাঞ্চপ অফাকপগী ঘাত অনিনা য়েৎ অমসুং ওইদা অমমম থমদুনা শেম্বা তালনি হায়না লৌবসু য়াই। মরমসিদগী মাবু মহৌশাদগী তাঞ্চপ অফাকপা হায়নসু খঙনরকই। খুদম ওইনা মাবু মখাগী অসুন্না ইথোকপা য়াই।

**ঘাত**

৮ + ‿ ‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿ ।। ০ ‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿

তাল অসিবু মিহুল অমদা পুংলোন ময়েক অমদগীনা পুংলোন ময়েক নিপাল নিপাল ফাওবা চলহন্দুনা পুংলোন মখল মখা কয়াদা য়ৈবা য়ায়। মণিপুরগী পুং, ঈশৈগী ওজাশিংনা য়াম্না তোয়না শিজিন্নবা তাল অসিগী পুংলোন অমতং খুদম ওইনা মখাদা লৌখৎচরি।

**ঘাত**

৮ + খিৎ_ ত্র খ্র তক গীন ধিন_     _ _ ধে _ ধিন _ গীন্ন গ্র ।।

০ ধিন_ ত্র খ্র তক গীন ধিন_     _ _ তক_ তাং_ _ _

আড়া হায়বা সংস্কৃত ৱাহৈ অসিমক নিপাল নিপালনা খুজিং ওইদুনা চেংবু ওনননবগী পাদম অসিদগী লৌদুনা থোনখিবা মমিং ওইগনি। চেংবু মুৎ নিপালনা কুঞ্চি অমা, কুঞ্চি নিপালনা পুস্কল অমা অমসুং পুস্কল মরিনা আড়া অমা হায়দুনা ওনবা চৎনৈ। অসুম্না চেং ওনননবগী পাদমসিগা মান্নবা মওংদা তান্নিৎ নিপাল চনবা তালগী মিহুল নিপাল নিপালনা য়েৎ ওইদা থম্বা একপদী একতাল তাঞ্চপ অসিবু আড়া হায়না লাইগুরুজোনশিংনা মমিং থোন্দুনা শিজিন্নবিরম্বা মক্নী। মমিং অসিদা বৈষ্ণব সন্যাসিশিংগী ভিক্ষাগী অচৌবা মমি অমা লোন্না থুপ্না তাহল্লি।

## একপদী একতাল মেনকুপ

একপদী একতাল মেনকুপ হায়বসি মেনকুপকী ঘাতশিংদা শেম্বা তালশিংনি। মেনকুপ মপী, মচা অমসুং অচৌবনচিংবগী খেন্ন খেন্নবা ঘাতশিংদা তাল অসি লৈবা য়ায়। মরমসিদগী একপদী একতাল মেনকুপ হায়বসি মেনকুপকী ঘাতশিংদা শেম্বা য়েৎ অমসুং ওইদা তাম্বা অমমমতমক থাবা তাল মখল কয়া অমাগী অপুনবা কাংলুপকী মমিং ওই। অসুম্না একপদী একতাল মেনকুপ অমবু চপ চানা মশক তাকপদা কয়াম চাওবা ঘাতকী অমসুং কয়াম চাওবা পাদনা শেম্বা তালনো হায়দুনা মাইগৈ অনিদগী মশক তাকপা চংই।

মখাদা খুদম ওইনা একপদী একতাল মেনকুপকী কাংলুপ খরদং থম্লি।

(ক) মেনকুপ মপীগী ঘাত্তগী শেম্নকপা একপদী একতালশিং

**ঘাত**

৩ + ‿‿‿‿ ।। ° ‿‿ সেতু ঘাত

৩ + ‿‿‿‿ ‿‿ ।। ° ‿‿‿ ‿‿ বেদি ঘাত

৩ + ‿‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿ ।। ° ‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿ লম্বী ঘাত

(খ) মেনকুপ মচাগী ঘাত্তগী শেন্নকপা একপদী একতালশিং

**ঘাত**

৬ + ‿‿ ‿‿ ।। ০ ‿‿ ‿‿ — সেতু ঘাত

৬ + ‿‿‿ ‿‿‿ ।। ০ ‿‿‿ ‿‿‿ — বেদি ঘাত

৬ + ‿‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿‿ ।। ০ ‿‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿‿ — লক্ষ্মী ঘাত

(গ) মেনকুপ অচৌবগী ঘাতগী শেন্নকপা একপদী একতালশিং

**ঘাত**

১২ + ‿‿ ‿‿ ।। ০ ‿‿ ‿‿ — সেতু ঘাত

১২ + ‿‿‿ ‿‿‿ ।। ০ ‿‿‿ ‿‿‿ — বেদি ঘাত

১২ + ‿‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿‿ ।। ০ ‿‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿‿ — লক্ষ্মী ঘাত

একপদী একতাল মেনকুপশিং অসিসু য়েৎত্তা চনলিবা তালগী মিহুলশিংবু ঘাত ওইনা লৌরগা মেনকুপ মচা, অচৌবা, অফেবা, অরাওবা অমসুং অফাকপা হায়না মমিং থোন্দুনা খণ্ডনরকই। অসুম্না মমিং থোনলুরিবা অসি একপদী একতাল ওইরুবনা মেনকুপ ঘাতশিংগা চাওরাকপা অমা মান্নবদুদগীনি, তশেংবমক্তি ঘাতকা তালগদি য়াম্না চাওনা খেন্নবা হিরম অমমমনি।

মথক্তা থমখ্রিবা খুদমশিং অসিদগী লায়না খঙবা ঙমই, মদুদি একপদী একতাল তাঞ্চপ অমসুং একপদী একতাল মেনকুপ হায়বসি য়েৎ অমসুং ওইদা চনলিবা মিহুলশিংদগী য়েংলগদি শক্রোন অমতমক ওইবা মশক অনি চপ মান্নবা তালগী মশকশিং অসিদা খেন্নহনলিবসি সুপ্নতগী ঘাতকী মশক খেন্নবা অদুতনি। তাঞ্চপ ঘাতকীনা তাঞ্চপ একপদী একতাল অদুগা মেনকুপ ঘাতকীনা মেনকুপ একপদী একতাল ওইজবতনি, একপদী একতালগী মশক্কী অনিমক্তা লেংদনা মানননা যাওরি। মরমসিদগী ঘাতপু মশক মুন্না খণ্ডদ্রিবা কনাগুম্বশিংদদি একপদী একতাল মখল অনি অসি ইমান মান্নবগুম উইনগনি। অদুবু পুং, ঈশৈ অমসুং

জগোয় ওইনা শিজিন্নরকপা মতমদদি হায়নিংঙাই লৈতনা খেন্নবা তালগী মশক অনিনি হায়বসি শোয়দনা খঙলক্কনি।

একপদী একতালশিংগী মহৌশাগী মশক ওইনা য়েৎ অমসুং ওইদা তালগী মিহুল অনি, মরি অমসুং নিপালনা চিংবা থমদুনা শেম্বা তালশিং ওইবনা মখোয়বু অনৌবা মতমগী মাত্রাগী জ্ঞান শিজিন্নবা কনাগুম্বশিংনা তাঞ্চপ ঙাক্তনি হায়না হায়নবা ফাওবা য়াওনরে। মসিমক মণিপুর নট সংকীর্তনগী তালগী পরম-পরাদা অচৌবা ভরম অমা ওইরি। একপদীশিংশি তালগী মিহুল অহুম, মরি অমসুং নিপালনচিংবগী মশক্তা শেম্বা তাল ওইজরবসু ঘাত খেন্নবগী মতুং ইন্না তাঞ্চপ, মেনকুপ, মিশ্রশিং অমসুং সংকীর্নগী একপদীশিং হায়দুনা খেন্ন খেন্নবা তালগী কাংলুপশিং ওইরকই। তালগী মিহুলমশিং মান্নজরবসু মিহুলশিং অদুগী ঘাতশিং খেন্নবগী মতিক তালগী মশক খেন্নহল্লকই। অসুম্না একপদী একতালগী খেন্ন খেন্নবা মশকশিং অসি পুং, ঈশৈ, জগোয় ওইনা শিজিন্নরবা কান্দাদা ময়েক শেংনা উরকই। খুদম ওইনা ওজা গুরুশিংনা য়াম্না তোয়না য়ৈনবা একপদী একতাল মেনকুপ অফাকপগী পুংলোন অমতং মখাদা থমজরি।

**ঘাত**

১২ ধন _ ধন _ ধন্ন গীন্ন গীন _    তেন তশ্র তেন তা খিং তা ধেন ।।

তেন তঃ ঘিন তেন তঃ গিন তাং _    গিন তাং _ গিন তাং গিন তা থেন

মথক্কী তাল অসি অনৌবা মাত্রাগী জ্ঞানগী মিংয়েংদগী য়েংবদা তাঞ্চপকী তালনি হায়না শোয়দনা হায়নিংগনি।

## একপদী একতাল মেনকুপ অচপ্পা

মেনকুপ ঘাতকী মিহুল অনি অনি য়েৎ অমসুং ওইদা থমদুনা শেমলিবা একপদী একতাল মেনকুপশিং অসিদগী হৌদুনা একপদী মেনকুপ পুন্নমক্কী তালগী মিহুলশিং অসি তালদি লেংহন্দনা তাঞ্চপ ঘাত্তা ওম্হোক্তুনা থম্বসু য়ায়।

অসুম্না তাঞ্চপ ঘাত্তা ওহোক্নুনা থম্লক্রবা একপদী একতাল মেনকুপশিংবু মেনকুপ অচপ্পা হায়না মহৌশাদগী খণ্ডনরকই। খুদম ওইনা মেনকুপ মপীগী অহানবা একপদী একতাল অসিগী য়েৎতা চনলিবা তান্মিৎ অহুমগী মিহুল· অসিগী মহুত্তা তান্মিৎ অনিগী তাঞ্চপ মপীগী মিহুল অহুম ওইনা ইথোক্নুনা থম্লগা শেম্লকপা তালবুনি মেনকুপ অচপ্পা হায়রিবসি। ৱাফম অসিবু তালগী খুদমগা লোয়ননা মখাদা উৎলি।

**একপদী একতাল মেনকুপ** — **একপদী একতাল মেনকুপ অচপ্পা**

**ঘাত** — **ঘাত**

৩ + ◡◡ ॥° ◡◡ = ২ + ◡◡◡ ॥° ◡◡◡

মথক্তা উৎলিবা তালগী মশক অনি অসি মেনকুপ ঘাতকীনি অদুগা অনিশুবা অসিনা তাঞ্চপ ঘাতকীনি অদুবু তালদি অমত্তনি। অহানবা অসিগী য়েৎকী তাম্বা অমসুং হায়দোকপা অসিগী মতম অসিমক্তদা অকোনবগী অসিনা তাম্বা অমসুং হায়দোকপা অনি চলহনবতনি। হায়বদি তাল মশক অনিমক্তা, য়েৎ-ওই অনিমক্তা তান্মিৎ তরুক তরুক চনবা মেনকুপ মচাগী ঘাত অমমম থাবতনি অদুবু হায়দোকপগী মশিং খেন্নবগী মতুং ইন্না চপ মান্নবা তাল অনি অনি অসি খেন্নবা তাল অনিগুম উহল্লি।

মেনকুপ মপীগী ঘাত্তগী শেম্লকপা একপদী একতাল মেনকুপশিং অসিদা নৎতনা অতৈ মেনকুপ ঘাতশিংদগী শেম্লকপা তালশিংগীসু অসুম্না মশক অনি অনি থোক্না লৈরকই। মখাদা ৱাফম অসিবু তালগী খুদমগা কোননা উৎলি।

**একপদী একতাল মেনকুপ** — **একপদী একতাল মেনকুপ অচপ্পা**

**ঘাত** — **ঘাত**

৬ + ◡◡ ॥° ◡◡ = ৪ + ◡◡◡ ॥° ◡◡◡

**একপদী একতাল মেনকুপ** — **একপদী একতাল মেনকুপ অচপ্পা**

**ঘাত** — **ঘাত**

১২ + ◡◡ ॥° ◡◡ = ৮ + ◡◡◡ ॥° ◡◡◡

অনৌবা মতমগী মাত্রাগী জ্ঞানবু শিজিন্নবা পুং, ঈশৈ অমসুং জগোয়গী ওজাশিং অয়াম্বনা ঙসিদি মেনকুপ অচপ্পা অসিতবু অশেংবা মেনকুপনি হায়না লান্না লৌনবগুম তৌরি। অসুন্না মেনকুপ অচপ্পাবু মেনকুপনি হায়না লৌনখিবা অসিমক্না মহৌশাদগী চৎনরক্রবা অচপ্পা হায়বা ৱাহৈ অসিগী চপ চাবা অর্থ অমসুং শিজিন্নফমবু খঙনখিদবগুম অমদি মাংহনখিবগুম তৌরি। মেনকুপ অচপ্পা হায়বসি মেনকুপ ঘাতপু তাঞ্চপ ঘাত্তা চপথোক্তুনা থমই হায়বদগী মেনকুপ অচপ্পা হায়ব ৱাফমসি লাকখিবনি। মেনকুপতগী হৌনা অতৈ মিশ্র অমসুং সঙ্কীর্ন একপদী একতালশিং পুন্নমক্কী অচপ্পা তালগী মশক লৈগনি। মেনকুপ অমসুং মেনকুপ অচপ্পা হায়বনা চিংবা তাল অমত্তগী খেন্নবা মশক অনি অসি পুং, ঈশৈ অমসুং জগোয় তৌনিংবশিংনা য়াম্না মুন্না মশক খঙবা তঙাই ফদে।

একপদী একতাল মেনকুপশিং অমসুং মখোয়গী অচপ্পাশিংবু মুন্ন মশক খঙননবা হোৎনবদা তঙাই ফদানা শান্নগদবা খুৎশান্না কয়া লৈখ্রি। অনৌ-অনৌবা খুৎশানা কয়াসু মতাং-মতাংগী ওইনা ওজাশিংনা শেম-শেমদুনা শান্নহনবা য়ায়। মখাদা তাল মখল অনী অসিবু খুৎলোয়না খঙননবগী শান্নগদবা খুৎশান্না খরদং লৌখৎতুনা থমজরি।

## একপদী একতাল মেনকুপ মচা মসুং মাগী অচপ্পা অহানবা খুৎশান্না

মেনকুপ মচাগী একপদী একতাল অসি মেনকুপ মচাগী মিহুল অনি অনি য়েৎ অমসুং ওইদা থমদুনা শেম্বা তালনি। অদুবু একতাল ওইবা মরম্না য়েৎতা অমসুং ওইদা মেনকুপ অচৌবগী ঘাত অমমম থাবনি হায়না লৌবসু য়ায়। অদুগা তাল অসিগী অচপ্পানা তাঞ্চপ মচাগী মিহুল অহুম অহুম য়েৎ অমসুং ওইদা থমদুনা শেম্বা তালনি। অসিগুম্বা একপদী একতাল মেনকুপ অমসুং তালসিগী অচপ্পা অসিবু মেনকুপ অচৌবগী ঘাত থাবা মতমদুমক্তদা তাঞ্চপ মচাগী ঘাত অহুম থারগা মান্নহন্দুনা শান্নরগা তাল অনিসি মশক চপ চানা লেপ্পা ঙম্লক্কনী।

মেনকুপ মেনকুপ অচপ্পা

ঘাত ঘাত

৬ + ◡ ◡ ।।০ ◡ ◡ = ৪ + ◡ ◡ ◡ ।।০ ◡ ◡ ◡

খুৎশান্না অসি শান্নরিবশিংনা কাংলুপ অনি থোক্লা খায়দোক্লুনা কাংলুপ অমানা মেনকুপ অচৌবগী ঘাত থাবা মতমদুমক্তাদা অতোপ্পা কাংলুপ অদুনা তাঞ্চপ মচাগী ঘাত অহুমবু অমাদা তাম্থা থারগা অনি হায়দোক্লুনা পুন্না থামিন্নবা ঙমন্ননবা হোৎনগনি। অসুম্না শান্নমিন্নবা অসিনা মাই পাক্লবদা কাংলুপ অনি অদু অমুক ওম্থোক্লদুনা অকোনবগী কাংলুপ্না মেনকুপ অচৌবগী ঘাতপু থারিঙৈ মতমদুমক্তদা অহানবগী কাংলুপ অদুনা তাঞ্চপ মচাগী ঘাত অহুমদা চপথোক্লগা অমদা তাম্থা থারগা অনি হায়দোক্লুনা থাবা ঙমননবা হোৎনগনি। খুৎশান্না অসি শান্নাবা হৌবদদি মেনকুপ অচৌবগী ঘাত থাগদৌরিবা কাংলুপ অদুনা হানগনি, অদুগা অতোপ্পা কাংলুপ অদুনা থারিবা তাম্থা অদুবু চপথোক্লা থাদুনা য়াওশিল্লকনি। মেনকুপ অচৌবগী ঘাত থাগদৌরিবা কাংলুপ অদুনা মখোয়না থারিবা ঘাত অদু চুম্লীবরা হায়বসি চিংনরবদি মেনকুপ মপীদগী হৌরগা মথং মাগী সেতু ঘাত থারগা অমুক বেদি ঘাত থাদুনা মেনকুপ অচৌবগী ঘাতপু শেংদোক্কনি। অসুম্না মেনকুপ অচৌবগী ঘাতপু চুম্না থারে হায়বা খঙলবা কান্দা মেনকুপ অচপ্পা থাগদৌরিবা কাংলুপ অদুনা হায়দোকপা অনিগা কোনননা তাম্থা থামিন্নদুনা মেনকুপ মচাগী একপদী একতাল অমসুং অচপ্পা অনিবু মতম অমত্তদা থামিন্নদুনা শান্নমিননগনি।

অহানবা কাংলুপ অনিশুবা কাংলুপ

ঘাত ঘাত

৬ + ◡ ◡ ।।০ ◡ ◡ = ৪ + ◡ ◡ ◡ ।।০ ◡ ◡ ◡

মেনকুপ অচৌববু চুম্না থানবা উপায়

| ঘাত | সেতু | বেদি |
|---|---|---|
| ৩ | ৬ | ১২ |
| মপী | মচা | অচৌবা |

### অনিশুবা খুৎশান্না

অনিশুবা খুৎশান্না অসিদসু শান্নগদৌরিবশিংনা কাংলুপ অনি থোক্না খায়দোক্নি। অহানবা কাংলুপ্না মেনকুপ অচৌবগী ঘাতপু চুন্না লেংদনা, চেৎনা হন্না হন্না থাদুনা লৈগনি অদুগা অতোপ্পা কাংলুপ অদুনা অহানবদা তাঞ্চপ মচাগী ঘাত অহুম্মু অমাদা তাম্থা থারগা অনিদা হায়দোক্নুনা অহানবা কাংলুপ্না থারিবা তাম্থাগা চাশিন্নবা ঙম্মনবা হোৎনগনি। অসুন্না চাশিন্ননা হেক থাবা ঙম্বদা অকোনবা কাংলুপ্না থারিবা তাল খুৎথা অদু একপদী একতাল মেনকুপ অচপ্পা হায়বদু ওইরে। মসি ঙম্নবা তুংদা মেনকুপ মপীগী ঘাত মরিবু অমাদা তাম্থা থারগা অহুম্না হায়দোক্নুনা অহানবা কাংলুপ্না থারিবা তালগা চাশিন্ননা থাদুনা শান্নগনি। মতাং অসিদা অনিশুবা কাংলুপ্না থারিবা তাল অসি মেনকুপ মপীগী একপদী একতাল হায়বদু ওইরে হায়বা খঙগনি। মসিগী মথংদা অমুক তাঞ্চপ মপীগী ঘাত তরুক লৌরগা অমাদা তাম্থা থারগা মঙানা হায়দোক্নুনা অহানবা কাংলুপ্না থারিবা তালগা চাশিন্ননা থাবা ঙম্মনবা হোৎনগনি। মতাং অসিদা থারিবা তাল অসিনা তাঞ্চপ মপীগী ঘাত্তা চপথোক্লবা মেনকুপ মচাগী একপদী একতাল হায়বদু ওইরে। অসুন্না মথং মথং শান্নরক্লিবা খুৎশান্না অসি কাংলুপ হোংদোক্লরগা অমুক শান্নদুনা অতোপ্পা কাংলুপ অদুদা চপথোক্নুনা শান্নবগী খুদোংচাবা অমুক ফংহনগনি।

অহানবা কাংলুপ — অনিশুবা কাংলুপ

ঘাত — ঘাত

৬ + ‿ ‿ ।।০ ‿ ‿ = ৪ + ‿ ‿ ‿ ।।০ ‿ ‿ ‿ মেনকুপ অচপ্পা

= ৩ + ‿ ‿ ‿ ‿ ।।০ ‿ ‿ ‿ ‿ মেনকুপ মপী

= ২ + ‿ ‿ ‿ ‿ ‿ ।।০ ‿ ‿ ‿ ‿ ‿ মেনকুপ অচপ্পা

### একপদী একতাল মেনকুপ অচৌবা অমসুং মাগী অচপ্পা

মেনকুপ অচৌবগী মিহুল অনি অনি য়েৎ অমসুং ওইদা থমদুনা শেম্বা তালবু একপদী একতাল মেনকুপ অচৌবা হায়না খঙনৈ। তাল অসিমক মেনকুপ

মচাগী মিহুল মরি মরি, তালগী য়েৎ-ওইদা থম্লগা তাম্থা অমমমতমক থাদুনা ফোংদোকপসু য়ায়। হায়বদি মেনকুপ মচাগী বেদি ঘাতকা মেনকুপ অচৌবগী সেতু ঘাতকা মান্নে হায়বনি। তাল অসিবু মখা তানা মেনকুপ মপীগী মিহুল নিপাল নিপাল য়েৎ অমসুং ওইদা থম্লগা তাম্থা অমমমতমক থাদুনা মেনকুপ মপী, লম্বী ঘাত ওইনা ফোংদোকপসু য়ায়। অসুম্না তাল মখল অহুম অসিমক মশক চপ মান্নবা মেনকুপকী একপদী একতাল ওই। সুপ্নাগী ঘাত মপী, মচা অচৌবা হায়না কায়থোক্লুনা থম্বতমক ওই।

মথক্তা থমখ্রিবা মেনকুপকী তাল মশক অহুম অসিগা খরা খেন্নবা মওংদা তালগী মিহুলশিং অসি তাঞ্চপকী ঘাত্তা চপথোক্লুনা তাঞ্চপ অচৌবগী মিহুল অহুম অহুম য়েৎ ওইদা থম্লগা তাম্থা অমমমতম থাদুনা তাল অসিমকপু খেন্নবা মশক অমা ওইনা ফোংদোকপসু য়ায়। মাবু মেনকুপ অচৌবগী অচপ্পা হায়না খঙনৈ। লোয়ন লোয়ননা মেনকুপ অচৌবা অসিবু মখা কায়থদুনা মেনকুপ মচাগী মিহুল তরুক তরুক য়েৎ-ওইদা থম্লগা তাম্থা অমমমতমক থাদুনা ফোংদোকপসু য়ায়। মদুদগীসু হেন্নে মখা তানা মেনকুপ মপীগী মিহুল তরানিথোয় তরানিংথোয় ওইনা কায়থোক্লুনা থম্লগা শেম্বসু য়ায়। অসুম্না একপদী একতাল মেনকুপ অচৌবগী অচপ্পা মওং অহুমদা লৈহনবা য়ায়।

একপদী একতাল মেনকুপ অচৌবা অমসুং মাগী অচপ্পানচিংবগী মশকশিং অসি থাদুনা শান্নবগীদমক মমাংদা তৌখিবগুম কাংলুপ অনি থোক্লা খায়দোক্লগা কাংলুপ অমনা লেংদনা, চেৎনা মেনকুপ অফৈবগী ঘাত অমবু থারগা অতোপ্পা কাংলুপ অদুনা মাগী অচপ্পাশিং অমসুং অতৈ মেনকুপকী কুপথবা ঘাতশিংবু হন্না হন্না থাদুনা শান্নগনি। খুৎলোয়না থাবা ঙম্লবা মতুংদা কাংলুপ অনি অদু অমুক ওয়োক্লদুনা হন্না অমুক শান্নগনি।

অহানবা কাংলুপ

ঘাত

১২ + ‿‿ ‿‿ ।।° ‿‿ ‿‿

অনিশুবা কাংলুপ অচপ্পা

ঘাত

= ৮ + ‿‿‿‿ ‿‿ ।।° ‿‿‿‿‿

= ৪ + ‿‿‿‿ ‿‿‿‿ ।।° ‿‿‿‿ ‿‿‿‿

= ২ + ‿‿‿‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿‿‿ ।।° ‿‿‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿‿‿

চপ্তবা

ঘাত

= ৬ + ‿‿‿ ‿‿‿ ।।° ‿‿‿ ‿‿‿

= ৩ + ‿‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿‿ ।।° ‿‿‿‿‿‿ ‿‿‿‿‿‿

### মেনকুপ অচপ্পাগী মশক অহুম

মেনকুপ অচপ্পাশিংসি পুং, ঈশৈ অমসুং জগোয়নচিংবদা মশক অহুম থোক্না শিজিন্নবা চৎনরকই। তালসিগী অহানবা শরুক্কী য়েত্তা তাঞ্চপ ঘাতকী মিহুল অহুম অমসুং ওইদা মিহুল অহুম থমদুনা শেম্বা মশক অসিনি। ঘাতনা পিকপা চাওবা খেন্নবগী মতিক তালগী অচৌ অপিক মখল কয়াদা শিজিন্নরকই। মখাদা অহানবা মশক অসিবু খুদম খরগা কোন্ননা থম্লি।

### মেনকুপ অচপ্পাগী অহানবা মশক

ঘাত

২ + ‿‿‿‿ ।।° ‿‿‿‿

৪ + ‿‿‿‿ ।।° ‿‿‿‿

৮ + ‿‿‿‿ ।।° ‿‿‿‿

১৬ + ‿‿‿‿ ।।° ‿‿‿‿

৩২ + ‿‿‿‿ ।।° ‿‿‿‿

৬৪ + ‿‿‿‿ ।।° ‿‿‿‿

মেনকুপ অচপ্পাগী অনিশুবা মশক্লা তাঞ্চপকী মিহুল তরুক তরুক্লা তালগী পাদ শাদুনা য়েৎ অমসুং ওইদা পাদ অমাদগীনা পাদ কয়াবু চলহনদুনা শেম্বা তালশিংগী মশকশিং অসিনি। খুদম ওইনা মখাদা অসিগুম্বা তালগী মশক খরদং লৌখৎতুনা থম্লি।

## মেনকুপ অচপ্পাগী অনিশুবা মশক

ঘাত

২ + || ০

৪ + || ০

= ২ + || ০

৮ + || ০

= ৪ + || ০

১৬ + || ০

= ৮ + || ০

ওজাশিংনা শরুরকপা খুবাক ঈশৈগী মীয়াম্না পাম্নখিবা "সৈন্যাসি ওইদুনা মশাগী য়েংদনা" হায়না শৈহৌবা ঈশৈ অসিমক মেনকুপ অচপ্পাগী অহুশুবা মশক অসিগী তালদা শকপা ঈশৈনি।

ঘাত

৪ + সৈ ন্যা সি ওই দু না ম শা গী য়েং দ না ||

০ চৎ লি কোয় না কোয় না

= + ধিন তৎ ধেন তঃ গিন তেন তৎ তৎ তেন তঃ খিৎ তেন ||

০ ধিন তৎ ধেন তঃ গিন তেন তঃ

অসুম্না মথং মথং কয়া অমা লৈখ্রি।

মেনকুপ অচপ্পাগী অহুমশুবা মশক অসিনা য়েৎ অমসুং ওইদা তাঞ্চপ ঘাতকী মিহুল তরুক তরুক থম্লগা মিহুল অনি অনিনা পাদ অমমম ওইবাগী মওংদা থম্বা তালগী মশকশিং অসিনি। মখাদা তালশিং অসিগী খুদম খরা থম্লি।

## মেনকুপ অচপ্পাগী অহুমশুবা মশক

ঘাত

২ + ◡◡ ◡◡ ◡◡ ।।° ◡◡ ◡◡ ◡◡

৪ + ◡◡ ◡◡ ◡◡ ।।° ◡◡ ◡◡ ◡◡

৮ + ◡◡ ◡◡ ◡◡ ।।° ◡◡ ◡◡ ◡◡

১৬ + ◡◡ ◡◡ ◡◡ ।।° ◡◡ ◡◡ ◡◡

ওজাশিংনা শরুকপা খুবাক ঈশৈগী মীয়াম্না পাম্নখিবা "নিলা চলগী কাংগী কাংমাংদা" হায়না শৈহৌবা ঈশৈ অসিমক মেনকুপ অচপ্পাগী অহুমশুবা মশক অসিগী তালদা শকপা ঈশৈনি।

ঘাত

৮ + নি লা চল – গী কাং – গী ।। ° কাং মাং দা – – – – – –

= + থেন – তা তাং খিৎ তা খিন – – ধেন ।।

° গীন গীন তাং তাং – – – – – –

## একপদী একতাল মিশ্র অমসুং মখোয়গী অচপ্পাশিং

মিশ্র ঘাতকী পাদ অমমমনা য়েৎ অমসুং ওইদা থমদুনা শেম্বা একতালশিংবু একপদী একতাল মিশ্র হায়না খংনৈ। মিশ্র মখল অহুমগী মতুং ইন্না মিশ্রগী একপদী একতাল মখল অহুমনি। তালগী পাদদা চনলিবা তালগী মিহুলনচিংবগী মশিংদগী য়েংলুরবদি মাংদা নৈনখ্রবা তাঞ্চপ অমসুং মেনকুপনচিংবগী পাদ অমসুং তালগী মিহুল মশিংনা চিংবগী মশিংগা চপ মান্নগনি। সুপ্পতগী তালগী মিহুলগী ঘাত খেন্নবতনি। অদুবু তালশিং অসিগী

অচপ্পাশিংগী মশক্তদি হায়নিংঙাই নৈতনা খেন্নরকই। অচপ্পা হায়বা অসিমক্তবু তাঞ্চপ ঘাতকী মিহুলদা ওহোক্নুনা থম্বা ওইবনিনা খেনন খেন্নবা তাল খুদিংমক্কী মিহুল মশিং খেন্নরকই।

## অহানবা মিশ্রগী একপদী একতাল অমসুং অচপ্পাশিং

য়েৎ অমসুং ওইদা তাঞ্চপ ঘাতকী মিহুল মঙা মঙা থমদুনা শেম্বা তালশিংবু অহানবা মিশ্রগী অচপ্পাশিং হায়না খঙনৈ। অহানবা মিহুলদা তাল্থা অমমমতম থারগা লেমহৌবা মিহুলশিংবুনা হায়দোকপা মরম্না অহানবা মিশ্রগী তাল্থাগা মতম চপ মান্নগনি হায়বদি তাল্থারোমদগী য়েংলক্লবদি চপ মান্নবা ঘাতকী তাল্থা ওইগনি। মনুংদা চনলিবা মিহুলগী মশিং খেন্নজবতনি। মখাদা অহানবা মিশ্রগী একপদী একতালশিং অমসুং মখোয়গী অচপ্পাশিং খুদম ওইনা ইথোক্নুনা থম্লি।

মিশ্রগী একপদী একতাল    অহানবা মিশ্রগী অচপ্পাশিং

(ক) ঘাত    ঘাত

৫ + ◡ ◡◡ ।। ০ ◡◡ = ২ + ◡ ◡◡◡◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡◡◡◡

(খ) ১০ + ◡ ◡◡ ।। ০ ◡◡ = ৪ + ◡ ◡◡◡◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡◡◡◡

= ৫ + ◡ ◡◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡

(গ) ২০+ ◡ ◡◡ ।। ০ ◡◡ = ৮ + ◡ ◡◡◡◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡◡◡◡

= ১০+ ◡ ◡◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡◡

= ৫ + ◡ ◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡

অহানবা মিশ্রগী একপদী একতাল অমসুং মখোয়গী অচপ্পাশিং অসিবু খুৎলোয়না শিজিননবা ঙম্নবগিদমক্তা মথক্কী খুৎশান্নশিংদা শান্নখিবগুম কাংলুপ অনি থোক্লা খায়দোক্লগা কাংলুপ অমনা মিশ্র এক তালবু থাবা অদুগা অতোপ্পা কাংলুপ অদুনা মতম অমত্তদা তাল অদুগী অচপ্পাবু থাদুনা হন্না হন্না শান্নমিন্নগনি। য়ামদ্রাবদা তাঞ্চপ মচানা চপথোকপা অমসুং তাঞ্চপ অচৌবনা চপথোকপা

অনিসিদংদি য়ান্না খুৎলোয়ননবা শান্নাহৌগনি। তাঞ্চপ মচাগী মিহুল মঙাবু অমদা তাম্থা থারগা মরিনা হায়দোক্তুনা শান্নবনি। কাংলুপ অমনা অসুম্না হন্না হন্না থারিঙৈদা অতোপ্পা কাংলুপ অদুনা তাম্থা অমগা হায়দোকপা অমগা সুপ্নগী মিহুল অনিতবু অহানবগী কাংলুপকা মতম অমত্তদা থামিন্নদুনা শান্নমিন্নগনি। অকোনবগী কাংলুপ্না থারিবা তাম্থা অমসুং হায়দোকপা অদু তাম্মিৎ তরা চনবা অহানবা মিশ্র মচাগী ঘাত শোয়দনা ওইগনি। খুৎশান্না অসিবু অহান-অকোন ওহোক্নদুনা অহানবদা মিশ্র মচাগী একপদী একতালবু হান্না থারগা মাবু তাঞ্চপ মচাগী ঘাত্তা চপথোকপদা মিহুল মঙা চনবা একপদী মিশ্র অচপ্পা অসি ওইগনি।

অনিশুবা খুৎশান্না ওইনা তাঞ্চপ অচৌবগী ঘাতকী মিহুল মঙাবু অমদা তাম্থা থারগা মরিনা হায়দোক্তুনা কাংলুপ অমনা হন্না হন্না শান্নরিঙৈ, অতোপ্পা কাংলুপ অমনা তাম্থা অমগা হায়দোকপা অমগাগী একপদী একতাল খুৎথা অসি ওইনা মতম অমত্তদা থামিন্নদুনা শান্নমিন্নরগা অহানবা মিশ্র অচৌবগী একপদী একতাল অমসুং মাগী অচপ্পাবু মতম অমত্তদা পুন্না থাদুনা শান্নমিন্নরে হায়বা য়ায়। মথক্কী খুৎশান্নদা তৌখীবগুম কাংলুপ অনি অদু অমুক ওহোক-ওনশিন তৌনবা, অহান-অকোন, ঙাইথোক-ঙাইশিননচিংবা শিন্নদুনা খুৎলোয়ননবা হন্না হন্না হোৎনমিন্নগনি। অহান-অকোন, ঙাইথোক-ঙাইশিন্নচিংবগী কান্নববুদি একপদী একতাল হান্না থারিঙৈদা, মাগী অচপ্পাগী খুৎথা য়াওশিনলকপা নৎত্রগা অচপ্পানা হান্না থারিঙৈদা একপদী একতালনা মতুং ইন্নশনলকপা অসিনি। অসুম তৌবা অসিনা তালগী মশক অনি অসিবু খুৎলোয়না শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নবা ঙমহল্লক্কনি।

## অনিশুবা মিশ্রগী একপদী একতাল অমসুং মখোয়গী অচপ্পাশিং

তাম্মিৎ তরেৎ চনবা অনিশুবা মিশ্র ঘাতকী মিহুল অনি অনি য়েৎ অমসুং ওইদা থমদুনা শেম্বা, অমদা তাম্থা থারগা অমদা হায়দোকপা তালশিংবুনি অনিশুবা মিশ্রগী একপদী একতাল হায়রিবসি। মসিবু য়েৎ অমসুং ওইদা তাঞ্চপ ঘাতকী মিহুল তরেৎ তরেৎতা ওহোক্তুনা থন্নগা অমদা তাম্থা থাবা লেমহৌবা মিহুল তরুক তরুক্কা হায়দোকপা তালগী মশকপু অনিশুবা মিশ্রগী অচপ্পাশিং

হায়না খঙনৈ। মিশ্র ঘাতকী মপি, মচা অমসুং অচৌবনচিংবগী খেন্ন খেন্নবা পাদ কয়া কয়াগী একপদী একতাল লৈরক্কনি। অদুগুম্বা একতালশিং অদুগা মরি লৈন লৈন্ননা তাঞ্চপ ঘাত্তা চপথোক্রবা অচপ্পাগী মশকশিংসু তাঞ্চপ মপি মচা অমসুং অচৌবনা চিংবগী ঘাতশিংগা লৈরক্কনি। মখাদা অনিশুবা মিশ্রগী একপদী একতাল অমসুং মখোয়গী অচপ্পাশিংগী মশক খরদং খুদম ওইনা থম্লি।

**অনিশুবা মিশ্রগী একপদী একতাল** **অনিশুবা মিশ্রগী অচপ্পাশিং**

(ক) ঘাত ঘাত

৭ + ◡◡◡ । ০ ◡◡ = ২ + ◡◡◡◡◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡◡◡◡

(খ) ১৪+ ◡◡◡ । ০ ◡◡ = ৪ + ◡◡◡◡◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡◡◡◡

= ৭ + ◡◡ ◡◡ ◡◡ ।। ০ ◡◡ ◡◡

(গ) ২৮+ ◡◡◡ । ০ ◡◡ = ৮ + ◡◡◡◡◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡◡◡◡

= ১৪ + ◡◡ ◡◡ ।। ০ ◡◡ ◡◡

= ৭ + ◡◡◡◡◡ ◡◡◡◡ ।। ০ ◡◡◡◡◡ ◡◡◡◡

অনিশুবা মিশ্রগী একপদী একতাল অমসুং মখোয়গী অচপ্পাশিং অসিবু খুৎলোয়না শিজিন্নবা ঙম্বনবগীদমক কাংলুপ অনি থোক্কা খায়দোক্রগা তোঙান তোঙান থানদুনা মশাননা কয়া কয়াদা শান্নবা য়ায়। মতাং মতাংগী মওং য়েংদুনা ওজাশিংনা অনৌবা খুৎশান্না কয়াসু শেমদুনা তাল অমত্তগী খেন্নবা মশক অনি অসিবু চপ চানা খঙহন্ননবগী অমদি খুৎলোয়না শান্নবা ঙমননবগী পান্দমদা হোৎনহনবা য়ায়। মখাদা খুদম ওইনা খুৎশান্না খরদং থম্লি।

অহানবা কাংলুপ্না তাম্মিং তরেৎ চনবা মিশ্রগী ধ্রুব অসি হন্না হন্না থাদুনা শান্নগনি। মথংদা তাম্বা অমগা হায়দোকপা অমগা থাদুনা অনিশুবা মিশ্রগী অহানবা একপদী অসি থাদুনা শান্নগনি। মদুগী মথংদা তাম্বা অমা থারগা অহুমলক হায়দোক্লুনা অনিশুবা মিশ্রগী অনিশুবা একতাল অসি থাদুনা শান্নগনি।

মতম অসি মক্তদা অনিশুবা কাংলুপ্না তাঞ্চপ মচাগী মিহুল তরেৎপু অহানবদা তাহ্থা থারাগা তরুক হায়দোক্তুনা য়াওশিনলক্কনি। কাংলুপ অনিমক্কা তাহ্থাদি পুন্না থামিন্নগনি। সুপ্নাগী হায়দোকপা মশিংদা খেন্নহনগনি। অহানবা কাংলুপ্না অহুম হায়দোকপদা অনিশুবা কাংলুপ্না তরুক হায়দোক্কনি। অসুম্না কাংলুপ অনিনা তাহ্থা মান্ননা থামিন্নরবসু অহানবা কাংলুপ্না একপদী মিশ্র অশেংববু অদুগা অনিশুবা কাংলুপ্না একপদী মিশ্র অচপ্পাবু থাদুনা শান্নগনি। কাংলুপ অনি অদু ওহ্থোক্লদুনা অহানবনা অচপ্পা অদুগা অনিশুবা কাংলুপ্না অশেংববু অমুক থাহন্দুনা শান্নহনগনি।

অনিশুবা খুৎশান্না ওইনা অহানবা কাংলুপ্না তাঞ্চপ অচৌবগী ঘাতপু থাদুনা শান্নগনি। অচুম-অরান শেংদোক্লবগীদমক্তা, তাঞ্চপ মচা অদুদগী মথং মপি ফাওবা চপথরুবা য়ায়, অদুগা অমুক হল্লক্তুনা তাঞ্চপ অচৌবগী ঘাতপু হন্না হন্না থাদুনা শান্নগনি। মথংদি অহানবা ঘাত্তা মখোল থোক্লা থারগা তরুক অমানা মখোল থোকহন্দনা হায়দোক্তুনা তাঞ্চপ অচৌবগী মিহুল তরেৎপু একতাল ওইনা থাদুনা শান্নগনি। মতমদুদা অহানবা কাংলুপশিংনা থারিবা একতাল অসি মিশ্র একতাল অচপ্পা হায়বদু ওইরে। অদুনা মতমদুমক্তদা অনিশুবা কাংলুপ্না অহানবা কাংলপুকা তাহ্থাদি পুন্না থামিন্নরগা হায়দোকপদি অমমমতা ওইহন্দুনা থামিন্নবা ঙম্নবা হোৎনগনি। অসুম্না তাহ্থা অমগা হায়দোকপা অমগাগী একতাল থাদুনা অহানবা কাংলুপকা চৎমিননবা ঙম্নবদা অনিশুবা কাংলুপ্না থারিবা তাল অদু অনিশুবা মিশ্রগী একপদী একতাল ওইরে। থারিবা তালগী মিহুলদি তাম্মিৎ কুনগা নিপাল (২৮) চনবা মিশ্র অচৌবগী ঘাত অসি ওইরি। মাগী ঘাত অদু তম্খায় চপথদুনা তাহ্থা অমাগা হায়দোকপা অহুম অহুমগা ওইনা থাবা ঙম্নবসু হোৎনগনি। অসুম্না থারবদি ঘাত অদু তাম্মিৎ তরাগামরি (১৪) চনবা মিশ্র মচাগী ঘাত ওইরে। মসিগী মখা তানা অমুক্কসু চপথদুনা তাহ্থা অমাগা হায়দোকপা তরেৎকা ওইনা থামিননবা হোৎনগনি। মতাং অদুদনা তাম্মিৎ তরেৎ চনবা অনিশুবা মিশ্রগী ঘাত ওইরে। অসুম্না অনিশুবা কাংলুপ্না মিহুল নিপালগী একতাল থারিঙৈদা অহানবা কাংলুপ্না মিহুল তরেৎকী একতাল থাগনি। খুৎশান্না অসি ওহ্থোক-ওনশিন তৌদুনা মওং কয়াদা শান্নহনবা য়ায়।

## অহুমশুবা মিশ্রগী একপদী একতাল অমসুং মখোয়গী অচপ্লাশিং

অহুমশুবা মিশ্র ঘাতকী পাদ অমমম তালগী য়েৎ অমসুং ওইদা থম্লগা মখোয়দা তাম্থা অমমম থাববুনি অহুমশুবা একপদী একতালগী মিশ্র হায়রিবসি পাদ চাওবা অমসুং পিকপগী খেন্নবা মতুং ইন্না অহুমশুবা মিশ্র অসিগী একপদী একতালসু মখল কয়া থোক্না নৈরকপসু য়ায়। অদুগা অমারোমদা অদুগুম্বা একতালশিং অদুবু তাঞ্চপ ঘাত্তা ওম্থোক্নুনা থম্লগনা মখোয়বু অহুমশুবা মিশ্রগী অচপ্লাশিং হায়না খঙনরকই।

অসিগুম্বা মিশ্রগী একপদী একতাল অমবু তাঞ্চপ ঘাত্তা চপথোকপা মতমদা অহানবা মক্তদা তাঞ্চপ ঘাতকী মিহুল নিপাল শোয়দনা চনলি। অসুম্না অহুমশুবা মিশ্রগী একপদী একতাল পুন্নমক খেন্ন খেন্নবা তাঞ্চপ ঘাতকী মিহুল মাপল মপালদা চপথোক্নুনা থম্বা য়ায়। মখাদা অহুমশুবা মিশ্রগী একপদী একতাল অমসুং মখোয়গী অচপ্লাশিংগী মশক খরদং খুদম ওইনা থম্লি।

**অহুমশুবা মিশ্রগী একপদী একতাল** **অহুমশুবা মিশ্রগী অচপ্লাশিং**

(ক) ঘাত ঘাত

৯ + ◡◡◡ || ০ ◡◡ = ২ + ◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡ | ০ ◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡

(খ) ১৮ + ◡◡◡ || ০ ◡◡ = ৪ + ◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡ | ০ ◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡

= ৯ + ◡◡◡ ◡◡ || ০ ◡◡ ◡◡

(গ) ৩৬ + ◡◡◡ || ০ ◡◡ = ৮ + ◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡ | ০ ◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡◡

= ১৮ + ◡ ◡◡◡◡◡ || ০ ◡◡◡◡◡

= ৯ + ◡◡◡◡◡◡ ◡◡◡◡◡ || ০ ◡◡◡◡◡ ◡◡◡◡◡

অহুমশুবা মিশ্রগী একপদী একতাল অমদি মখোয়গী অচপ্লাশিং অসিবু খুৎলোয়না শিজিন্নবা গুন্নবগীদমক তাল খুৎথা মশান্না কয়াদা হন্না হন্না শান্নবা য়ায়। অচপ্লা অমসুং চপ্তবগী তালশিংবু মশক খঙ্ননবা শান্নবা খুৎশান্না খুদিংমক্তা

শান্নরিবশিংনা কাংলুপ অনি থোক্লু খায়দোক্লগা শান্নবা অসি তঙাইফদে, তশেংনা খুৎলোয়রক্লবা মতমদদি, খুং য়েং অমসুং ওই অনিনা তোঙান তোঙান থাদুনা শান্নাবা ঙম্লক্কনি। খুদম ওইনা য়েংনা অচপ্পা থারিঙৈ ওইনা অশেংববু থাবা ঙম্লক্কনি।

অহানবা কাংলুপ্পা তাঞ্চপ মচাগী মিহুল মাপলবু অমাদা তাম্থা থারগা নিপাল অমা হায়দোক্লুনা হন্না হন্না থাগনি। মরক্তুদা অনিশুবা কাংলুপ্পা তাম্থা অমগা হায়দোকপা অমত্তংগা ওইহন্দুনা অহানবা কাংলুপকা পুন্না মতম অমত্তদা তাল থাদুনা চৎমিন্নবা হোৎনগনি। অনিশুবা কাংলুপ্পা থারিবা তাল অদু লেপ্নমক অহুমশুবা মিশ্রগী তান্মিৎ তরানিপাল (১৮) চনবা ঘাতকী একতাল ওইগনি। মাগী তাম্থা অমসুং হায়দোকপদা তান্মিৎ কুষ্টাতরুক (৩৬) কী মতমনি লৌরিবদু। অহানবা কাংলুপকী তাঞ্চপ ঘাতকী তাম্থা অমসুং হায়দোকপা নিপালগা পুন্না তালগী মিহুল মপালনা লৌরিবা মতমসু তান্মিৎ কুষ্টাতরুক্কী মতমনি। তালগী তান্মিৎকী ঘাতশিং খেন্নরবসু কাংলুপ অনিমক্না থারিবা তালনা লৌরিবা মতম অমত্তং ওইবনা পুন্না চৎমিননবা ওইথোকহল্লি। অসুম্না অহানবা কাংলুপ্পা অহুমশুবা মিশ্রগী অচপ্পা অদুগা অনিশুবা কাংলুপ্পা অশেংবা অহুমশুবা মিশ্রগী এক তালবু মতম অমত্তদা থমিন্নারে। খুৎশান্না অসি কাংলুপ অনি অদু অমুক ওষ্থোক্লদুনা শান্নহনগনি।

অসুম্না মথং মথং খেন্ন-খেন্নবা তাঞ্চপ ঘাতশিংদা চপথোক্লবা অহুমশুবা মিশ্রগী একপদী একতালশিংবু খুৎলোয়ননবা অশেংবা অহুমশুবা মিশ্রগী একতালশিংগা থামিন্নদুনা শান্নগনি। একপদী একতালগী মহৌশা ওইনা তালগী তান্মিৎ অনি, মরি অমসুং নিপালবু তালগী য়েৎ অমসুং ওইদা মতম পুন্নমক্তা চনগনি। অসুম্না কাংলুপ অমানা থারিঙৈ মতমদুমক্তদা অতোপ্পা কাংলুপ অদুনা তাঞ্চপ ঘাতকী তালগী মিহুল মাপল মাপলবু লৌরগা তাম্থা অমা থারগা হায়দোকপনা নিপাল ওইহন্দুনা খুৎশান্না কয়াদা শান্নাবতনা অহুমশুবা মিশ্রগী একপদী একতালশিং অমসুং মখোয়গী অচপ্পাশিংবু খুৎলোয়না শিজিন্নবা ঙম্লক্কনি।

---

তালো ঘন ইতি প্রোক্ত ঃ কলপাতলয়ান্বিত ঃ।
কালস্য তু প্রমাণং বৈ বিজ্ঞেয়ং তালয়োক্তৃভি ঃ।।১ ।।

যা লৌকিকী কলা কাষ্ঠা নিমেষাশ্চ স্মৃতা বুধৈঃ।
না সা তাল কলা জ্ঞেয়া হ্যনৈষা তালজ্ঞা কলা।।২ ।।

নিমেষাঃ পঞ্চ মাত্র স্যান্মাত্রা যোগাৎ কলা স্মৃতা।
নিমেষাঃ পঞ্চ বিজ্ঞেয়া গীতকালে কলান্তরম্।।৩ ।।

ততঃ কলাকালকৃতো লয় ইত্যভিসংজ্ঞিতঃ।
যস্তত্র মন্দোহথ লয়স্তৎ প্রধানকলা ভবেৎ।।৪ ।।

ত্রয়ো লয়াস্তু বিজ্ঞেয়া দ্রুতমধ্যবিলম্বিতাঃ।
ত্রিবিধা সা চ বিজ্ঞেয়া ত্রিমার্গা নিয়তা বধৈঃ।।৫ ।।

চিত্রে দ্বিমাত্রা কর্তব্যা বার্তিকে দ্বিগুণা তু সা।
চতুর্গুণদক্ষিণা স্যাদিত্যেবং ত্রিবিধা কলা।।৬ ।।

কলা কাল প্রমাণেন তাল ইত্যভিধিয়তে।
চতুরস্রশ্চ ত্রয়স্রশ্চ তালো বিবিধ এব হি।।৭ ।।

বিবিধস্যাপি তালস্য চৈকা প্রকৃতিরিষ্যতে।
তথা যোনিদ্বয়কাস্য কীর্ত্য মানং নিবোধত।।৮ ।।

চতুরস্রস্তু বিজ্ঞেয়স্তালশ্চঞ্চৎ পুটো বুধৈঃ।
চতুস্কলোহথ দ্বিকলস্তালো যস্মাৎ প্রবর্ততে।।৯ ।।

ত্র্যস্রঃস খলু বিজ্ঞেয়স্তালশ্চপুটো ভবেৎ।
অনয়ো মিশ্রে ভাবেৎ চ মিশ্রতালঃ প্রকীর্তিতঃ।।১০ ।।

সমাস যোগাৎ তালোহয়ং ত্রিবিধঃ পরিকীর্তিত।
ষট্পিতা পুত্রকশ্চৈব পঞ্চপানি স চেষ্যতে।।১১ ।।